

# ꯂꯣꯏꯌꯥ ꯂꯃꯒꯤ ꯁꯪꯕꯥꯟꯅꯕꯤ

## লোইয়া লমগী সংবান্নবী

ময়েংবম উনবীশেম (জমুনা)

# [illegible]

# লোইয়া লমগী সংবান্নবী



*ময়েংবম উনবীশেম (জমুনা)*



কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনব মরুপ (কলম)
নিত্যাইনন্দ মসাইকোন, রিমস লমবী, ইম্ফাল

*Loyalamgee Sangbannabi*
(A collection of 11 Manipuri short stories)
by ***Mayengbam Unbileima (Jamuna)***



অফোঙবঃ ময়েংবম ওংবী ঙাইরাংবম নিঙোল লুখোই লৈমন
কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনব মরুপ (কলম), ইম্ফালগীদমক

অহানব ফোঙব ঃ ১৭/১/২০০৭, য়ুমসকৈস

লাইরিক্কী মঙম ঃ অইবী অমদি কলম

মখুমগী মওং পুথোকপ ঃ ময়েংবম নয়োনসনা চনু

মখুম য়েকপ ঃ 4 Season Artistics Creation,
Khuman Lampak, Imphal

মমল ঃ লুপা ৯৫/-

লাইরিক মসিং ঃ ৫০০

লাইরিক ফংফম ঃ অইবী মসা, কলমগী সঙ্গলেন অমদি লাইরিক য়োনফমসিং।

লাইরিক নম্ফম ঃ সি. সি. পি., কম্পুটরাইজ প্রেস,
উরিপোক ব্রাঞ্চ, ইম্ফাল।

# ꯀꯠꯊꯣꯛ

ꯑꯩꯌꯥꯂꯗꯝ ꯆꯃꯃꯝ ꯁꯤꯡꯅꯃꯃꯌ
ꯊꯁꯦꯅ ꯀꯠꯊꯣꯛꯔ ꯌꯊꯔ
ꯌꯊꯔꯂꯤꯌꯥꯟ
ꯃꯗꯃꯝ
ꯆꯦꯅꯋꯂꯤꯆꯦꯋꯥꯟ ꯆꯃꯝ ꯂꯤꯋ ꯑꯦꯌꯔꯝ
ꯃꯑꯨꯌ ꯗꯦꯆꯃꯕꯤꯔ ꯌꯣꯅꯦꯌꯀꯤ
ꯁꯦꯕꯤꯃꯁꯣꯟ ꯆꯦꯅꯕꯤꯌ
ꯆꯦꯅꯁꯦꯆꯃꯥꯟ ꯂꯦꯔꯋꯆꯔꯤ
ꯌꯂꯤ ꯀꯠꯊꯕꯤ꯫꯫

— ꯌꯅꯔꯤ

# ৱাহৈ খরদং

নৌরিব 'কলম' নি। লূপলোয়সু নৌজৈ। লমদমসিগী মাঙ থাস্ত্রব অমদি খঙ-উরব লোয়নসিল্লোনগি খোরজৈ সূবসিংন, ঙাঙদম পুনজরকপসিংবু নেৎথৎপিব তৌদন নুংসিবগী খুৎসোক চেনব খুৎসিং লাস্থোকপিরকপন ঈকা ঙাগুম জগোয় সাজবনি। 'কলম' গি পান্দমদি মসক খঙবীরবা/খঙবীদবরা, মসক নাইবরা/লাইদবরা, মালেম ঈমাগি মতমপাকসে অসঙ-অমালসিংতন পূমসঙ সংহনদুন লৈকঙলাবু ঙাকথোকপসিখক্তনি। অইবসিংদি লাইতোংব মাইবীগুম্বনিনি লোল-লি, অদু-অদা, খঙদে ৱাখলগি কায়দোংফম ওইরিব থেংন-থেংনব মতমগি ৱাহৈসিংদ সাদোঙ ওইনৈ। মতমগি ঈচেলসু কুম্বং সান নৈব-নৈদব মরৈরি। অপিকপ ঈরাওখোলসিংবু অহৌবসিংন নমহৎতুন, নুংসিরব মিরবসিং চীকমাঙনহল্লি।

ঈমা ওইব ঈরোল, ঈপা ওইব ঈয়েককি অরূমবন হেন্না হকফম থোক্লকই। মসিগিদমক লোলগি লান কয়া থেংনফম থোরকই। থৌনাসি ঙসীগি মীরোলন তুংগিদমক থেংনফম থোকপদু 'কলম' ন মাঙদ থমজৈ। লানগি লানজীননি। থাগৎপসু, থাদবসু, চোপ্পসু, লেম্বসু পুন্নমক লানগি হৌনসানি। চহী খরগি তুংদদি ঈপা ঈয়েক্ত ঙাক্ত খুদোল তমজরক্লবগী সেম সাজরি।

'লোইয়া লমগী সংবান্নবী' দ মীগি মিংসিং ঈবোল ওইদব কয়া, অমদি অতৈ লোনয়ান খব-খবগি অৱাব মাযোক্লবগি মতৌ উবিবসিসু লান মনূংগিনি। মতমগি ঈচৈলগি মমিদু লোকলিবনি (নীংসিংবগি মিংসেল, খুন্নাইগি মিংসেল ওইব লোযনসিল্লোনগি মিংসেলসিদসু)। মসী য়েংলগ সেমদোকপ, ঈহনফমদ হনজিনব,ঈবানয়াইবু নীংসীংলক্তুন লম্মাঙনগদবদগী ঈবৈবাকপু কন্নব, চাংযেং অমনি লৌজবদুন, অইবীগিদুমক মপোপ কাযহন্দবসিসু লান মনূংগিনি।

মৌ অনৌবীবু/ মৌবু মনেমহোযন যেংদ-যেংসিল্লক্লদি খোঙ থাংজব ঙমজদ্রবী মহাক্নি। নুংবু নুংসিবদি মচী-মচী খুদিংদ নীংথীব মতৌগি মতৌঙাক্ত মবৈনবিবনি। উনবীলৈমগি, ১৯৮০/৯০ গি নীংসীং খুদোলসিবু খূৎ চূপ্ন লৌখৎপিযু হাযদুন ঈবৈচাসিংদ নোল্লুকচৈ।

'লোইয়া লমগী সংবান্নবী' দ কান্নবব, নুংসিবব, মমল যাম্লব, পাউ খবদি চেল্লকলি। পাউসি অমুক্তং পুক্নীং ঈংথমিন্নদুন তামিন্নসি।

বানান, লোনচনগি চনৈনর্বাগদি, কংলৈ ঈযেক্ত হনজিনমিন্নবকপ মীৎকুপত চীকমাঙনজখ্রগনি থাজে। ঐখোয হৌজিক লান নংমিন্নবি, পুম্নমকপু খুকমজবি।

চৈচৎ ১১/১/০৭ কৈল, সনাহোঙব মঙাং (মোইবাং সখাই)

যাযতোঙব

কলম, ইম্ফাল

# অইবীগী ৱারোল

কনানসু হায়রুব তাক্লুব তৌদন ঐগী পুক্লিংদ মতোমত লাকচখিব ইথিল অমন ইবগী লমদ খোঙ থাংজিল্লকখি। ঐন ক্লাস সেভেন আইট কাব অদুৱাইদগী তপ্ন-তপ্ন ইচেল অসিদ ইতিল্লকখি। ইহান হান্ন ইব হৌরকখিবদি ঈসৈনি। মতম ফন সাংন ঈসৈগ ইরোইনখি। ঈসৈবু থোইদোক্ল হেন্ন পামজখি। মনিপুরগী সর্কাইরব সৈসকপসিংগী ঈসৈবু তারগ পূক্লিং পেন্নখি। সকুব তম্বগী খুদোংচাবদি ফংজখিদে। থোইদোক্ল হায়ননিংঙাই লৈত্রব সৈসকপ সৈসকপী এন. পহাড়ী, এ. বিমোলা, খুন জয়, এ. স্যাম, এ. জমুনার্নচিংবগী ঈসৈদ থোইদোক্ল পূক্লিং লুপচখি।

ঈসৈ ইবনসু ঐগী পুক্লিংন অপেনব ওইরকখিদে। সৈরেং অমদি ৱারী মচাগ পুন্ন অদুম্মক ইরোইনদুন চৎপ পামজরকই। ইরকই পংইদ। ঐগী পূক্লিংগী ইনিংবগী ইথিলসে অঙকপনি। সিংজু ময়ান হায়বদু ওইগদ্র? দ্রামা, নোভেল মথং-মথং য়াওসিল্লকখি। ঙসিদি অমুক মমি কুমহৈগী ৱারী ইবদ মায় ওনসিল্লকলি। মসিগ ইরোইনন ঐহাক YCCIC কোন্থা অহল্লুপকী হোক্কি সান্নরোই অমসু ওইরকখি। অইব চেরোল কয়ান মরোন নাইন ইনাক্ত ইকোয় কোয়ন লৈরব ফাওবদ করিগী অমত্ত পুথোক্তব, মসিগী খুদোংচাদবসু লৈতব নত্তে। ১৯৯৪ গী দিসেম্বর ১০ দা জি.এম. হোলদা জে.এম. প্রজেক্স হায়দুন ঈসৈ নোংমাইগী থৌরম অমদি পাঙথোকখ্রে। মতুং তারকপদ এ.আই.আর. ইম্ফালদ ১৯৯৭ দ ঐগী ঈসৈগী ময়েক এপ্রুভেল তৌবিখি।

ঙসি ফাওবদ ঐন তপ্ন তপ্ন ইবগী লমদ মায় পাক্লকখিবগী লম্বীদি ঐগী অপোকপী ঈমাগী পাউতাক অমগী মখাদ লাকখিবনি "ব্রাহে মকা ফোংন কনাদসু ব্রা ঙাঙদব, সাউদব, মীবু নুংসিবীব, ওইদব ঙাঙদব, অচুম্বগীদমক কীদব" ব্রাহেসিং অসিগী মরুমদনি।

ঐগী ব্রারী মচাগী লাইরিক অসি পুথোক্লব হোৎনবদ চাউন মতেং পাংবীরিবসিং সি. সি.পি. প্রেসকী থোবাংলোইসিংন অতেনব মতমদ পূক্লিং হনব লৈতন হোৎনবীবগীদমক্তসু সিংঙম্মরোইদব লমন তোনসিনজরে। খুৎই ওইন লৈরিঙৈদ মপূং ফান পাবীদুন লোনচনগী মতাঙদ মায়পুনবীরিব কৈল সনাহোঙব মঙাঙ, কলমগী য়ায়তোঙব ওইবীরিব ওজাগী তৌবীমল পুন্সিদ কাউজরোই। কলমগী থৌবুরেল রাকেস নাওরেম (কোকিল) অমদি হান্নগী থৌবুরেল ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম অনিন য়াম্ন কন্ন চেনবী চোংবিদুন হোৎনবীরমদ্রবদি ঙসিগী লাইরিক্কী মসক অসি উব ফংলমদবসু য়াই। হেন্ন নুংঙাইজবিবদি কলমদ ঐগী লাইরিক অসি ফোঙবিনব হায়জরুবদ হরাও হরাও য়াবিরকখিব অসিনি। লোয়নন মখুম য়েকপীরিব 4 Season Artistics Creation, Khuman Lampak পুন্নমক্কী লমনসু সিংব ঙমদন তোনসিনজহৌরে।

লৈচন সুন সেল্লব লৈকোলগী লৈরাং নত্তে। করিসু খঙজদ্রব ঐগী পুক্লিংগী লৈকোলদ মনীং তম্ন সান্নজরিব ব্রাহে খরন ব্রাপুম ওইখিবনি। নহানমখৈদি ঐগী ইনাক্ত ঐখক্তগী ওইদুন লৈরম্মী, অদুবু ঙসিদি মীয়ামগী মফমদ খুদোলজরে। ঐগী ব্রাবীমচা ১১গী লাইরিক "**লোইয়া লমগী সংবান্নবী**" লৈচল সুদে নোক্লবীগনু, লমতাক লমঙাংবীয়ু। মথঙগী খুৎফোঙদোক্ত মপূং ফানব হোৎনজগে।

ময়েংবম উনবীলৈম (জমুনা)
কোন্থা খাবম

চৈচং ১০/০১/২০০৭

# থৌবুরেলগী খোর্জেদগী

কংলৈলোল (মনিপুরি লোল) ময়েক অমদি লোয়নসিল্লোন (সাহিত্য) বু চাওখৎহন্নবগী পান্দমদ ইং ২০০২ দ লিংখৎচখিব লোয়নসিল্লোনগী লূপ অমনি কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপুনব মরুপ (কলম)। তেল্লব চহী খরসিদ খন্ন-নৈনবগী মীফম লাইরিক নৈনব, সেমিনার অমদি মনিপুরগী তোঙন তোঙানব মফমসিংদ চত্তুন মফমদুগী মীওইসিংগ সকখঙ-মায়খঙনবগী থৌরম অনৌব অইবসিংগী মীরোল উন-থৌরম (অমিথৌ)নচিংব থৌরম কয়া লেপ্তুন পাঙথোক্তুন লাক্লি। মসিদসু নত্তুন লোয়নসিল্লোন (চহিগী চেফোঙ) অমদি ফাউনচে (থা ২/২গী চেফোঙ) ফোঙদুন লমদমসিগী অইব/অইবীসিংগী পাউজেল মীয়ামদ লেপ্তুন সন্দোক্লি। লোয়নন নবেম্বর ৫ খুদিংগী খুন্নাই কনব নুমিৎ অমদি ফাইরেনগী ৫নি খুদিংগী মায়চৌ থৌকাচানপ নীংসিং থৌরম পাঙথোকচরক্লি।

কংলৈ লোয়নসিল্লোনগী পুক্কৈদ কলমন ঙসি ফাওবদ সৈরেং, ৱারীমচা, দ্রামা, উপন্যাস অমদি তোঙান-তোঙনব মখলগী লাইরিক ১৫ ফোঙদোক্তুন খুদোল তমখ্রে। হন্দক পুথোকচরিব ময়েংবম উনবীলৈম (জমুনা) গী ৱারীমচাগী লাইরিক **'লোইয়া লমগী সংবান্নবী'** অসিন কলমগী ১৬ সুব লাইরিক্নি। মমাঙদ পুথোকচখিব লাইরিকসিংদ য়ারিবমখৈ কংলৈ লোল (মীরোল নত্তব) সিজিন্ননব হোৎনজে। অদুবু **'লোইয়া লমগী**

সংবান্নবী’ অসিদদি মরুওইব মী (কেরেক্তর) অয়ামবগী মিং অসিমদি অতেনব মতমগী মনুঙদ পুথোক্লব হোৎনখিবন সেমদোকপগী খুদোংচাব ফংখিদ্রে। অদুগ লাইরিক অসিদ অসোয় অরান কয়া থেংনবীরবসু পাবীরিবসিংন ঙাকপীগনি ।

লাইরিক অমা ইদুন ফোঙদোকপ হায়বসি অরায়ব থবক অমদি নত্তে। অদুবু মসিগী লমবীদ খোঙ থাঙজিন্দব কনাগুম্বনদি লাইরিক ইব/ইবীশিংবু অঙাওবনি হায়ন নোক্লবীবসু য়াওই, হেন্ন অৱাঙব থাক্ত থাঙ্গৎতুন পূক্লিং থৌগৎপীবসু য়াওই, পূম্নমক মী মীগী ৱাখল্লোননি। অদুবু ঐগী ৱাখলদদি লাইরিক ইব অফব থবক্লী, মীন ঙম্নদবনি অদুন মতম লৈরিঙৈদ ইহৌসি, ফোঙহৌসি মসিন তুংগী মীরোলন নীংসিংহৌনব, সোন্নহৌনব অচৌব লমবীনি হায়ন খল্লি।

উনবীলৈমগী অহানব ৱারীমচাগী লাইরিক অসিগী মসক্তী লমদমসিদ লৈবীরিব, লমসিদ হেন্ন খঙ-হৈরব ওজাশিংন নৈনদুন লেপ্পীরক্কনি খঞ্জে। কংলৈ লোয়নসিল্লোনগী লমদ উনবীলৈমগী অচৌব মফম অমা কল্লক্কনি খল্লি। তাইবঙ মপূন থৌজানবীব ওইসনু।

অরোইবদ লাইরিক অসিবু তেল্লব সুপ্নগী নুমিৎ ৯নিগী মনুংদ লাইরিক অমা ওইননব অহীং নুংথিল তূমব চাব খঙদন য়াম্ন ৱান হোৎনবীরকখিব সি.সি.পি.গী প্রোপাইটর য়ামবুং চিত্ররঞ্জন আর. কে. অমদি প্রেসকী ইচিল-ইনাও পূম্নমকপু থাগৎপ ফোঙদোকচরি।

রাকেস নাওরেম (কোকিল)

চৈচৎ
থৌবুরেল

১১/০১/২০০৭
কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনব মরুপ (কলম)
ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপ

# দিপা

অঙাঙ মসীং য়াম্বন করিগুম্বদ
অৱাব হেক হেক তারক্তব নত্তে
মীসীং য়াম্ব ইমুং১ গী পোৎলূমপুব অরায়ব ওইদে।

মচা নুপীন অহন ওইব ইমুং অমদ মমা মপা ওইবসিংন হায়বী "ঈমাগী ঈবেম্ম থবক অদো অমুক্ত লোইসিল্লু, ইচাদি মরম ওকপনি, য়াওসংদনে ফুবিৎ ফজব লৈবীগনি", অসুম্না থেন্নগ সীজিন্নৈ।

অসিগুম্ব ওইরকপ মরম কয়া অসিন অঙাঙ অদুগী পুসিদ মহৈ তম্বগী লমদ অমদি মান পামজব লম্বী কয়া ফংব ঙমদন মাঙখিব য়াওখিদব নত্তে। মদুন ওইরক্কদব অমাঙব কয়া মচাগী মপুকচেল খঙবীগদব মমা ওইবী কয়ান খঙন খঙন উসিন্নদব অঙকপ নত্তে। পুম্নমক অসিগী মরুদি অঙাঙ মসীং যাম্বদগীনি। করিগুম্বদ মচানিপান অহল ওইরগন - "নঙসে লম হেনখ্রেদকো, মান হায়রিব মখৈ তৌদ্রবদি হেক য়াদব" অসিগুম্ব মমা অমন হেক পোকচরিব মচাসিংদ পীক্লিঙৈদগী অনেম-অৱাঙগী চাং থম্ব হৌরকপ ঙসিগী খুন্নাই অসিদ পুম্নমক উব ফংনরিবনি।

অসিগুম্ব ইমুং অমদ দিপা, নিংঙোল ওইন ফংজখি। মচিন মনাও মাপনগী মনূংদ দিপান অনিসুবনি, মথক্ত মবুং১ অতৈদি মখাদ ঙাক্তনি। মমাগী মতেঙ পাংনব হোৎনবদ দিপা মসান পামজব লম্বী কয়া থাদোকখিব মসীং খঙদন নাম্থোকখিব কয়ানি। কনাদসু হায়দোক্লুদে, তমথোক্লুদে, মদোম তুমিন খনজবনি। খল্লী, পুন্সি হায়বসে অসুম তৌবরা ? ঐগী মপোক্কীরা ? চাউব মপুঙ ফারক্লব মসাগী ৱাখল লেপচব ঙল্লব মতম অসিদদি দিপা নীংব থুংদব কয়ান মায়কৈ কোয়রকই। করিগুম্বদ মদোম তুমিন তুমিন লেপখিব মচী মচী খুদিঙ তোয়ন উরক্লব থৌদোকনি।

নোংমদি ফিভম অদুদ মনেচান হেক চপ চানন থেংনরুরে। হংলকই মনেচান - "দিপা নঙবু কবি তৌববগে।"

ৱা ঙাঙগনদব দিপানি, তুমিন লৈবন মহাক্কী হৈনবীনি, অদুবু থবক তৌবদদি কনাবুসু ঙাইকব লৈখিদে, অমুক্ত খুমখিদ্রব পাউখুম মনেচান হনজিন্ন হংলক্লবদ -

"ইনেচা ঐহাক কবিসু তৌদে", দিপাগী অসম্ব পাউখুমনি। মাযথোঙন থম্মোইগী মমিনি হায়নবিবনি, "নঙন ফনমক লোৎতুনসু যাবোই। নঙগীঅৱাবদো কবিনো হায়য়ু, ঐনা ঙস্ব ওইরগন মতেঙ পাংগনিদনা॥"

"ঈনেচা ঐগী পুক্সিদ অৱাব, অৱাৎপা নীংব থুংদবা কবিসু লৈতে।

ৱাহৈ খবা অদুন নহাক্কী মাযথোং অদুগী মপুঙ ফাবব পাউখুমনি হায়ন লৌবসিবা ?

সেনজা-থুমজাগী অয়ৌবী চক, মোৎলবা ঙসিগী খুন্নাইদ, মীয়াম চাব ঐখোযগী ইমুং কবম্ন হিংব ঙমগনি।"

"অদুগীবা মহক্ল অদুক নুংঙাইতন খল্লিব ? য়েংঙোই দিপা - মতম মতমগী থোকঅব অমা অদুম লাকচসনু, কবিসু খল্লুনুদ-।

মতমসিগী যাওনদ ইবোয়নবিব ঐখোয - খবমখৈদি ঈচেন্দুদ তিনব তার্বনি। কা হেনব নওে, ঈপানাৎ ঈপুনাৎকী ৱাংমদ কাহেনব ঐখোয়ন ঙাক্ল চৎপ তাবনি।"

"অদুবু ঈনেচা ! লুবিবদি চহী চা কযা কযা লোইখ্রবসু সেনজা-থুমজাগী মক ফুক্তোকপদি থাজবগী ৱাংমদ লৈখ্রগনি।"

দিপাগী ৱাখলদ অহোংব কযা লাকপ উবকপ অসিন মনেচাগী ৱাখলদ চিংনব পোক্লকই। মতৌসা অসুম্ন ওইবমদবনিকো খল্লবদ নুংঙাইতে। খল্লী, ইমুংগী অব'ব অৱাং^ নাম অসিদী হোংলকপ মাগী ৱাখলনি। ৱাহৈ ফাথব

ৱাহৈ কয়ান দিপাবু থেম্বীখি। অৱাব তারব মতমদ মনেচান মতেং পাংদুনত লাকখিবনি। অতৈন ঙাঙবদ য়ানিংদ্রবু মনেচান ঙাঙবদি অদুম্মক তুমিন্ন তাখি। তুমিন্ন লৈখিবগী মরমদি মনেচান নোংমতসু মাগী ফত্তনব ঙাঙখিদে।

খনব মখৈ খল্লী, দিপা অদুবু মসাগী নীংব থুংদব ময়াম চায়াম পোকপী মমাগী অৱাব ইমুংগী অৱাৎপ লৈবাক্কী ঈরাঙ অৱা অনা তারব কয়াগী খোল্লাউ পীক্লব মাগী কোক্ত তাদব মখৈ হানজিল্লি। অচুম্বতবু পামজরকখিবনি, মীয়ামগীদমক মতেঙ পাংগনি খন্দুন 'উকিল' অমা ওইগে খন্ন লাইরিক্ত পুক্লিং চঙন হোৎনরকখিব। লাইরিক ফবগী হায়রুরবদি লেম্ন মাঙলোইদবনি, অদুবু ইমুংগী ফিভম্ন লাইরিক তমব তোকপদ তাখি। ইমুংগী অৱাবদ মতেঙ পাংন, মচা ময়ামগী হোৎনবদ ৱারবী মমান করিগুম্বদ হেক হেক পেন্ন ঙাঙব, দিপা, খাঙবদ ৱায়, তাব ঙমদে।

অমুক্তসু ৱা কন্ন ঙাঙলক্লিবী দিপা, নোংমদি তাব ঙম্লক্রদুন মমাগ চিন্দ পাউদানদুন খৎনখি।

মমান চৈখি - "চৎপীগ্রো, যূমদক অমত্ত লৈবীরনু, নখোয় ময়ামগী হোৎনবদ ঈরু ঈয়াঙ কেমলে। নখোয়ন চৎনিংব মফমদ চৎখিবদ ঐ অমুক থিংলরোই। হৌজিক্তি নখোয় নপাঙ্গল চাউরে, নরৌসিং লৈরে, মীওইন হিংব ঙম্নবগীদমক নখোয় নসান ঙম্মব পামবৈ য়েংখরো। নখোয়বু অমুক ঈমান ফাজিন্দুনা থম্লরোই। ঈচা ময়ামচাউরে, নোংমতসু নমা ঐবু নোকহল্লম্মুদন।"

দিপা- মমাগী ৱাহৈ অদুদ মপুক্লিং নুংসিন কপখি। অদুগ হায়খি তপ্ন, "নচা মসীং য়াম্বগী ফংলিব অৱাবনি। মমা ওইবী অমন মচাসিংবু অদুম্ন ৱারক ৱাতেম্বীবর, অপঙব নচাসিংসি, লানখ্রবসু মমাওইবী নহাক্তন নচাসিংগী মরাল ঙাকপীগদবনি।" খঞ্জরম্বগী ৱাংমদ ওইরকখিব থৌদোক ৱাথোক কয়ানি। পামজব লম্বী পম্বুং য়ৌব ঙমদরে। খনব মখৈ খল্লগ অবোযবদ লেপখি, ঈসাগীদমক হিংলবোই, অপোকপী ঈমাগী লমনসু সিংব ঙম্লবোই॥

নৈবাক মীয়ামগীদমক পোক্লফম লমদম ঈমাগীদমক থবায় কংথ্রগে। মসিন মাগী অবোয়ব পান্দম ওইথ্রগে নীংলক্লে। (অতাঙ ওইবিৎতদগী মপূক্লিং চেল্লকখিবনি)। মচা ময়ামগীদমক রাজববী খাংচেৎ মচি লাংন হুমাং ইবিক অমা ফাওব নৈতান তৈথোকপ ফংজদ্রবী নুংসিরবী মমাগী মফমদগী অবোয়ব কাযন য়াথং নিবম্লগ, নোংমদি কনাদসু হায়রমদ, কনাদসু তাক্লমদ, মযূম থাদোক্তুন চংখিবম্মী দিপা ●● *(চৈচং ঃ ১৪/০১/৮৪)*

# হিংনব পুন্সিগী লানফমদ অনজু

ওসিসিবু কয়াম থেঙশ্রব ? পূং কয়া তাপ্রবনো হায়রবসু খঙহৌদ্রে। খরদি থেংশ্রব মাল্লি। ওসিসে ১৭ নি পানবনি। থাবলসু ফন য়াম্ন হাইগৎলকলে। ফি অসিবু ককপ য়াদ্রিবর ? ঐবু ফন কন্নদি সাবনিদ। হয়েং অয়ুক্কী সাব ওমগনি হাযবসু থাজদে। ব্বারিঙৈ মতমসিদ অমুকসু অনাবন মরোন অমা মথং-মথং লোইব নাইদেকো, লাই হাইবদুবু লৈত্রবরা খঙদ্রে।

খন্ন-খন্ন অনজু ফি সাবদি লেপতে। পুং ১১ তাপ্রবনি মহাক্ল খঙদবননি। অকিব ফাওদন থেঙলব মতম অদু ফাওব ফি স্যারি। ফি সাব লোইসিল্লবসু হযেং সাননব অমুক লংচাক চাকখিদৌবিবনি। কয়াদ কনশ্রব থবকনো থেংলক্লব মতম অসিদদি অনাব মমাদো অহানব মীকপ তুম্লুরগ মীকপ থোক্লক্ল মাল্লে। মচাবু কৌরকই - ইবেম্ম ! অনজু থেঙদ্রিবরো নঙবো ! লাকও লাকও চঙলকলো। তুমসিৎ ফাদদন অমুক নারবনি। ঐন নতেঙ খর পাংবীগদবসু ঐসু ঙমদদুন লৈরেদো। ওস্থোক্ল নরাইবক থীশ্রব হায়বদুনি নহাকসে॥

- হোয় হোয় ঈমা ! চঙলক্লগে। হয়েং অযুক ঙস্তা ফিসিংসে থিল্লুগে হায়দুন ককপ ঙম্লনবা সাবনি।

- কক্লবরা ? লোইসিনদ্রিবরো নঙবো ।

- লোইসিল্লে ঈমা ? ফিসু ককলে। ঈমা খোঙ ঈংবরা ? ঈসিং অসাব অমুক হানখিসিরা ?

- য়াম্ন ঈংবদি নত্তে, অদুবু খরদি ঈংই। ফি খর লুমন সুপচিল্লগ অদুম্মক সাজরগনি। তুমলো তুমলো থেঙশ্রে।

নোং ঙাল্লে, ঙনতান হৌগৎতুন থবক ইনখাঙ লোইসিল্লন্নগ ঙরাঙ ককখিব ফিসিং অদো থিনব চৎখি। ফি য়োল্লুবগী সেল খরদু পুরক্লগ চেঙ ব্রাল্লগ চাক থোংগদৌরিবনি। মপা অনাবগী লায়েঙসঙদ ঙনতান চাক থীনব নংননব। অথুব মতমনি, মফম অমদ মিনিট অনি পঙ্খনবগী অনজুগী মতম লৈজদে। চাবন ব্রাৎপ সূবন হেনখিবন নৌরিব হকচাঙদ ময়েং তারকপগুম উরকই। লম্বী চৎপদ কনাবুসু হন্ন য়েংলুব লৈতে, খঙহৌদন কৌরকই, "অনজু -"

য়েংথোকখিবদ সরত লৈরম্বদু উরে, হেন্দোক্লুন চৎপ ঙমদ্রে সাইকলদু খামলে।

"কদাযদ চৎলুবিবনো ঙন্তান নতোমত ?"

"থবক অমা চৎলুবনি। অদোম্বু কদায য়ৌবীগদৌরিবনো "

"সিংজমৈদ ইমান্নব অমা উনকগে হায়দুন চৎলিবনি। অদো নঙবু লাইবিক কযাম পাববগে ?"

লাইরিক পল্লকপদ অনজু মমায় লৈথোকখি। মপী ঈরা চেল্লকখি। সবতপুসু উদনব হোৎনজে।

"কবি তৌরে খুমদ্রবদি ! থা কয়া ব্রাৎলিবগে ?"

"তামো, ঐ চাংযেং যাওববোই।" ব্রাহৈ খব অদো অনজুগী মচীন্দগী ব্রান হাযদোকখিবনি।

"কবিগী ? মবমদুদি হায়যুদন। চাংয়েং কুইবক্লে হায়দুন ঐহাক অসুক কুইবসে নোংমত নঙোন্দা উনসি হায়দবনি। কান্নদবদ অরেম্বদ মতম মাঙগনি হায়দুন অদুগ নহাক্ন ঙসি ইনুঙ নুংঙাইবা মখৈ চাংয়েং য়াওররোই হায়রি। হাযযো, মরম অমদি লৈফম থোকই।"

"তামো কান্নদ্রেদ - ঐ অমুক লাইরিক তমগে খনদরে। তল্লবসু মতূংদ চাম্মবক লৈবি।"

"অদুবু মরমদুদি হায়বু হায়ব।"

"ঙসি ফোর্ম ফিলপ অরোয়বনি।"

"ওহ্ ! অদুবু নহান্না হায়ব য়াদ্র ? অদুগী ওইরবদি তৌবীরম্মগে ? করি করিনো অরাৎপদো নহাক লাক্লগ য়েংসিল্লরো।"

"নত্তে তামো, ঐহাক অমুক ..."

"ঙাওসিন্নগনু, নহাক অঙাঙ নত্তে। য়াম্ন মুন্ন খল্লু। মতমবু করিসু লৈতন খল্লীব করিগীনো ?

"পাবুংদো য়াম্ন কন্ন নারি। লায়য়েংসঙদ লৈরি। 'ওপরেসন' তৌগনিসু হায় ঈমাসু নারি। ঈনাও অতোনবীসু মসা ঙমদে। তামো, ঐ করি হায়গদবনো হায়ফম খঙদে। মসিদবু ঐন লাইরিক তম্লগ করি কান্নরুখিগনি। লাইরিক তম্লীবনি হায়দনবু নুমিৎ হুম্নি চরা হেল্লক্লবদবু করম্ব মহৈরোয়ননো লাইরিক নীংসিঙগদব"

"নখোয়গী ইমুংদুবু কয়াম ব্রারবগে ?"

"তম্বগী লোইব নাইররোই। মতম অমগ ঙসি ওইরিবা ঐখোয়গী ইমুংগী ফিবমগ য়াম্ন খেৎনরে। হিংনব পুক্সিগী লানফমদ নোংমগী চরা তান্দুনা খোঙজেন তান্নব ঙম্লক্রে। হিংবদ ব্রারে।"

"অনজু !"

"অসেঙবনি, মায়থীরক্কদৌরে ঐহাক, হিংনব পুক্সিগী লানফমদ"।

"অনজু, নহাক নুপীনি, নুপী অমা ওইবগী থৌনা উৎথোকউ। করিগীনো থম্মোই অদুক য়াম্না পীকসিল্লিব।"

"মান্নি, ঐহাক নুপীনি, ঙমলিব মখে হোৎনগনি, খুদোং থীব কয়া মায়োক্ল গনি, অদুবু (অনজু ব্রা মখা তাব ঙমখিদে)

"নখোয় তামোসু লৈরিবদুদি মহাকসু নঙগী নতেঙ খরা পাংবিবদি য়াইন"

"লায়রব ইমুংদো মান থোকপ করি করিনো সুদুন মতেঙ পাংবীরম্বনি, অদুবু ঙসিদি পাবুংগী নাক্ত লৈস্ত্রে।"

"কপকনু নঙদি কপ্প পকচদে, থম্মোই সোক্ল নঙন কপ্পগ ঐ খাঙব ব্রায়। ঐন ব্রারে হায়খিব মতমদা নঙন সাউখিবদাই, হায়খিবদাই নঙবু লৈজব খরন পেনথোকপ তমসি। অদুগা করিগী অদু য়ৌন থম্মোই পীকপিব। চৎলো অনজু থেঙত্নগনি। করিমত ব্রারুগনু নঙগীদমক ঐ লৈরিবসিদি নঙন ব্রান লৈরগ ঐন করম্ম নুংঙাইবা ঙমগনি! নঙগী অব্রাবদ ঐগীসু সরুক য়াওরিবনি। ঐন অঙম্বা মতেঙ পাংলক্কনি।"

"তামো!"

"চৎলো, ঐ হয়েং সোয়দন লাক্কে।"

অনজুখোয়গী ইমুংসে অসুম্ন ব্রারম্ব নত্তে। লৌচা মতিক চান লৈজদুন, সূব নোম্ব কনব ইমুংনি। মীন মসক খঙনবনি। মবুং চানকিস্বরগী থবক তৌননবা সেল পীখিবদ অয়ামব ব্রাখিবনি। অদুবু ব্রারবসু ব্রান মবুংন থবক তৌরক্লগ ইকঙথা অমা থোকখ্রবসু নোংজুথা অমা লাকখিগনি খনবগুম নোংমদি সোয়দন নুংঙাইরক্কখিগনি হায়বগী ব্রাখলদ হিংলিবনি।

ঈনখৎলকপগী মতম ওইরবসু চানকিস্বরগী মসাদ করিসু অব্রাংপ লৈতে। মবমসু ওকই, থবকসু ফৈ। অউব লৈসাবীসিংগী ঙাওনফমনি। নোংমতসু ঙাওসিন্নকদে। অমরোমদ মবুংদগীদি মচল ইবেম্ম অনজুন অমুক হেল্লিবনি। কোইবপ তাব মায়থোং, মূন জুম জুম লাউরব সমলাং কোইরাউনরবী মীৎসনাবু ঙাক সেল্লিব লীরুং সারব পীসুম তঙাং তঙাংলবা মাইথোংদ মূনা পীক্তক থুংলিব চিনবান ময়াগী সমব্রুন অমুক্ত হেন্নসু মগুন হাপ্পী। মরেপক মঙালগ য়েংনবদ মরেপন খরা হেন্ন ঙমতক তাব সবান্নী। তবা তবারব পীক্তক তৌব চি□ানগী মনূংদ মীবু উখিগনি হায়বগী মতাগুম লোৎলিব লংলব য়াতোন্ন খজিক্তং নোকফেৎ তৌরকপদ উবদি মতমসিগী অঙাওব পাখংদি ময়ূমদ হনগনি খঙদে, মহাকপু য়েংবদ।।

থবক থৌবম কয়াদ মীন সীংথানিংঙাই ওইবীনি। হৌন-লোনচৎ খঙবী নিঙোলদো অহল লমন কয়ান মচাগী মমৌ ওইজগে হায়দুন হায়ব

লাকপনসু মসীং থিঙমদ্রবনি। সনা লিক-কোন থোইদোক্ল মরাঙ কায়ন সি, চাদ্রবসু মাগী ফজবদি নোংম নোংমগী হেনগৎলকই। ইনাক কৈরাক খুনব ইমূংদ পোক্লস্লবদি ফজব সক্তা ফজব ফিরোল, সনা লুপা কয়াগ চানখিদুন অউব মীসিংন হেলোই অতোনবী হায়বদু অসিদগী হেন্না ফজরমগদরা হায়ন খন্নরমগনি। অদুবু ফজবন ফজবগ থেংনরবদি ফজব সক্কী ময়াই মাঙখিগনি খ□নরা অনজুগী ঙসি ওইরিব ফিভম।

কেজব, চাউথোকপ পামজদবা লৈজব খরন পেম্থোকপ লূ নানন সেং চাব, থম্মোই সেংন চম্ল লেনজব পুঙ্গিন অনজুগী খ্বাইদগী পামজবনি।

"চেচেচৌ চেচেচৌ মমাঙগী খোংনাং মখোঙদ নুপা অমা লৈহৌই, নঙবু ঙাইহৌই, য়াম্ন থুনা থোরকউ হায়রকই।"

অনজু খঙনিঙ নীংসিংলকই, ঙরাঙ সরতন হয়েং লাক্কে হায়রম্বদু, সোয়দন ওইরমবনি। থোক্লবসু সাউখিগনি। ফরে থবক্তি য়াম্ন চিল্লি, অদুবু ঈসিং কোনসে পূরগ থোকখ্রগে।

"তামো ! কয়াম কুইরে য়ৌবীরকপা !"

"ঙাইহাক ওইরে। পাবুংদি কমদৌরে।"

মতম পুম্বদ মোমোনত তৌব মাগী মায়থোংনি, মপাবুংগী অনাব হংলকপদ মায়থোং সকফম হনসিনখি।

"ঈমাদি হান্নগী হান্ন অদুম্মক লৈ, অদুগ পাবুংদি খর নুংঙাইতে হায়গুম তৌই।"

"অনজু হন্দক্সী নহাকসে ময়েং য়াম্না তারে।"

"খর হেন্ন নুংঙাইব মতাঙনি, অদুননি।"

"সে, সি লৌসিল্লু। লিসিং মঙানি, মতেঙ মতেঙ ওইনব।"

"তামো য়ামনখ্রে।"

"হেন্নদুম শীনিংবনি, অদুদ খরা খুয়ৌনরে। মসক ফবী মচা নিঙোল পোকচব মমা মপাসিংসে ব্বারমগনিকো, মখোয়গী ব্বাখলদ।"

"উম: ব্বারমগনি অদুবু ঐখোয়বু পোকপ ঈমা ঈপাদি মচাবু মতিক চাব মী অমা ওইহনব ঙমদবগীদমক্তদি ব্বারমগনি, অদুবু ফজব সক্কী মনূং চনদব ঐগী সকসিগীদমক্তদি থোইন ব্বারমলোই খল্লি।"

"ব্বা ঙাঙবকদি করি হায়নি, ঈসিং লিংপোং নত্তেনে।"

"ওজা ফরিবুদি।"

"হুম কান্নদে অনজু হন্দক পাবুংন নাব ফরক্লগ নহাক ঐখোয়দ থম্ব তারে।"

"নখোয়দ লৈরগ কবি তৌগদৌরিব।"

"কৈদৌনেগে, ইনাক্তগী হেন্দোক্তনব থম্বনিদন। তোয়ন উনবসু ফংদে, সক ফজবনিন কোক সাব পাউসু য়াম্ন তাই। ইনাক্ত ঐগীনি হায়ন লেঙদন লৈরবদি কন্নানসু করিসু হায়ব ঙমদ্রেদন। নত্তে, নঙবু হৌজিক করি খল্লিবগে ?"

"করিমত্ত খনদরে।"

"ঐগীসু খনদ্রব ।"

"উম! খনদরে।"

"অনজু !"

"তামো! ঐগী ব্বাখল কাউনব হোৎনরোদ মদূন হেন্ন অফব ওইরনি।"

"অনজু ! নঙগীদুবু করি হায়বিবনো ? ফাগীবো নৎত্রগা অচুম্বরো ?"

"ফাগী নত্তে, অচুম্বনি। ঐগী পুন্সিগ তামোগী পুন্সিগদি য়াম্ন লাপনৈ, ঈমাখোয়ন হায়ব ইনবীয়ু মদুন হেন্ন অফব ওইগনি।"

"ঐগী পুন্সিদি ঐনা লেপচগদবনি অনজু ! ঐখোয় অনিগী লৈনব মরীগ ব্বাফম অদুগ করিসু মনী লৈনদে।"

"লৈনে, য়াম্ন নকনৈ। তামো, নহাক ঙসিগী খুন্নাই অসিগী ওইহৌরিব মসকসে খঙ্গদ্রবরা ?"

"ঐখোয় অনিগী মরীদ মদুদ নহাক্ক মরাল সীরগ ঐঙোন্দগী লাপথোক্কে অসিরা ?"

"তামো !"

"হায়য়ু, নঙগী অপাম্ব করিনো ? নঙগী নিঙব থুংগদব লৈরবদি ঐগী পুক্নিসে মাঙখিসনু।"

"লায়রব ইমুংগী মচা নিঙোলবু করম্ব মমা মপান মচাগী মমৌ ওইনিংবগেনে।"

"খঙই, ঐ য়াফম অদুদ তানব হায়রকপনি। ঐগী অচাওরম পামজদবী ঈমান নহাকপু ওম্থোক্ক লুন নুংসিন সোনজৈ। মসিমসু কাউগনু - মতমদুদ চঙগদব চদীং খুদিংমক ঐন লোইন পুথোক্কনি, মদুগীদমক নঙন য়াগদব নত্তে।"

"ঐগী ইনাক্তগী লাপ্ন থৈদোকখ্রো, মদুন হেন্না তামোগী পুক্নিদ মায় পাকপ ওইগনি।"

"অদুদি হায়য়ু, অনজু ! নঙ ঐবু নুংসিদে হায়ন। নঙগী চিনবানদগী য়াহৈদুম হরাওন তারগ ঐগী থম্মোইসে পেনগে। পুক্নি চুপ্প নঙবু নুংসিরুবন মৈচাক্তো খাঙহৌসনু।

"তামো"

"অনজু, খুম্মুঅমুত্তং হরাওন - সে কপকনু। করিগী কপলিবনো। অপঙবীসিদি, নঙগীদমক ঐ লৈরি। নঙগী পুক্নিন য়াইফনবগীদমক সরতন মতম চুপ্পদা খল্লি কাউরবরা ? ঐনা নুংঙাইন লৈরগ - নঙন করম য়াজরো হায়গনি।"

"হিংনবা পুক্নিগী লানফমদ ঐহাক মায়থীরক্কবনি। সাংলব পুক্নিসিদ লেমহৌরিব পুক্নি অসিন হেন্না তেল্লবরা খল্লকলে। অঙানবা লম্বীদগী অমম্ব লম্বীগী তাইবং অমদ ঐগী মীৎসে অসুম অসুম ওনসিনখিবগুম লম্বীদুদগী

খোঙসে থাংদোক্কে ঙল্লক্তে। লোইব নাইদ্রবা মীওইবগী পুন্সিগী ঈচেল কন্নান হায়ব ঙমগনি। কল্লকপন থল্লব মীনোক চাউরব ঙসিগী খুন্নাই অসিদ তামো, নহাক হায়বীব ঙস্বরা নোংম ঐগী পুন্সি করি ওইরক্কনি।"

"অনজু ! ফরে তোক্লো। নহাকসে থম্মোই পীকসিনব ব্রা ঙাক্ত ঙাঙই। ঐসু হায়ফম খঙদরে। ব্রাখলসে খর চাউথোক্ল হিংসি। নঙগীদমক ঐ হিংলি। খোঙফমসে ঐ কৈদৌনুংদ হোংগদব লৈতে। ঐন ঐগী অনজুবু কয়াগী মতিক নুংসিজবগে হায়বসে করিগী নহাক্ল খঙবীদ্রিবনো ? ব্রারী অমা লীগে তাও - ঐন ক্লাস নাইন কাব মতমদ নহাক্তী ক্লাস ফাইব তমক কারি য়েংউ - ঐখোয় অনিসে খেৎনদ্রা ? মতমদুদ 'ক্লাস' মান্নরল্লবদি কয়াম নুংঙাইরমগনি। ঐন খল্লি, মতম চুপ্পদ নুংসিরবী ঈমা নহাক অমদি লাইরিক । নঙন নমানন্নবী কয়াগ চেন-চোংদুনা সান্নব উরগ ইথন্ত থমেমাইদ মোমোন নোকচখিবনি। মহৈলোইসঙগী থৌরম কয়াদ কপ্পমখৈ সৈরেং থীখিবা, অহৈ অহৈব ময়ামদুদগী নহাক্ল মকোক তাখিব, নতোমত সান্নব ড্রামাদ কয়াদ মান্ন সান্নখ্রব। মদুদ নহাক্ল সকখিব ঈসৈদো কয়াদ ফজখ্রব, খেৎনরিব হায়ববু সৈসকপ অদু মঙায়রে। ব্রা অমত্ত হংজগে লাকপনি,কুইরোই সুপ্লতগী অমতনি' নুমিৎতুদ ওজা মকোক্ল পেনমনখ্রদুন নুংসিন নকোক্ত, নানবীখিব নঙসু নিংসিংলমখিগনিদ। নহাক্ল অহানব মনা অহুম পুল্লপ ফংখিবদো, নহাক্তী অঙাঙ ওইজরবসু লৌসিং য়াম্ন লৈরকপীনি। ঐখোয় অনিন লোয়নরকপসে কুইদেকো। পি ইউ লোইরব মতুংদগী ঐনা মদ্রাজদ বি এ তম্ন অদুগ নঙন ইম্ফালদ। মতমদুদ ঐন নঙবু থাদোক্লল্লগ সাংলব মতমদো লৈরুদোইনি খনবদ কয়াম ব্রাজখি। তমজরুব ইহৈদুগী মহয়সু ঙসিদি চারে। নঙসু খল্লু ইবানিন লোয়নরকলিব অসে চহী কয়া ফারে। পুন্নমক অসিবু নঙন করিমত্ত খঙবীদন নঙবু কাউখ্রো হেক্তা হায়রিব করিগীনো ? নঙদি ঐবু কাউব ঙল্লগদ্রা?"

"তামো !"

"নুংসিবদ লায়র-ইনাক খুনবন চাং লেপকদব নত্তে। নঙ-ঐগী থম্মোইন লেপকদবনি। নুংঙাইতব করিসু খল্লুনু, ঐ লৈরিসিদি। নোংম অমুক লাক্কে, চৎলগে।"

অমগী মথংদ অমা- লোইব নাইদে, অথাবগী ঈরাওখোল অনজুগী মপাদো 'ওপরেসন' তৌবদ লৈখিদগ্রে। করি ওইরমগনি অনাবী মমা, ময়ামগী হোৎনবদ মীকুপ অমা পোথাব ফংজগ্রবী অনজু। নহা ওইবগী পুন্সিদ অথাব মসক খণ্ডদন লাণ্ডন-নোক্ল লেঙ্গগদব মতম অদুদ ইমুং অমগী পোৎলুম মতোমতন পুবদুদদি মহাকসু থারক্লে। থাখলন লাইনা ওইরক্লে। মমা নাব খর ফরক্লে। মমাগী মহৎত মখোয় ময়াম্বু থাক্লিবী মচানুপী অনজুদো ঈসিং খূয়া অমা ফাওব থকউ হায়ব য়াদব মখৈ অনাবগী খয়াত্ত তাগ্রে। মতমসিদ মখোয়গী ইমুংদ ওইরমগদব ফিভমদো, ঐগী পীক্লব খোরজৈগী মচিনসিন সৈথাবদ থান থোকলে।।

মতম খরা সরত ময়ূম থাদোক্তুন গৌহাতিদ মহাক্কী থবক্কীদমক লৈখি। অনজুন নাদুনা লৈ হায়বসে মহাক খণ্ডখিদে। মসা ওমদন নোংমা নিনি লৈরম্বদগী তোপ তূন নাখিব নুমিৎতগী নুমিৎ ১৭ নি ফমসেন্নরম্লগ ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা অরোইব ওইন অনজু মেরাগী ১৪ নি পানব নোংমাইজিং নুমিৎকীঅঙনব অয়ুক কোরৌগী মসেক্ল তরং তরং হাইদোরকপ মতমদ তাইবংপান থাদোকখিবনি।

লোইব নাইদে, পুন্সি কৈখেল নোংমন করি ওইরক্কদব ? নুংসিরবী মচা অমদি মপুবোইব লৈখিদব ওাইবরা খণ্ডদে হৌজিক্তি অনজুগী মমাদো নাব পুংফ ফরে। মচানিপা চানকিস্বরসু থবক থোরক্লে। মথানুংদ চেৎন কো' দুনা থমজরম্বী মচানুপী অমদি পুন্সিগী হকচাঙ তংখাই ওইন লৈমিন্নরম্ব মপুরোইবন লৈখিদ্রবদ কংলুরব থাখলদো ঙসিদি মচান থবক তৌরক্লবসিদদি হিংনিংবগী লম্বীদ ময়েক সেংন তপ্ন তপ্ন লাথোরকলি।। অদুবু মখোয়গীদমক - মীয়ামগীদমক অনজুগী পুন্সিদি হিংননব লানফমদ মায়থীগ্রবনি।।

সরতন মীরৈবাক্তগী অনজুগীনি হায়দুন ফজব ফিরোল অমদি পোৎ চৈ য়াম্ন লৈরকখি। য়াম্ন হরাওন লাকখি। য়ূম হেক য়ৌবগ মহাক্কী পোৎ চৈ থিল্লুগনি পুন্সিগী অথা নুংঙাই থারী কয়া সাগনি অদুবু মীন খনবগ অমা লাইন তম্বন অমা - লম্বীদ তারকখি, অনজুগী পাউ, থাজখিদে অদু ফাওবদ, য়ূম য়ৌনব লাকখি।

করম্ম থাজগনি ? থাজফম থোক্তে। চৎলমদাইদ পুকমেন পাওমেন্নদুন লৈহৌবী মহাক্তো - চহী কয়া অমা লাপ্ল লৈরুবসু নত্তব - মতম খরদং চৎলুবদ হল্লকপদ ওইরমলিবা ফিভম কনান থজগদৌরিবনো ? ইচঙ থৌন পাউ অদো কনান সরততা তমগদৌরিব ? লোৎসিন্দুন থম্বয়াবা পোৎসু নত্তে। কোইলাঙ লাঙই, পোৎ চৈসিং অদো মী উখিদনব চেকসিন্ন থমজিল্লি। তাঙ্গাদুদ রতন চঙলকই -

'বাচৌ বাচৌ' সে

"করিনো রতন"

'খঙদে করিনো ? সান্তখোয়গী মখা থংবদ লৈব মখোয়গী ঈচেচৌ অনজুন পীরকপনি। য়াম্ম লুনা সিন্নরকই 'বাচৌ' লাকপগ পীয়ুসু হায়রকই, নুমিৎতো বাচৌ ঈচেচৌদো য়াম্ম ৱান লৈহৌই, নারিসু হায়, লোন্ন মপী তৈথোকখিবদো ঐহাক উরকই। অদো বাচৌ নহাক মাগী পাউ করিমত্ত তাদ্রিবরো ?" (রতনদো কপ্লক্লে)

"করি পাউনো ! হায়য়ো রতন"

"বাচৌ মাদি চৎখ্রবনে, ঐখোয়ন অমুক উব ফংলরোই।"

ঐসু চৎলি। মাগী লান্ন থৌরমদ মীয়াম্ম য়াম্ম কপ্লখি। ঐসু কপখি। বাচৌ - নহাক লৈরম্লবদি ঈচেচৌদো নাব ফরন্বসু য়াইকো।"

"ওকলে রতন, ঐ অমুক মখা তাব ঙমদ্রে।"

রতন পীরমলিবদো হাংদোক্লুন পারকই -

"তামো সরত !

নুংঙাইরমগনি খল্লি, গৌহাটিগী খোঙচৎ। খৌরাংন ঙাইজবনি, অদুবু উনব ফংদ্রে। ফোঙদোকপ ঙমহৌদ্রব থম্মোইগী ইপাউসে নোংমদি সোয়দন নফমদ ফোঙদোকপ ফংগনি খঞ্জরম্বনি, অদুবু ঙসিদি নহাকসু লাপলিদো।

## লোইয়ালমগী সংবাদবী

লায়রব হায়বদুন পুন্সিগী লৈতেং ওইখিরম্বন পুন্নমক ইনাক্তগী তপ্ন তপ্ন নাথৈখি, অদুবু থম্মোইগী অসেংব নুংসিব অদুদি যোঙদোকনিংখি। খ্বাইদগী পামজখি, অচম্ব থম্মোইগী অসেঙব অৱাঙব থাক্কী নুংসিব। চম্ন লেনজব পুন্সি। হকচাঙ পোলাংন মালেম লৈরোন চনত্রবসু ঐগী নুংসিবদি তামোগী নাক্ত লেঙদন লৈহৌরগনি। পল্লেপফম নাইদন পাইরিব লৈচিলগী অরেপ্প মচু কনান হায়ব ঙম্বগেনে ? পুন্সি চুপ্প তামোগী নাক্ত লৈজনিংবনি, অদুবু তাইবং মপূন তম্বীরমদ্র মাল্লে।

পুন্সিগী য়েনীং অয়ুক্ত থেংনরুইদো নুংসিব নহাকসু নুংসিগী কৈথেল কারকপদ - নুংসিগী পাডখোং কয়া চন্নখি, মীকুপ পুংজা খরদ হরাও মীনোক তম্ন। ঙাইহাক পুঙ্গোই পানব তাইবঙদ থেংনরুইদো তুরেলদ তাউব কোঙ্গোলগুম, অদুবু থংনব মীকুপতা খঙহৌদন তাকখরে ঙসিদি কোঙ্গোল অদো।

থম্মোইগী সোল্লব নুংসিগী লংলাসে খঙহৌদন তংখিগদ্র খনবদ কয়াদ ৱাজখিব অদুবু খঙহৌদন লাকপ ইথক ইপোম অমগী মরক্ত হুমদোকখরে ঙসিদি লাপ্ন অমুক থিব ফংলোইদব মফম অমদ।

তাজনিংব নপাউ - উজনিংব সক্তম খৌরাংন ঙাইজরি।

নহাক্কী অনজু

(চৈচৎঃ২৭/০৯/৪৫)

# পুর্নিমা

য়াম্ম নুংঙাইবমক নৎত্রবসু পুর্নিমাখোইগী ইমুংসে থোইন অৱাৎপ লৈতে। মপান লৌমী ওইজরবসু মবুংন অৱাঙবা থাক্কী মহৈলোইসংগী ওজানী। মসাসু বি এ অরোইবনি। মচিন মনাও মঙানি। মথক্ত মবুং অমগ মৌপ্পা ২ মনাওনুপী অমা।

পুর্নিমা অমদি রাজেন মখোয় অনি অসি য়াম্ম নুংসিনৈ, অসুক্কী মতিক হায়নিংঙাই লৈতন। মখোয় অনিগীদমক ৱাবীবসু কয়ানি। মীয়াম্ম হায়নবী, মরাইবক্ত তল্লমদ্রবদি খঙদ্রে, অদু নত্তদুন অসুক চম্ম নুংসিনরি, মখোয় অনিবু কায়নহনগে হায়ন সীনব মীদি সোয়দন অৱাব তাগনি। অদুবু ৱাহৈদুগী খোঙ্খোক খেৎনবগুম মীওইবগী পুকচেলসু খেৎনৈ। কনাসু ৱাখল মান্নদে। মসাদ করিসু অৱাৎপ লৈত্রবী, হীরম খুদিংদ ফিদম্নরিবী পুর্নিমাদো রাজেনগী মমানদি হায়নিংঙাই লৈতন পামজরমদে।

রাজেন মমা লৈখিদরে। পুর্নিমাগিদি অনিমক সুনা লৈরি। মচানুপা মঙানি, নুপী অমত্ত য়াওদে। রাজেন্ন মরী সুবনি। ময়াম্ব অহুম সেল্লব মতুংদ মপা লৈখিদবনি । মনাও নিপা অদুমতং ঙায়রে মতিক চাদ্রিব। রাজেনদি এম এ লোইরমদুন থবক ফংলবনি। পুর্নিমা বি, এ গী অরোই চাংয়েং পীশ্রব মতুংদ রাজেন মঙোন্দা চেল্লসি হায়দুন কন্ন তকসিল্লকখি। মহাক্কী য়াজদে, মতিক চাব মী অমসু ওইদ্রি, অমরোমদ রাজেনগী মমান য়াদ্রিব অদুসু থবক তৌরবদি খরদং ফগদ্র খনখি, অদুবু রাজেন য়াব লৈখিদরে। পুর্নিমান ফন হায়জে পুম্নমক অরেম্বদ ওইখ্রে।




মচানুপা রাজেন্দ্র পুর্নিমা চেল্লক্কে তাবদ [illegible] সাউখিব অদুবু মন্দোমচা থন্নাল অমদি ময়াম চঙদুন থেন্নদগী লুহোংব [illegible] লোনচং খঙব ইমুংনিন য়াম্না ফজন পাঙথোকখি। রাজেন্দ্রগী [illegible] পামদবগুম পুর্নিমাখোয়গী অহলসিংনসু রাজেন মতিক চায় হায়জবগী ৱানি মখোয়গী ইমুং-মনুং মমাইবেন্মগী ৱাঙাঙ সঙাঙবুদি পামজরমদে। মমান ফনমক য়াম্রবসু পুর্নিমাগী হৈ সিংব মতৌন নোংমত ৱা অমা ফাওব কন্ন ঙাঙনদে। থা মরিগী মতুংদ পুর্নিমা মসা ৱাই সংখিদরে। নোক্লনত লৈ। ৱাহে অমন মীপুম খুদিংগী থম্মোই পেনহলব ঙমই। অদুবু মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোই সুমহৎপ ঙল্লীবী মমৌনুপী অদুবু করি পামদব লৈবননো খঙদে মী অয়াম্বদ হায়রম্মী, - পামজদে মৌনি হায়দন ।

ঈচানুপা অসিমতংদি পুক্লিং খোয়দাব ইমৌ থিজগে খনবনি, নমদুন হেক ফাবি। থিখিনি, ইখুৎতা মৌ মান লৈদন কয়াম কুইন লৈব ঙম্বর য়েংগে। তানথোকখিনিয়ে, পামদে, মসাদ হায়বীয়ু মপামদ চংশ্রো হায়ন।

কয়াদ থম্মোই কনখ্রব নুপী ওইবীগী পুকচেলনো ? অঙকপ মমা অমা ওইবগী ফিদম লৌরি। পুর্নিমাদ ঙসি ওইরিব অসিগুম্ন মহাক মসাদ থোক্লম্ন তারবদি মহাক নুংঙাইরমগদ্রা ? মচানুপীদ থোকপ ওইরবদি মহাক করি খনগনি। মহাকসু নুপীনি, নুপী অমগা নুপী অমন পুকচেল অমদি অৱাব খঙফম থোকপনি। অসিগুম্ব মী অমন মী অমবু অচান মীরাই নাইন করিসু লৈতন মান্নব অমদি মানন্নদব থাক্তদ থমদুন হিংমিন্নবসে ফংতবনি। পুর্নিমাগী পুন্সি কুইন নুংঙাইয়ু তল্লমদ্রমাল্লে, নোংদম্মন।

অদুগুম্ব পাউ ময়াম পুর্নিমাদি নোংমতসু মীগী ময়ুমদ চংতুন ৱারী সারুদবনিন তারমদে। রাজেনদি লেপ্প লৈতন তারম্মী। খল্লকই মমাগী মরমদ ঐখোয় ঈমান খল্লিবসিবু করিনো ? মৌ অতৈদগী পুর্নিমান কয়ামুক য়াম্ন ফত্রব ? করি ফত্তব থৱক তৌখিদুন পুর্নিমান ঈমাদ করি কায়প্রব ? রাজেনদো হন্দকতি করি খল্লক্লবনো খঙদে, চহী কয়া নুংসিনদুন থাদোকপ ঙল্লরোইদবী পুর্নিমাদো মপামদ চংহনখ্রগে খল্লকলে। অদুগ মমাগী অপাম্ব মমৌ থিহনব,

অদুগী মতুংদ মহাকসু ময়ুম থাদোক্নুন চৎখিব, অসিনি মহাক্ন হৌজিক খল্লিব ৱাখল ! মসিবু ওইথোকপ য়াবরা ? নিপা অমগী অচেৎপ ফিরেংলা ?

পুর্নিমান মসা ৱাই সংখিদব থা তরুক খর হেল্লকপ অদুৱাইদগীদি রাজেনদো য়ু থক্নুন ইমুংদ লাউ খোংদুন ফু-চৈব হৌরকলে। খণ্ডহৌদন হোংলকপ রাজেনগী মতৌ অদুদ পুর্নিমাগী থম্মোইদ হায়নিংঙাই লৈতেন অঙকপ পোকখি। য়াম্নসু নুংঙাইখিদে। করি অমুক হায়নি। পুর্নিমান থোংব চাক ফাওব চারক্রে। রাজেন্ন অসুম্ন তৌরক্নি হায়বসে কনানসু থাজদে। ৱা অমা ফাওব নিংথীন ঙাঙনব য়ারক্রে।। নুমিদাং অমা লাউ লাউদুন চঙলকই, পুর্নিমা - পুর্নিমা অয়াকপ খোঞ্জেলদ কৌরকপনি।

পুর্নিমা থোঙ তপ্ন হাংদোকই। মপুরোইব চঙলকপ ঙাইদুন লৈ। ফন থেংনদুনসু রাজেন হল্লকত্রি ফাওবদি নোংমত মহাক তুমদে। হৌজিক ফাওব লৈরিবর ! নপাম চৎস্ত্রো হায়রগ করি তৌরিবগে ? চৎখ্রো চৎলু, নসক্তু য়েংনিংদে।

পুর্নিমা খুমদে, তুমিন্ন লৈ। কপ্পী মখোল থোক্তন।

- ঐন হায়রিবসে নঙোন্দনি। ফক্লাঙদ ওইরবোই নীংবরা ? কয়ারক হন্ন হায়খ্রব নৎত্রা ? চৎলো। তুমিন্ন লৈসিন্নরগ খর কপসিনন্নদুন ওইব য়ারোই। নসান খঙন চৎখো।

- ঐবু করি লানখ্রবগে ! হায়নিংবদো ময়েক সেংন খঙনসি।

- নরাল থীরগ নঙ কৈদৌগেগে - হা ! ময়েক সেংন হায়গে, ননাদো মুন্ন তাও - নঙ ঐনা পামদ্রে, অদুন চৎস্ত্রো । সিদগী হেন্ন হায়নিংঙাই লৈতে, খঙঙবরা ? খঙহৌদন ফুরকই।

মতৌমসিং হৌগৎতুন খাম্মী, মমান কল্লক পেন্ন য়েংই।

- রাজেন করিনো নঙন তৌরিব অসিবো । নঙবু ঙাউরবরো ?

- ঈতৌমা, মা হেক লৈরিবমখৈ - ইমুং অসে ঈংলরোইদবনি।

- ওহ: পুর্নিমা চৎত্ৰবদি নহাক নুংঙাইহ্নি, ঈংলনি সিনিনে।

- নত্তে, য়ুম্বানমিন্নরগবু নুংসিনদ্রব অমন অমবু লাপ্ন লৈনরগ নুংঙাইহবরা, অদুবু ঈতৌমা ঈমাগী মনাকসিদগী চৎহলখিব তাবনি।

- অদুদি নখোয় তোঙান চারবদি লাপলেদন।

- অদুসু য়ারোই।

- মতমদুদদি খলহৌদ্রগ হৌজিক্ত কান্নররোইদব মতমদ - নহাক অঙাঙ নত্তে। নসান চপ চান ৱাখল খনব ঙন্নব মীনি। মী অমগী পুন্সিবু মমল খঙন চৎলু।

- চৎখ্ৰো হায়রিবসিনি নসক্ত য়েংনিংদে।

- য়েংনিংদব সকসিগীদমক ফংহৌরোই হায়বগী মতাগুম মতমদুদ ঐন হায়বদি নহাক্ত করিগী য়াখিদে। নসাগী পুন্সিদমক মমল লৈ হায়ন খঙব - অদুক তৃক্কৎচব পুকচেল - নসাগী অচারম য়েংদুন মীগী পুন্সিবুদি করিসু লৈতন খনব নত্রা ? মী অমগী মমিংতগী তাব পিসে লেম্ন খক মাঙদবনি, মসিমদি নহাক খঙজিনবীয়ু।

নুমিদাং অদো রাজেনগী মনাক্ত অমুক হন্ন চঙদরে। তৃন্ব য়াখিদে, কপখি লোইব নাইদন। কনাগী মফমদসু নোংমত লানজখিদ্রিবনিন মসাগী মরাল থিবদসু লংলা লংজিন পুথোকপদ ঙমজখিদে। অসিগুম্ব কয়া পুর্নিমান তৃমিন্ন খাঙলকখি। নিপাগী অওৎ-অনৈ, ফু-চৈব কয়াবু খাঙলগ 'সতি' নি হায়গদৌরিবরা ? খাঙব কনবীনি হৈকায় খুম্নগদৌরিবরা ? হে: নুপী ওইবী ! নঙগী মপোকসে করম্ন সেম্নকপগে তাইবং মপূন। মাঙহনফমনি, ফংফমনি, নঙগী নফমদ পুম্নমক তৃংনফমনি। কালেনগী সারব লৈতঙগাই মরক্ত নুংসাগী চৈনা ফাওদন লৈসাৎ তন্নক্লীবী লৈপাকলে কৌবী লৈরাংবু নুপী ওইবী নহাক্ত চাংদম্নরি।

নোংমা অয়ুকনি, ফি সুনব সাবোন - করি করিনো খরা লৈরুগে, সেল খরা পীয়ু লৈরুনব।

- লৈতে, ঐগী ফিগ সুবীরনু, নঙন সুব ফিরোল সেং চাবদ মীগী মমাঙদ লেমজদে, নঙগী সূনব ওইরগন নঙোন্দগী সেলন লৈরুচোদন।

- ঐদি করি সূদুন কদায়দগী লৈরুচোগে ? সেল থোক্তুন মহয় চারগদব মতমদদি করিগীদমক ঐবু মফমসিদ পুবীরকলি?

- পুর্নিমা ! কয়ারক হায়খোগে, চৎলো ঐ নহাক্ক লৈমিন্নব পামদ্রে।

- চৎলবসু চৎকনি, অদুবু মতম খরদংদি নরুম থুপ্ন হিংজখিগে। মতম অমদ ঐহাক নীং-খা তম্ন হিংলম্ব পুন্সি ওইজরবসু ঙসিদি ঐহাক নহাক্কী নরুম হিংজব পুন্সিনি।

- ইকায় খঙদব তৌরনু।

- কৈদৌবগে খরদংসু খন্থবীয়ু।

- পুর্নিমা -

- মীনায় ওইন লৈয়ু হায়রবসু লৈজগে।

- মীনায় লোইরগ অৱামল পীনব সেল লৈতেনে।

- ঐহাক পীয়ু হায়জখিদ্রি।

- মীনায় থাক্লব চাক লৈতে।

- লুখাক চাদুন লেঞ্জগে।

- নঙোন্দ পীজনবদি হায়রুনু, হুয় হৌদোঙ ফাওব পীজনব লৈতে।

- তামো !

তাঞ্জা অসিদ রাজেনগী মমা চঙলকই।

- পুর্নিমা নঙসু খরা হেনমল্লি, মীন হেক ঙাঙলিবমখৈ খুন্নদন।

- ঈমা ! খাঙবনি নচা ঙমলিবমখৈ, অদুবু ঙসিদি খাঙব ঙম্লক্রে, তাব

ব্বারে। মপুরোইবগী অব্বা নুংঙাই কয়াদ য়াম্মিন্নদুন সরুক হিংগদব পুন্সিদ তাব ঙমদ্রব মীচৈং ঙন্নান পে□ তারব মতমসিদ করম্ব নুপী ওইবীগী থম্মোইনো নোক্ল নোক্ল লেনব ঙমগদব - ঈমা।

- ইকায়ব খঙমনদে। মৌ অতৈসে নহাক্কুম্ন অমত্তসু নচিন কন্দে। খর খিৎ হেনমল্লি, মমা মপান ব্বারক্তব মচা তাব ঙমজদ্রে, য়েংজনিংদ্রে, চৎপিদ্রো ?

- ওহ : নমা নচা চঙন তাল্লবকো। মান্নি, ঐ ঈমা ঈপান ব্বারক্তব মচানি, অদুবু ঙসি ঈমাগী নরুম থুপ্ন লৈজরব মতম অসিদদি ঈমান নচাসিংবু ব্বারক ব্বাতেমবীগদ্র হায়বগ মফম খঙদব ব্বা ঙাক্ত মচাসিদ ঙাঙবী, ঈমান অদুম্ন ঙাঙবীরগ করম্ব নচাসিংন চান্ন-চিন্নন লৈমীন্নগনি।

- পুর্নিমা (অসাউব খোঞ্জেলনি) হান্ন খরগ নুংসিদবনিন পুর্নিমাগী ব্বাহৈদুদ অমুক্ক হেন্ন নুংসিখিদ্রে। নমাইদো ঈকায়ব খঙমনদে। ঐ ওইরবদি নহান্না লৈক্রক অহোবা অমা থিরগ চঙখ্রগনি।

- ঈকাযব খঙদবনিন ঙসি ফাওব নচা হিংজরি। ঈকায়ব খঙলম্নব নুংসিব লৈরমদ্রবদি ঐহাক ঙসি য়ুমসিদ লৈরম্নরোইদবনি।

- নমাদুগী মচানি হায়বদ পক্চৈনে। চৎপীখ্রো। ঈমৌনি হায়বদ লেমজদে।

- তামো, ঐবু করি হায়যুগে ? অসিগুম্ব ময়াম অসে তাদুন ঐবু কয়াম কুইন হিংখোগে ?

মখোয়গী ইমুংদ থোকলিব থৌদোকসিং অসিগী পাউ অসে পুর্নিমা মপাম য়ৌদনব কন্ন হোৎনৈ। নোংমতসু চৎলুদে, কনাদসু তমথোক্তে। পুর্নিমাদো থা মাপন সুরে। মমান চাক পীজগনি ঙসিসে লাকউ হায়রম্বনি, রাজেনগী মনাক্ত হায়গে খন্ন চঙলকই

- ঙসিদি য়ুমদ চৎলুগে ।

- ঐ নঙোন্দ থিংদেন। ইকায় খঙদবগী লৈবনি।

- উম : ঙসি চৎলিবসিন ঐগী পুন্সগী অরোয়বনি। য়ূম অদুদ চঙবগী নিঙোলন মপামদ হন্দুন লৈব ঐগী পুন্সিদদি, কৈদৌনুংদসু ওইথোক্তবনি। চৎকনি, সোয়দন চৎকনি। অদুবু ফিবম অসিদদি ঐহাক চৎলোই। অরেম্বা মতম হায়গনি, ঙসিদগীন থা নিপান সুব মতমদ ঐহাক য়ূম অসিদগী নহাক্কী ননাক্তগী ঐ খোঙন থোংন চৎখিগনি। নহাক্ক তানদ্রবু নুমিৎ অদুদদি ঐহাক সোয়দন চৎখিগনি। মতম অদু ফাওবদংদি ফনমক লৈহন্নিংদ্রবসু নরুম থুপ্প লৈজখিগে।

ময়ূমদ লৈরিঙৈদ অৱাব মসক খঙলক্তব পুন্সিনিন - রাজেনগী মনাক্ত লৈরব মতমদসু ৱাগনি হায়বসে থাজরুদে। মপূরোইবগী মনাক্ত লৈজরবসু হ্রাওন অৱাব মসক খঙদন লৈরুগনি হায়বসে পুর্নিমাগী লেংদ্রব ৱাখলনি। কৈদৌনুংদ থাজরুদে, অসুম্ন ওইরক্কনি হায়ব, অদুবু থাজদব ময়ামদো মাঙদ মথং-মথং অমমমতা ওইন পরেং লেংলকলি। মপূরোইব অমদি মনেমগী ওৎপ নৈবদ খাঙব ঙমদ্রবী পুর্নিমাদো নোংমতসু অৱাব সকফমদি কনাদসু উৎথোক্তে।

নোক্তুনত লৈ। পুর্নিমাদি পুকচেল য়াম্ন চাউই, অৱা অনা খঙলকই, খাঙব ঙম্লকই, মদুমক্ত মহাক ঙসি ফাওব য়ূম অসিদ লৈব ঙমলিবনি। মহাক্কী হায়খিব ৱা কৈদৌনুংদসু হোংদে। মদুমক্ত অপোকপী মমান মচা অতৈদগী পুর্নিমাগীদমক ৱায়।

নুংথিল অমা পোলাংখোক্তগী ফি লৌসিল্লুব হনজিল্লকপদ পুর্নিমা ইখঙ খঙহৌদনা ৱাম্ব্দুনা লৈমায়দ হাইথখি। ৱাখলগী ইপোমদি লোইব নাইদে। তত্তনা হৌরকপ কল্লব ঈথক ইপোম লোইব নাইদন চেম্ব্রকপ ঈচেল কল্লব ৱাখলগী নোংলৈ - খাঙব ৱাই, পোত্থাফম লৈতে। ময়াম কোইচেন চেন্নদুনা লাইয়েঙসঙদ পুখৎলে। লৌসিং খজিক লাকপদ ৱাজরব মীৎয়েংদ কোয়ন থিরকই, রাজেনন মনাক্ত লেপ্পন্স্ব উবদ হায়নরুব তৌদন পিরাংন মনিঙ তম্ন চেম্ব্রক্লি। খঙহৌদন ৱাম্ব্খি।

চয়োল অমমুক লৈরব মতৃংদ খর ফরদুন পুর্নিমা য়ূমদ পুথরকলে। রাজেনসু ঙসিদি নিংঙম্লক্ত্রে। মসাগী করিমত্ত খন্দন মমাগী মনিঙ থুংহল্লগে

লেপখি। পুর্নিমাগীদমক্তসু খল্লরোই নিংখি। ফনমক থীন ঙাঙক্রবসু মাগীদমক খনবীদ্রবসু পুর্নিমান নাদন লৈরবসিদদি কনান মাবু য়েংসিনবীগনি। রজেনগী মমান পুর্নিমাবু য়েংসিনবীগনি হায়বসিদি থাজবগী ৱাংমদনি। রাজেনদো পুর্নিমাগী অৱাং-অপা কয়াদ অয়াম্ব মতমদ মনাক্ত ফমদুন য়েংসিনবী। অদুগুম্ব মপুরোইবগী মতৌদু উরগ লোন্ন পিরাং সিন্থখি, পুক্লিং নৌথোকখি। মতম অমদদি মপুরোইবগী মনাক্ত লৈজরগ অমদি মসক্তবু য়েংজরগ হ্রাও তয়াম্ন লেঞ্জরম্বনি, অদুবু ঙসিদি নুংসিরব মপুরোইবগী ৱাঙাঙ তারগ হেন্ন কপনিংখি। মসক ফাওব হঙ্গৎন য়েংব ঙমজখিদ্রে।

- রাজেন, নঙন তৌরিবসিবু করিনো ? খন্থব করিমত্ত ঙমদ্রবরা ?

- ঈন্দোমচা, ঐবু -

- নহাক অঙাঙ নত্তেকো। ঐদি নঙন অসুম্ন তৌরকপসে য়াম্না ঙক্ল থোকই। ওস্থোক্ল থাজখিদ্রে।

- থাজদবদো ইন্দোমচা ঙসিদি থাজরেদন !

- পুর্নিমাগী মরালবু কবিনোনে ?

- মরাল থিরগ কৈদৌনি। মাবু মপামদ চৎহনখ্রব মতুংদ ঈমাগী মনিঙ থুংহনব অসিনি।

- মতমদুদ খলহৌদ্রগ ঙসিন করিগী ? নঙগীসে নসা নতোমতগী ৱাখল মান্দে। মীগী থৌইনসিন সোয়দন য়াওরমগনি নিঙই। কান্নদে রাজেন - পুর্নিমাগী হৌজিক ওইরিব ফিবম নঙন হেন্ন খঙলিবদুমঙাই - নাব ফরকপদ ঙায়রিঙৈসিদ অমুক ঙাঙ-সক্তুন তৌরুনু। নিংথীন লৈমীন্নব তৌ। করিগুম্ব ফত্ত-নুংদ থোক্লবদি মওঙ তারোইকো। য়াম্ন মুন্ন খল্লু। মীগী ৱা খরা লৌরগ নঙগী পুক্লিদ করিসু তোংজরোই। মীগী মমা মপাদুন তারম্ব থোক্লবদি করি খল্লমগনি। নঙবু নিপানি হায়রমগদ্রা ?

মবুংদুন কয়াম সাউরমগনি ? য়াম্না নুংঙাইতে।

পুর্নিমাগী মতৌ য়েংব ঙমদ্রে। ইন্দোমচাদি থোইন হায়নিংঙাই লৈতে। নঙন হেন্ন লৌসিং লৈরবনি। চৎলো নথৌ তৌজরুরো। ইন্দোমচাসু থবক অমা চৎকদব লৈ। মুন্ন খল্লুকো । মীন ঙাঙবসু পঙলৌ লৌরুনু। মথৱাই নুংঙাইহল্লু। মহাক্ন হায়দ্রবসু করি করি অৱাৎপ লৈব য়েংসিনবীয়ু। ঐ চৎলেকো।

হন্দক্তী রাজেনদো ময়াম চঙদুন থেম্বদগী খরদি ফরে।

- পুর্নিমা - পুর্নিমা !

- করি হায়রগে ?

- ফিসিংসে অমোৎপ য়াওরে, খবা সুদোক্লম্মু। হোরেন নুংথিল সেৎপ নংননবনিকো। ঐ হৌজিক থবক অমা চৎলুখিগে।

- ঐদি ফি সুব হৈতেয়ে। মমা মপান হাযব ইন্দবী মপুরোইবগী অনিঙবগী ৱাংমদ থবক তৌবী ঐনবু তামোগী ফি-সুবদ মীগী মমাঙদ সেৎপ লেমজগদ্রনে ? মসে অরানব ওইরোই খল্লি।

- কান্নদে, কান্নদে, ৱাথী ঙাঙনু তানিঙদে।

- ঐন ঙাঙবদবু কৈদৌঙৈ তাবীনিংব য়াওখ্রবগে ? ফরে তোক্লসি, ঐন লানবনি। থবক চৎলমদাইদ সাউনরোইসি, হরাওন চৎখো।

মতম্ম কনাবুসু ঙাইবীরমদবন - নোংম নোংম হৌখি। ঙসিদি পুর্নিমাদো তেক্ত কায়দন মচা নিপা অমা ফংজরে। পাউখুম ফংলরোইদব ৱাহং কয়ান মাগী থম্মোইদ হংলরি। ঙসিসু হংলি, মদোম - ঐনা ঐগী ইচাবু য়োকপ ফংলরোইদরা? হৌথ্রব থৌদোক - লাক্কদৌরিব পুক্তি করম্ন চাংদম্নগনি ? নিংসিঙলুবদ তুজুংব পোকই, তাখিব খঙহৌদে মীৎতগী পি।

- ঈচে, হো ঈচে, ঈনে ঈচে লৈতবরা ?

- ঈবেম্মা নখোয় লাকলিবরা ? চঙউ, চঙউ লৈবনি।

- ননাউ - লাকও, চঙলকউ। সিদ লাকপরা ? কদায় চৎলুবনো ?

- সিদ লাকইনি, ঈচে, নহাক্তী সুকলাক লাক্তে। পাবুংন নাবরা করি তৌরবনো হংলুচো হায়দন লাকইনি।

- অদুবু অয়ুক লাকপ য়াদর ?

- ঈবুংঙোদি কদোমদ লৈস্রে।

- হৌজিক্ত মখোয়গী বাবাচৌন পল্লস্বনি, কদোমদ পুম্রবনো খঙহৌদ্রে।

- ঈবুংঙোসু চাউরে, অমুক্ত লাকউব ঈচে, ঈনেখোয়ন চৈগদ্রা ? পাবুংন ঈচেবু সোনদুনত লৈ।

নোংমত কৌরুচো ঈচাদো চাক চামিন্নদব কুইরে হায়দুন তত্তন হায়। ঈচে, নহাক কৈদৌঙে লাক্কনি। ঈচেন লাকদব নুমিৎতে পাবুংদ হায়গদৌরিবনি।

পুর্নিমা, মনাও নুপীগী ব্রাঙাঙদুদ খুম্ফম খঙদে, মপী তাখিব খঙহৌদে। লোন্ন মপী তৈথোকখি। খুমদবসু য়াদে, কমদৌনি । মহাক্কীদি মপামদ অমুক হন্ন চৎরোই লেপখ্রবনি। য়াম্ন কন্ন হোৎনরগ ব্রান মখোন ফাজিল্লগ খুন্নকখি, লাক্কে খর লৈরগ, নোংম সোয়দন লাক্কে।

ঐখোয় ময়াম চাক চামিন্নদবসু কুইরে, নিঙোলন মপামদ চানিঙদব কন য়াওবগে ? লাকখিনি ঐহাক নোংম সোয়দন নখোয়গী ননাক্ত।

মচেনা ঙাঙলিব ব্রাঙাঙদো চমজরবী মনাওন করিনো করি হায়রিবনো খঙখিদে।

পুর্নিমা মসান ঙাঙখিব ব্রা কৈদৌনুংদসু হোংদে, কাউবসু লৈতে। লেপ্ল লৈতন চৎখিবন মতমন, মহাক্ল হায়খিব মতমদো ঙসিদি য়ৌরক্লে। ঈংন চিক্ল পাল্লব মতমসিদদি মপুরোইব অমদি নুংসিরব মচাবু থাদোক্লল্লগ চৎখিগনি খল্লুবদ হায়ফম তৌফম খঙদরে।

ঙসিনি, পুর্নিমান মতম অমদ মপুরোইবদ চৎকনি হায়খিব নুমিত্তো মপুরোয়বগী মনাক্ত লেপ্পী অদুগ মচাবু পী রাজেনসু লৌই, অদুবু পুর্নিমা চৎথোক্তে।

- ঐ চৎশ্ৰগে।

- কদায়দ ?

- পল্লেমফম লৈতে, "নোংলৈ নুংসিংন হুম্ব উনাগী তাফম কনান হায়ব ওম্বগেনে"

- পুর্নিমা - করিনো নওন ওাঙলিবদুবো ?

- অসেওবনি, থাজদব তৌবীগনু, ঐহাক চৎশ্ৰগে ।

- অদুবু- ঐবু অমুক্তদি নীংথিন খওহল্লু হায়ব। লেপত্ৰবসু ফম্মু, নিংথীজন ওাঙনসি, করিনো ? করি তৌসিগে? করি তান্নসিগে।

- পুর্নিমান ওাঙখিব ৱাদি কৈদৌনুংদ হোংখিদবনি, কাউবীরব্রা ?

- পুর্নিমা, নহাক্ক ওসি ৱা অসুক য়াম্ন ওাঙলিবসিবু কনান করি হায়জিল্লক্লবগে ? লাইগ থেংনরক্লবরা হায়ব।

- নুপীন মপুরোইবগী মনাক্তা লৈনিংদব কনা য়াওবগে ? অদুবু তাইবংগী হৱাও-তয়াম্বদ অমুক খোঙ থাংজিন্নীংদরে।

- পুর্নিমা -

- মফম অসিগী ঈসিং নুংসিংক ঐহাক্ক য়েংথীনবগুম তৌরকলে।

- তানিঙদেকো।

- তানিঙলমলোই খঙন খঙননি হেন্ন হায়নিংঙাইসু লৈতে।

- চংলো চাক থোংলুবো, থেঙশ্ৰগনি। ঐহাক থবক চংকদবনি।

- ঈচা নুংসিবগী মৈন কনখিবন থম্মোই চাক্ক খাওবনি।

- ঐহাকপুদি নুংসিদ্রা ?

- কয়ারক থেমজিনজখি, হোংনখি, অদুবু -

- কপকনু, পুর্নিমা ঐ লানথ্রে। নহাক্ক অঙাঙ অসে হুন্দোক্লব্ব মীকুপত কনাগী নুংসিবীবগী মীৎয়েং মখাদ হৃরাও তয়াম্ন হিংগনি।

- চানবী হৈবী ঈমা অমদি ভামো লৈরিসিদি।

- পুম্নমক্কুদগী মমা ওইবীন খ্বাইদগী হেল্লি। মতম অমদদি নহাক নতোমতনি, অদুবু ঙসিদি নুংসিরব নচান নমাঙদ লেপ্লরে। মালেমসিদ লৈরিব মচা ওইবশিংন মমা ওইবীগী মরুম থুপ্ল হিংজবনি। মসে তাইবং মপুন পীথোকপীরক্লব থৌদাংনি।

- ঈমান ঐবু নুংসিবীবগুম নহাকসু নচাবু নুংসিফম থোকই। মালেমদ লৈরিব করম্ব মমান করম্বা মচাবু নুংসিদব য়াওবগে ? ঐদি ঈচাবু নুংসিরমলোই খনবরা ? অদুবু-

- নঙগী অদুবু হাইব বাহে অদুনে ঐন খ্বাইদগী পেনদ্রিবসে। পুর্নিমা-সে ঐ লাল্লে,নঙ ঐবু করিমত্ত নুংসিদ্রবরো?

- নুপীগীদি মপুরোইবগী ময়ুমন অরোইব য়ুম্ফমনি, অদুগ -

- পুর্নিমা !

- সজিবুগী কল্লব নোংলৈ নুংসিৎ - ঈপানথাগী মায়কৈ খঙদন চুথরকলিব নোং চাউরকলিব ঈচাও - মফম খঙদ্রে, ঐহাক ঈরাক্লরে, লমথুংফম মাঙব্রে।

- ঈচাওদুদগীনি ঐন কনগদৌরিব, কল্লব নোংলৈ অদুবুনি ঐন পামবোম তিংন ঙাকলিব।

- ওইররোই ঙসিদি অমুক তামহৌরব পুন্সি চেম্থরক্লিব ঈচেল ঙম্নমক লুপস্ত্রসনু মতমগী ইরৈদা।

ঙাঙনরিব বাফম অদু পুর্নিমান ঙমদুন লোইসিনখি। নুমিৎতো পুর্নিমা য়াম্ন হৃরাও তয়াম্ন লৈ। থবক অমত্ত ঙাইনদে। করিগুম্বদসু লোম্ন হেক হেক কপ্পী, নুংসিরব মচাবু থাদোক্লম্নগনি খল্লুবদ - মথাদ চেৎন কোনসিনবী।

পোৎ খুদিংমক মফম চান চান লোইসিল্লি। হায়নৈ তাইবংন নুপী ওইবীগী পুকচেলদি লৈনাদগীসু হেন্না থোৎলি। নুংসি হৈ, অথাণ্ড কল্লি। অণ্ডকপনি ? থোৎ নৌরবী পুর্নিমাগী পুকচেল ঙসিদি নুঙদগীসু হেন্না কনখ্রমাল্লে। মতমন অসুম হৌখিবন নুমিদাংগী পুং ১১ তারক্লে। মতম অদুমক্তদনি পুর্নিমান নুংসিরব মচানিপা অমদি হকচাঙ তংখাই ওই হায়নরিব মপুরোইব রাজেনবু অরোয়ব ওইন থাদোক্লল্লগ পুক্সিগী ওইন চৎখিব। পীক্লিব মচান মীকপ থোক্লকপদ মমাবু থিরকই, খোল্লাঙ মায়োক্লনিংবন ফংদ্রবদ হংঙা মীকপ তোয়রকই। অঙাঙগী খোঞ্জেলন তোয়রকপদ রাজেনসু মীকপ থোক্লক্লে।

কৌরকই, পুর্নিমা - পুর্নিমা

খুল্লক্তবদ হৌগৎতুন য়েংই, অদুবু পুর্নিমাদি লৈরমদ্রে। মমা লৈবমদ্রবদ মচাবু নুংসিন পমখৎপিরগ থিব হৌরকই পুর্নিমাবু । লাইরিকফান মথক্ত লৈরিব খোবজৈ চে উবকই, নিঙসিঙলকই পুর্নিমান অয়ূক্ত ঙাঙলম্ব ৱাঙাঙ ঙাইঙমদন পাব হৌরকই -

“থৱায়দগী হেন্না নুংসিজরব নহাকপু ঙসিদি হন্দক মপোক অসিগী অরোয়ব ওইন থাদোক্লল্লবনি ননাক্ত লৈরিঙৈ নসক উরিঙৈ পেনব লৈতন য়েংজরম্বনি, নহাকসে ঐগী খ্বাইদগী অথোয়ব মপুনি। অদুবু ঙসিদি থম্মোইদ - নুংসিব নহাকসু লেঙলোয়দব সক্তম ওইন লাৎচরগ থাংনিঙদন খোঙথাংসে - থাংদোক্লবনি। লকা খুদিং থুংন চাক্লিব মৈরিন মকা লাল্লক্লবদ কবন্না খাঙগনি। অখাঙ কনবন নুপী ওইবীগীদি অচৌবা মতীক মঙালনি। খাঙলম্বনি ঐসু মৈচাকসিংদো - কালেন নুংসাগী মৈসাদগী কল্লব মৈসা খাঙঙমদ্রব চৈনা কয়া থম্মোইদগী খাঙঙমদন হৌরকলিবসিসু হুমাংনি খন্না তৈথোকচরগে। ঙসিদি উখাসিদ অমুক উরুম লাংলরোই, অসিং অৱানথাগী কল্লব নোং নুংসিংন ঐগী পুক্সিগী পোখাফম ওইথ্রগে। নোংজুগী অহিংন অয়ুক্কী লিক্লানি খন্না মোমোন নোকপ তল্লগে। নুংসিরব ঈচাবু নফমদ সিন্নজরি। খুয়াগী উফুল পুদুন নয়াথং পীবিরবনি খন্দুন চৎলবনি।

নহাক্কী
পুর্নিমা

চৈচৎ ঃ ১৮/১০/৮৫

# নন্দগী লৈকোল - মালিকা পান্থী

'সকত্ত্রব ঝাসক্তো পুন্সিগী লেঙদবনি,
সনা লুপান লেপ-থুমন পৈরবসু
থম্মোইন অমুক হোংঙু য়াররোইদব'

- য়াইম, য়াইমা - তারিব্রনে নঙবু ?

- করি হায়বগে মখোয় পাবুং

- ঈবেম্মদি, লাইরিক পারিবরা ? কদায়দ লৈ ?

- ঙসাই মখৈ লাইরিক পারম্বনি, রানীখোয়দ লাইরিক অমা হংলুনি হায়দুন চংখি।

- হন্দক্লু বি এ গী অরোয়ব চহী ওইরমগনি, লাইরিক কন্ন পাউ হায়য়ু, ঙাওসিন্নদুন লৈব মতম নত্তে, খঙলবরা ?

- অঙাঙ মচাসু নত্তব সিদবু করি হায়নিংঙাই লৈরিবগে ?

- অঙাঙ নৎলকত্রব মতম অসিদনি হেন্ন ঝাগদৌরিবসে। মহাক্ল তৌব থবক্তবু ঐন খঙদব হৌনবরা? মমা নঙন খঙদ্রবসু মগা ঐনদি লোইন খঙইনে।

- ঙাঙলিবনি ঐসু, ইচা ঝাখল লৈবনিদ, মখোয় পাবুংন হায়বদবু নোংমত হিক্তোকপ য়াওত্ত্রবরা ? নহা ওইবগী অদুক খরা ঙাওজবনি।

- কোক য়ান্ন সাগদৌব ওইরবদি মপান্দ লাইরিক তম্ব থাখিগনি, নত্রগন থাজখিগনি।

- করি ৱানোদ ! ঈচা অঙাঙ ওইরি, থাজবগ য়াখিরোই।

- মতোমতনি হায়দুন মনীং তমহনবনি, হায়ব ইন্দ্রবদি মপুন্সিসে মহয় চাজদ্রেদন।

- খরদসু তপথবীয়ু কৈদৌবগে ! অফ-ফত্তগী ৱাখল খনব ঙমজরবীনি। লৈকায়গী মমানননবীসিংন ঈচাগী মতৌ তম্নরিবনি। মমৌ ওইজগে হায়ব কয়া অমসুনি।

- উম : মখোযসিংদুগী মনূংদা এলাংবমগী কুল্লচন্দ্রগী মচা সোইনাইবদুদি যাওদ্রা ?

- মখোয় পাবুং ..।

- ঐহাক খঙদব নত্তে, ঈমিৎসিন কয়ারক উরবনি, চৎমিন্নব থেংনরবনি। মসে নহাক খঙগদবনি। হয়েং ঐগী মীনি হায়বদ লেমজবোইনে, সোন্নসঙ ময়ায়দ মখোঙ সেক্ল চঙলকপদো মীৎসিন য়েংনিংদে খঙলবরো।

- মখোয় পাবুং - মীবু অদুক হস্থন য়েংবদি হৌনদেদ। ওইনিংদন ওইখিব নত্তে। মবায়বক থীবদগী লম্মখাঙগী খুদোংথিব থোকপদ সোকখিবনি। মীওইবগী পুন্সিবু কনান তম্ব ঙম্বগে। অদুবু মখোয় পাবুং অঙাঙ অদুদি য়াম্ন ফব অঙাঙনি। লাইবিকসু তমলি। নুংঙাই য়াইফব ইমুংগী মচানি। মমা মপান মতোমত পোকচবনি। মীগী মচাবু চৈবীবগী মহত্তা নচাবু ৱারকপীবন অফব ওইবোইদ্রা ?

- অদু - অদা অমত্ত খঙদে। ঐনা হায়রিবসিনি, পামদে। নঙ মমানি। নচা ৱারকপ নঙগী নথৌনি।

- ৱাফমদো ওন্নরে। ঐ খক্তগী ঈচা নত্তেয়ে মখোয় পাবুংগীদি নচা নৎত্রবরো ? নোং ফাদোকসু হায়বীয়ু নচা মতোমতনি করিগীনো ঐঙোন্দ লোয়ন ইনথোকপীরিবা।

- ঐ থবক থেঙজ্রে, চংলগে, নিঙথীন সেন্নৌ। পঙচং চংথোকহনগনু। চাংয়েং অসি লোইবগ ঈ: ঈ: অমদ মহাকপু থাজনব বা লোইনম্রবনি।

- মখোয় পাবুং নচাগী পুক্লিংসু খঙবীদন করম্ম হেক্ত ? খরসু খনবীয়ু কৈদৌবগে ?

- মপানবু মচাগী ফত্তনব সিনগদ্রা ? নিংথীন হায়য়ু, ঐগী মায় চোপহনব যাদেকো।

- মখোয় পাবুং ঐবু করম্ম ঈচাদা ।

.... .... .... ....

- সান্তি !

- হুম ।

- কবি খল্লি ?

খল্লিবনি, ঐখোয় অনিগী মরমদ - পুক্সিসিদ ওইরক্কদব ময়ামদো।

- নহাক্তী করি খল্লি। করি য়েংলিবনো ?

- করিসু য়েংদেদ - করিমত্তসু খনদবে।

- ঐগীসু খনদরবা।

- উম খনদরে।

- নন্দ

- অসেংবনি সান্তি - ঐগী ব্রাখল থাদোকউ, মদুন নঙগী পুক্সিদ হেন্ন অফব ওইরক্কনি।

- ওইরোইদব বা ঙাক্ত ঙাঙলিব করিগীনো ? সান্তিগী পুক্সিন মালেম লৈরোম্নুংদ চনম্রিব ফাওবদি সান্তিন নন্দগী ব্রাখল থাদোক্কনি হায়বসিমদি নুমিৎ থান লৈরিবমখৈদি ওইথোক্করোইদা ব্রাফমনি।

- করিগুম্ব নহাকপু ইমা পাবুংনা থাজখ্রবদি

- মদুসু ওইখিব য়াই, অদুবু মদুন তুংদ মায় পাকপদি ফংলোই। মখোয়ন হায়বদ ইনখ্রবসু ঐগী পুন্সিদি নহাকখক্তগী ৱাখলদ লোইখিগনি।

- ঐ খঙই, নঙন ঐবু কয়াম নুংসিব অদুবু ঐগী পুন্সিগী ওইরিব ফিবম নঙসু খল্লু। ঐসু নঙবু নুংসি। অদুবু সান্তি খেৎনব অসিমদি ঐন হায়দ্রবসু নঙন হেন্ন খঙলিবনি। মীমান্নদ্রব পুন্সিসে নঙন খঙবীদ্রিব করিগীনো ?

- নন্দ করিগীনো নঙন ঐগী ইফমদ ৱাফম অদো তাহল্লিব। নঙগীদমক ঐ লৈরিসিদি।

- ঐখোয় অনিগী ৱাবীদি নুমিৎ থান লৈরিবমখৈ তাইবং মীওইবন ৱাবীন হৌরগনি, অদুবু সান্তি ঐখোয় অনিগী নুংসি পম্বুংদি য়ৌররোই।

- করম্ন, ঐবুসু মবমদো খঙহনবীয়ু।

- চাংয়েং কুইদ্রে, লাইবিক কন্ন পাউকো। ঙসি উনরিবসিন ঐখোয় অনিগী অরোইব উনব ওইখিবসু য়াই।

- নন্দ কবিনো নহাক্ন ঙসি ঙাঙলিব ময়াম অসে - ঐ লাম্ব ফংদ্রে।

- চাংয়েং লোইবব মতুংদ নঙগী পুন্সিগী য়াইফনবগীদমক পাবুংন সেল থাপ্রবনি। নহাক খঙদ্রিব ওইরে, ফরে, পাবুংন হায়ব ইল্লু। ঐগীদমক্তদি লাপথ্রে হায়ন খল্লু। পাবুংন নঙগী ফত্তনব কৈদৌনুংদ সিল্লোয়, নঙসু খঙলিবদুনি, ঐখোয অনিগী পুন্সিদি য়াম্ন খেৎনৈ। চৎলো, ঈমান হল্লক্তে হায়রম্মনি। পুলিস ওফিসাব অমগী মচানুপীন সোইনাইরব নন্দগী ওইজবদি লাইবক ফবনি, অদুবু ...!

.... ..... ..... .....

- ইবেম্ম ! ইবেম্ম !
- হুম !
- তূন্নবরো নঙবো ?

- তৃমদেদা !

- চাকসু নিংথীন চাদ্রে, সঙ্গোমসে খর থকউসে, চাংয়েং কুইরক্লব মতমসিদ নসাদো সোকচিনখিব তারে।

- ঈমা ঐ করিমত্ত তৌদে। ঈমান পঙপাদ হেক পাখৎলদনা।

- নঙন ফন হায়রবসু য়ারোই। নসাসু সাবগুম তৌইনে, নখোয় পাবুংন মরোল অমা - ঈমাদি করি হায়গদবনো খঙজিল্লক্লে।

- নুপীমচা ?

- পাবুং !

- করি তৌরে ?

- করিসু তৌদেদ পাবুং ।

- ঈচাসিদি করি তৌগবনোদ - লাইরিক্লুম কন্ন পাউ অনাবগ মরায়ন কিদন চেনজখিগনি। অদুগনে য়েংঙোই, ঙসিদি ঈপা বা হায়গে, মুন্ন তাউকো। নমাগ ঐগ খন্নরব মতৃংদ লেপ্পখিবনি।

- করম্ব বাফম ওইরবনো পাবুং ?

- নঙগী চাংয়েং লোইরব মতৃংদ নহাক্কী লুহোংবগী বা লেপ্পখ্রবনি।

- পাবুং

- অরেম্বদ বা মাঙনব নত্তে, মুন্ন খল্লু, নহাক অঙাঙ নত্তে। নিপাদু কৈসাম্পাৎতগীনি। ঈ: ঈ: নি ঐখোয়দসু লাক্লম্লবনি।

- পাবুং য়ুম পানবসি ফাগিগুম হেক্ত অনিরক হনব য়াবরা ? নচাগী বাসু তাবীদন।

- নঙন খনবদগী সরুক ১০০ হেন্না খল্লব মতৃংদ লোইনখিবনি।

- পাবুং নচা য়ুম পানজখিরোই, লাইরিক মখা তমথখিগনি।

- নঙোন্দ লাইরি তম্ব তোকউ হায়খিদে। নিপামচা অদো লাইরিক ওম্বোক্ল থবায় য়াওজগ্রব মীনি। পুম্নমক সোয়দনব য়ারী সানগ্রবনি।

- মীগী ময়ুমদ লৈরগ লাইরিক তম্ব ওইররোইদব য়ানি। নচা ময়াম পোকপসু নত্তব ইতোমত লৈবদ য়াম্ন লৈহননিংদ্রবরো?

- ঈচা মসিঙ য়ামই হায়ব নত্তে, ব্রোজেন মতিক চাব মীনি। নতোমতনি, অচৌব মী অমা ওইহনগে খনখিবনি, অদুবু নিঙোলন মপামদ কুইন লৈব কনানসু ফজন ঙাঙনদে। ঐবুদি ঙাক সেন্দুনা লৈ, অমদি চৎলি। নহাক্তী নতোমত চৎপন অয়াম্বনি। মীওইব হায়বসিদি কল্লক য়েংথীবন পীক থনবনি। ঐন নঙবু ঙাক সেন্দুনা লৈব ঙমদে। ঈচাগী অসেঙব তং-তাব অমা খঙগ্রবদি পুক্লিং ঈংগনি খল্লি।

- খুদিংমক্তো ঙাকথোকপ ঙম্নব নচা চৎচগনি, ঐহাক য়ুম পানজখিরোই।

- ঐহাক নখোয়দ য়া য়াম্ন ঙাঙবগী মতম লৈতে। অমুক হায়গ্রবদি লোইগ্রবনি। ঐ মীগী মচা কনাবুসু পল্লগ য়া ঙাংনিদে নঙ ঐগী ইচানি, সিদগী হেন্না হায়নিংদে।

- ঙসি ফাওবদ পাবুংন হায়ব খুদিংমক নচান হিক্তোকচরক্নি। মদুতদি নচাবু ঙাকপীয়ু।

- ঐন য়াদব য়ারোই হায়রিবসিনি।
- নচা ঙমজরোই।
- নঙ ঐগী ঈচানি, ঐন তৌব থবক্ত কনানসু থিংব ঙমলোই।
- ঐন য়াদ্রবদি -
- ঐগী অনিঙবদ থিংব ঙমবর য়েংগে কনান ?
- ঐহাক সিগ্রবদি
- ঐন হায়বদ য়াদ্রবদি নপুঙ্গিদো মাঙগেদনি।

- মদুন খাইদগী হেন্না যৈ

(ঐনা হায়ব চিঙ্ক্ক খুম্ব অকনবা বাহৈদ সাউবন হেনখিদুন পোকপদগী মীৎন কনন য়েংদ্রিব মচাদুদ খুৎপাক্ক থাখি)

- মখোয় পাবুং করিনো তৌবীরিবদুবো ? মসা ঙমদদুন লৈরিব ঈচাদ। তপ্ন নিংথীন ঙাঙনব বাদ অদুক সাউবীরিব করিগীনো? মপান ঙাঙবদবু মচান য়াদব হৌনব্রা ? পঙঙাঙ ঙাঙজবনি। থবক থেঙম্ব্রগনি, লেঙবীরো।

- ঐ চৎলে, মতুংদ অমুক হায়নবগী মতম লৈত্রবনি খঙউ।

- ইবেন্ম নখোয় পাবুংন হায়রিবসে য়ারো কৈদৌবগে নঙবো।

- ঈমা, নচাবু কয়ামুক য়াম্ন লৈহননিংদ্রবগে ?

- লৈহননিংবগী হায়করবদি ঈচা কায়নগনি খনবদ ঈমাদিনে থম্মোইসে কায়রবনি। অদুবুনে ঈমাগী ইবেন্ম নপাবুংসে হায়খিব বা হোংদবনি, মসে ঙসিতগী বা নত্তে, নঙন হেন্না খঙলীবদুনি। খল্লুদো নঙসু, ময়াম মমাঙদ চোপহৌগদব নপান, ঈমা য়াম্না বাই। পুলিস ওফিসার অমগী মচানি হায়দুন লেমজন চৎখিবদো পামদ্রনে নঙবো।

- ঈমা, নখোয়গী থম্মোইসে কনমনলি। নখোয়দি নহা ওইরক্তবগুম তৌই। নোংমদি নখোয় সোয়দনা কপলক্কনি। য়েংউ, ঐন করম্ব মওংদ পুক্সি লেনখিবগে হায়বদো। পুক্সিগী লৈমিন্নগদব মীসক অদুবু মসকসু খঙদব ঈমা ব্রোজেন হায়বদুবু কয়ামুক য়াম্ন ফব মীনো ?

- ইবেন্ম - নখোয় পাবুংগী অনিঙবসে অমুক থুগাইররোইসিকো। ঐখোয়গীদি নতোমতনিদো। নসাদো নুংঙাইত্রবদি ঙাইহাকসু পোখাদুন লৈয়ু। ঈমাসু থবক খর লোইসিল্লুখিগে। (মমা চৎখ্রবদ মতোমত খলহৌই)

মসিগী বাফম অসি ওইরম্ব তারে, নন্দন নহান ঐঙোন্দ হায়রম্বদু ঐনা চৎখ্রগ মহাক্ক করি ওইহৌব ? নত্তে, পুম্নমক ওইথোক্তবনি, ঐগী পুক্সিদ নন্দবু থাদোকপ ওইথোক্তব বানি। মহাক্ক ঐবু নুংসি হায়রকখিব নত্তে,

ঐন বাহৌদোকনি, ব্রারোইহসিন্ন মঙোন্দনি, ঐগী পুন্সি কনাগীসু ওইব য়ারোই। পাবুংগী ব্রাফম অসিন চুমঙ্গগদি নন্দন মাগী ব্রাখলদ নুপী হায়বসে কনাবুসু থাজব্ররোই। হৌখিবা থৌদোক খরা সান্তিগী ব্রাখলদ মথং মথং নিঙসিঙলকই -

..... ..... ..... .....

- রানী

- হুম

- ঐ ঙসিদি নঙোন্দ ব্রা অমা হায়গে, কনাদসু হায়দোক্কনুকো।

- করি ব্রানো ? য়াম্ন লুবরো ? ঐদি কিজঙ্গ্রেদ ।

- কিরুখিনু, করিসু তৌবীরোই।

- অদুদি হায়রো, কদায়দনো য়েংলিদুবো ? হাইমা, ঙাওরমাল্লেনেহে। ব্রা হায়গনি হায়রগ হায়রোমী নঙবো ?

- করিসু য়েংদে, হায়রগে রানী, অদুবু ব্রাফম অসে ঐ ইথন্তসু ইকায়জে, ইখন খন্দন হায়রকপসু নত্তে। অদুগ করিগুম্ব য়ারক্তব থোক্লবদি ইস ওহ্নোক্ল ইকায়ব্রনিদ ঐদি ।

- অদুবু করিনো ? ঐসু নঙগী অঙম্ব মতেঙদি পাংগে।

- রানী, নখোয়গী বীরেনগ তিন্নব নন্দ হায়বদো নহাক মসক খঙবরা ?

- করম্বনোনে নন্দ হায়ববো ? বীরেনগী মমান্নবদি য়াম্ন য়ামই।

- হেরা ঐখোয়গী ক্লাসতা য়াওব মখোঙ খরা সোয়বদো।

- ও: ও: খঙলে, খঙলে । অদো কৈদৌরবা ?

- রানী, ঐগী পুন্সিসিদ কনাবুসু নুংসিব লৈতে। মরুপ মপাঙ অমা ওইন নুংসিব নত্তন অদুবু রানী, খঙদে করি হায়গদবনো ? নন্দদো য়াম্ন

নুংসি, ঐ মাগী বাখলদ লৈতাকম খঙদ্রে।

- মদুগী বা ওইরবদি কাম্নরোইদ সাস্তি। নন্দন য়ারকলোই, নখোয়গী পাবুংনসু পামলোই।

- য়ানী! হায়বদদি হায়বীয়ু, মহাক্তবু য়ারবদি ঐ মাগীদমক পুক্নিগী লেপকনি।

.... .... .... .....

নন্দ -

- কৈদৌসিগে ইতাও

- বা অমা হায়গে, নহাক য়াদব য়াদেকো।

- বাবু হায়ব্রিঙৈদ য়াদব য়াদে হেক্তা হায়বসিবু ঐন ঙমদব থবক ওইরম্নবদি কমদৌব ?

- ঙমলোইদব থবকপু হায়গদ্রনে ইতাও।

- ফয়েনে, তারগে হায়রোনে ?

- বাফম অসে য়াম্ন লুন সিম্নরকই, করিগুম্ন নহাক্ত য়ারক্তব তারবদি, য়েংউ - ঐনদি নহাক্ত য়ানব হায়গনি হায়রম্মী।

- ঐন অঙম্ন য়াম্ন লুব তঙায় ফদব ওইরবদি ঐসু নমায়দি ঙাকনিদন ইতাও।

- অরুব-অরায়বা অনিমক ওই, নঙগী নখূত্ত লৈ। য়ানীগ তিম্নবী সাস্তি হায়বীদো নহাক মসক খঙইদন।

- য়ানীবুদি মসক খঙই, অদুদ সাস্তি হায়ববু কনানোনে ? মসক খঙদেদ।

- হেয়া নঙসিম পুলিস ওফিসার ইবোহলগী মচানুপী ঐখোয়গী ক্লাসতা য়াওবীদো।

- ও : খঙলে, ইতাও মসক য়াম্ন ফজবী লাইরিক য়াম্ন হৈবীদো - অদো করি তৌরব ?

- সাম্ভিন নঙবু য়াম্ন নুংসি, খর হায়বীয়ু হায়রকই। নহাক্কী ব্রাখলদ মান হায়রক্লিবসে ইতাওন লান্ন খনখিবদি য়াই, অদুবু মীন তৌনদব থবক্তী নত্তেকো।

- ব্রাফমদুগীদমক ওইহ্রবদি য়াম্ন লাপ্ন থমখিবন ফৈকো।

- নন্দ ব্রাফম অসে নহাক্ক হরাওন য়ারকলোই হায়ব ঐসু খঙদব নত্তে। সাম্ভিন ঐঙোন্দ ফাওব হায়রম্বনি, মান নঙবু নুংসিজবদো মাগী ব্রাহৈন ফোঙদোকপ ঙমখিদে।

- অচৌ অসাঙগী মচানুপীনি মহাক্কী, মীগ মীমান্নদ্রব ঐবু লম্বীদুদ পুসিনবীরগ হয়েং মতম অমদ ঐবু অব্রাব কাখৎপা ঙমলোইদবা ঈপাক্ত লংথবীবমলোই হায়নদি হায়রক্লা ?

- নন্দ, মহাকসু নঙগী পুক্সিগী মরমদ ওইহ্রিব ফিভম খন্দব নত্তে। মহাক্ক হায়বকই, হায়বদংদি হায়বীয়ু য়াননব মদুগী মতুং তারকপদ ঐহাক হায়জগে। মসিনি মান হায়বকলিব।

- ঙসিগী খুন্নাই অসিদ থাজনিংঙাই লৈত্রব মীওইবগী পুকচেল - ঐগী ঈপাগী লন থুমন মখোয়দগী য়াম্ন হেল্লি লৈব - অদুবু ঐদি ফিভম চাদ্রবনি।

- ঐগী মায়তদি ঙাকউ কৈদৌবগে ইতাও।

- ফরেনে, মায়দি ঙাক্লগে, করিগুম্বদ ওইথোকখিদ্রবদি - মতম অদুদ ফংহৌগদব মৈচাক্তো কনান পুবীগনি ।

- ইতাও ...।

নন্দদো ফন য়াজরমদবনি, সাম্তিগী হায়জব ব্রাহে অমদি রানী বীরেন অনি চঙদুন থেম্বদগী কাইনথংদ য়াখি। অসুক্কী মতিক হায়নিংঙাই লৈতন নুংসিনখি।

- সান্তি ঐবু কয়াম নুংসি ?

- য়াম্ন নুংসি, করিগীনো ?

- ঐখোয় অনিগী তুংদ থোক্লক্কদব ময়ামদো ঐদি মীৎসিদ লোইন উরেদো ।

- ঐবুসু উহল্লুদনা।

- নহাক্তী উব ফংলোই, খঙবদ য়ান থোক্কনি।

- করিগী ? ঐখোয় অনি করি খেননরদনা।

- য়াম্ন খেৎনৈ। নঙন খঙদদুন তৌবনি।

- খঙদব মীদদি তাকপীগদবা নত্রো ?

- সান্তি, য়েংউনে - ঐখোয় অনিগী পুন্সিসে কয়াদ লাপ্নরবনো ?

- মকোক মমৈ সম্নদব য়া ঙাক্ত ঐ অমত্ত খঙদ্রে।

- নোংমা সোযদন খঙলক্কনি। মীগ মীমান্নদ্রব ঐবু নহাক্ন লম্বীসিদ পুসিনবীরে, অদুগ নোংমদি হিদেন অমগী তোর্ব্বানদ ইপাঙ কনা য়াওদনা ।

- নন্দ - ঐগী পুন্সিদ নহাকপু থাদোক্তুনা ঐহাক মফম কদায়দসু চৎলোই। নঙগী নখূৎতু পীরকউ।

- করিগীনো ?

- সে: খুদোপ অসে নহাক্কী খূৎত সীগে। মসিন ঐগী থয়ায়নি। খুদোপ অসিন করিগুম্ব মাঙপ্লবদি ঐখোয় অনিগী থাজব লৈত্রে। ঐন য়াসকলি, "ঐন ঐগী পুন্সিদ নন্দ নত্তন কনাবুসু হন্ন য়েংলোই"

(সান্তি খঙহৌদনা কন্ন লাউরকই)

নন্দ ......

মমাদো ইপা পাখংন চেনসিল্লকই, ঈমাগী ইবেম্ম নঙবু করি তৌরবগে ? ঈসা! হুমাংন লুপনেনে মসাসে। ঈমা, ঐ করিসু তৌদেয়ে। নচান নিঙজখিব সকখিব য়াসক - য়াসক কনব ঈপাগী নিঙব থুংননব নচাদি ঙাকপ ঙম্নরোইদো।

চাংয়েংসু লোইদ্রে। লুহোংবগী য়াসু লোইসিন্নদ্রে। অদুবু করি খল্লমগনি, সান্তিগী বাখলদা। অমরোদ নন্দগী পুন্সি করি ওইরমগনি ? মহাক্ল মীমান্নন লৈরম্ব থোক্লবদি অসিগুম্ম তৌরমদ্রা ?

চাংয়েং লোইখিবদগীদি নন্দদো মপান থোকখিদরে। মমা মপান খঙদব নত্তে, মাগী য়ারী লোইদ্রে তারবনি। অদুবু সোইনাইব মচাগীদমক নাইতেম পোকচবী মীগী মচা নিঙোল অদুবু করম্ন মমৌ ওইগে হায়রগনি ?

সান্তিন কন্ন হায়মনল্লকপদগী নন্দগ নোংম মখোয় অনি উনখি।

- নন্দ

- করি হায়নিংঙাই লৈরিবগে সান্তি ?

- চৎসি ঐখোয় অনি ।

- কদায়দ ?

- নখোয়গী য়ুমদ নত্রগন কদায়দনো অমা । মদুদ থোক্লকদব খুদিংমক ঐ মায়য়োক্লগে।

- সান্তি খল্লুরনুদ অমুক খুদিংমক কাউথোকপ ঙম্নব হোৎনরো।

- নহাক্তী ঐবু নুংসিদবনিন খুদিংমক্তো কাউথোকখিবা ঙমগনি। ঐন নহাকসু কয়াদ নুংসিজব মসে নহাক্ল খঙবীদবগুম তৌই। ঐবু সিগ্রো হায়বরো ? ঐ খঙই, নঙগী থম্মোইদ্দ ঐবু নুংসিবগী মফম লৈত্তে।

- সান্তি ঐহাক নঙবু নুংসি । অদু ওইদুনসু ঐগী ওইরিব ফিভম নখোয়গী পাবুংন পেন্ন ঙাঙব তাব য়ারে সান্তি, ঐহাক খাঙব ঙমদ্রে। থুংনব ঙাক্তন

নুংসিনব নত্তে। থম্মোই সেংন নুংসিনখিব মীওইসিংদি কায়নবগী লম্বীদ থুংনবন পম্বুং ওই, কপ্ন কপ্ন চৎনখিব ঙাক্তনি। নুংসিনব কায়নবদ কনান হরাওন নোকখিবগে ? ঐখোয় অনিদি কাইনব নত্তে, হকচাঙ পোলাংন লাপ্ন লৈজখিবনি। মতম অমদ নঙন সকখিব ব্রাসক কোক্লসনু ঙসিদি। খুদোপ অসে ঐন নঙগী নফমদ অমুক হল্লবনি। মসিগীদমক নঙন ঐবু ব্রারৌগনু। নুংসিবদি মপানথোংগী নত্তে, মসে নহাক্ন কাউগনু।

- নন্দ...

- নঙগী ব্রাহে কয়াদুন ঐগী থম্মোইদ হেন্ন মৈচাক পীব নত্তন ! কপকনু, য়াইফকোন্দ পোকপী নহাক্তী কপ্ন পকচদে। মোমোন নোকপ নঙগী মায়থোঙন ঈমা পাবুংগী পুক্লিংবু ঈংহল্লু। ব্রোজেন মতিক চাব মীনি। পাবুংন নঙবু ফত্তব লম্বীদ কৈদৌনুংদসু পুসিল্লোই। মখোয়ন হায়ব ইল্লু, অদুন নঙগী পুক্সিদ হেন্ন অফব ওইরক্কনি। নসাদো ময়েং য়াম্ন তারে। চাক নিঙথীন চাউ, সেরাম্নব ব্রাখল খনগনু। থল্লু, নহাক্কী থম্মোয়দ - ঐহাক অসে নহাক্কী অসেঙব মরুপ অমনি হায়ন। অদুবু সান্তি ঙসিদি তোর্বানসিদ ইতোমত ঙায়হৌরে। পিক্লব হিনাউসে - ইপোম কল্লব ঈসিঙন ঈথক কারকপদ খজিক খজিক লুপথখিবগুম - হিরোই য়াওদ্রব হিনাউসে ঙসিদি কনান হিমায় চুম্বীগনি ? নোংম নহাক্ন ঐখোয়দ লাকপদ ঐগী লৈকোলদ চঙদুন নহাক্ন মালিকা পাম্বীদ ঈসিঙ চাইবীরম্বদো - হৌজিক্তি লৈসাৎ তমলে, অদুবু সান্তি করিগীনো খঙদে ঙসিদি মালিকা পাম্বী অদো ইতূক তুকথন লৈহৌই। নোংমতংদি লাকখো, ব্রোজেনগ লোইনন য়েংলখো মালিকা পাম্বী অদুগ ঈসিঙ খুজোক অমতংদি চাইবীরম্মু, মালিকা পাম্বী অদুদ অরোয়ব ওইন...।

- নন্দ ! ঐবু করি হায়যু হায়রিবনো ? নহাক্ন ঐবু লৌসিনবীররোইদ্রা ? চঙজরকপ মীবু চঙজফম পীবিবদি মীওইবগী অথোইব পুকচেল নৎতবরনে ?

- মান্নি, খ্বাইদগী অহেনবনি। অথোইবনি, নঙবু নুংসিবন থম্মোইসিদ পাথোক্ন চেল্লি, অদুবু ওইবরোইদব অমগীদমক ঐ মঙলাক্লনিংদে। ফজদ্রা য়েংউ ঙসিগী অকোয়ব সকলোনসে। সজিবুন লোইসিল্লকপ কালেন থান

হৌগৎলকপ - খোঙ্গুল মেল্লে লৈরাংন চরোং চরোং সাংলি। কবুলিয়া মপালসু কয়াদ নিঙথীন লৈসাৎ তমলিব। হৈনৌ মচাসিংন চদুম চদুম পাল্লি, য়েংলু য়েংলুব খুদিংদ মীৎফম হোংব য়াদব ঙাক্ত। সাংলক্কনি কালেনগী সার নুংসাদ অখাঙ কনবী লৈপাকলৈ কৌবী লৈরাংন - মতমসে ওন্থোক্ল নুংওনখ্রে, থম্মোইসে খোইরাঙই, পোখাফম লৈতে। মহৌসা কৌবী মহাক্কীদি অমুক হন্ন লাকই য়েন্নিঙথা। অদুবু ঐগী পুক্নিদি ওইহৌরনি মতম চুপ্পগী নাকেন থা। ঐগীদি করিন খুদোল তমগনি। খুজি অসে লৌসিল্লু, মসিন ঐগী অহানব অমসুং অরোয়ব খুদোলনি। নঙগী থম্মোয়ন লৎনগে খনগনুকো। ঐগী লৈকোল অদো ফজদ্রা ? মীপুম খুদিংমক্ক সোন্নে, নন্দগী লৈকোল। লৈকোল অদুদ ঐগী পুক্নিগী অরোয়ব য়াতাফমনি। মতম অদুদ সান্তি - মালিকা পান্বী অমদি নন্দগী লৈকোলবু নিঙসিঙবীরকউকো। অদুন মালিকা অসিমতং নহাক্কী নাপ্পদ চিনগে, ওহ: ওইররোই খঙলমাল্লে, লৈনা অমমতা ওইন চোইজাইনন লৈমায়থক্তা তারক্লেদো, লৈরাং মালিকাসে ।

.... .... .... ....

লুহোংবগী মীন চীক্ল-চাইন ঙমখিদ্রে, পুলিস ওফিসার ইবোহলগী ইমুংদো পুমনিন নিনখ্রে। অমরোমদ সান্তিদি চাক চখোম অমা ফাওব চাও হায়ব য়াখিদরে। অউনপোৎন চনখিদরে, খরন হায়নৈ, য়াম্নু য়াম্মন্দে, মচা হায়ব মতোমতনি, খরন হায়নৈ, ইস ! অউনপোৎ ময়ামসিদি য়ামখ্রেদ। ব্রোজেনগী ময়ুমদবু থম্ফম চনগদ্রা। হেরা নখোয়সু ব্রোজেনগী ময়ুমদি মথক মখানি, চাউখ্রপোৎনি। মচিন মৌপ্পাদনি লৈরিবা।

তাইবং মীগী মচিন কনানসু মেনব ঙমদে। মান মান পঙাঙদ ঙাঙনৈ, অসি ওইরমাল্লে মীওইব হায়বদো। নুংসিব মসক খঙজরক্তব নন্দবুদি নুংসিগী ঈপাক্ত লংথরল্লগ চৎখ্রগনি ঙসিদি কাইন মৈসা লাংলবীদো।

মতম অমদ নন্দন কয়াবক হন্ন হায়জখিব - ঐ ঙমলোই, মতম অমদ ঐন ফংহৌগদব মৈচাক্তো। নখোয়ন পুবীব ঙমদ্রা ? ঙসিদি ব্রাহ্মেসিং অদো

বীরেনগী নাকোংদ হনজিন হনজিন তাদুন লৈরে। রানীসু লুহোংবদো অহানবদদি চঙলমদে, অদুবু সান্তিন মী থারক্তুন কৌমনবদগী চঙবদি চঙলকখি।

লাক্লে, সান্তিগী পিবা (বোর) দু বেঙ্গুন খোংদুন সান্তিদো থাহুদুন, কয়ারক লাক্লখি। তারকই, নন্দগী নাকোংদ লাপ্ল তাই বেঙ্গুনগী খোঞ্জেল। বীরেন্ন নন্দবু সেন্নদুন লৈখি। মীন লম্বী সোরোক খুদিংদ চীক্ল চাইনখি, ঙক্লখি। কার ভেন্ন মসিঙ থীঙমদন চৎখি। অউনপোৎন হোনবগীবু লোইব নাইখিদে।

*লুহোংবগী নুমিদাংনি -*

- সান্তি, কপলিবরো ? নসাদো ঙমদ্রবদি কপ্লগনু, নিঙথীন পোখারো।

- করিসু তৌদেদ সুম যুম নুংসিরক্তুন তৌবনি।

- হৌজিক্তি কপ্লগনু হায়ব - ফিরুক খুমলিবসে হাংদোক্লেকো। হৌখ্রব অমদি লাক্কদৌরিব পুন্সিগী নুংঙাইব থারী সাসি। ঐদি পুন্সিদ নুংসিনব নুপী কনাসু থম্মক্তে, নহাক্কীদি লৈহৌবরা ?

- করিগীনো থাফম অদো হংলিবদি ?

- ওহ: থাফম অসে নহাক তানিঙদবরা ? তোক্লসি, করি থারী সাসিগে ?

- তামো

- করিনো হায়যুনে ?

- করিগুম্বদ তাখিব লৈখিবরা ? নন্দগী লৈকোল।

- উম ! তাখ্রে, যাম্ন ফজে হায়নৈ, ঐদি অমুক্ত য়েংলুদ্রি, অদুগ হায়নৈ, লৈকোল অদুদ খাইদগী ফজবদি মালিকা পাম্বীনি হায়ন। করি তৌরে কপ্লবদি ?

- করিসু তৌদেদা নন্দগী লৈকোলদ হৌব মালিকা পাম্বীদো নোংমদি য়েংলুসিকো।

- উম য়েংলুসি। সান্তি নহাকসে য়াম্ন নুংসি।

- করম্ব মওংদ নুংসিবীবগে ?

- হায়ফম খঙদে করি হায়গদবনো, পুন্সিগী ওইন নঙবু নুংসি। ফরে, পোখাবীরো, মতমসে য়াম্ন থেঙলে।

- নহাক্কী !

- তামো হান্ন -

- নুংসিরবী সান্তিগী ৱাহৈন ব্রোজেনবু সুমখি। খঙহৌদন তূমথখি। অদুবু সান্তিদি তূম্ব য়াখিদে, তূমখিদে। কদায়দবু লোন্ন হাপ্লগ পুরকপনো খঙদে, নন্দগী 'ফোটো'বু য়েংলগ কপ্লকই। খোঞ্জেলদি থোক্তে। ফমন-ফমন সান্তিদো নন্দগী ফোটোবু পায়রগ লুহোংব নুমিৎকী অহিংদ ব্রোজেনগী ফমাঙদ অরোয়ব য়াহিপ তানখ্রে।

তমগ্রবরা মখোয় অনিগী লাইবক্ত সেমগ্রবরা নোংদম্ব মহাক্ল। অহিঙগী মমৈ ওইরকপদ ব্রোজেন মীকপ থোক্লকই। সান্তিবু কোইয়েং য়েংলকই। ফম্মাঙদ হিপতুন লৈরম্বদ কৌরকই - সান্তি, সান্তি খুম্মক্রবদ মসা নোমদুন হৌদোকই, অদুবু অৱাবদি থৱায় য়াওদ্রব সান্তিগী হকচাঙ পোলাংতমক ওইরমলে।

সান্তিগী মখুত্ত পায়রম্মী, নন্দগী ফোটো মমিঙসু থাবম্মী। ব্রোজেন করি ওইরমগনি। খঙহৌদন কন্ন লাউরকই, সান্তি ! কা অদো পুমনিন নিলগ খোম্থাঙ য়ৈখি। খোঞ্জেলদুদা ইমুঙগী মীপুম খুদিঙমক হৌগৎনরকখি।

সোমদন ফন থেঙলব ফাওবদ নন্দদো হৌগৎলক্রে হায়দুনা মমান নন্দবু হৌদোকপ চঙলকই। অদুবু মচানুপাদি মাগী কাদা লৈরমদ্রে। থীব হৌরকই, মচাবু মনিঙ ময়া কোযন থিব ফংলক্রবদ লৈকোলদ চঙদুন থিব হৌবকই। উলকলে মচান মালিকা মখোঙদ তূমদুন লৈরম্বা - 'ইবুংঙো নন্দ', খুম্নক্তবদ মনাক্ত চর্ঙাসন্দুন য়েংলকই, অদুবু অৱাবদি নুমিৎ থাগুম ঙাল্লিব মচা তোমপোক্তা মালিকা মখোঙদ অরোয়ব য়াহিপ তানখিরমলে।

মখূত্ত সান্তিগী ফোটোসু পায়রম্মী। মদোম পোকচব মচাগী পুন্সি লোইরেকো খল্লুবদ নন্দগী মমাদো ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদন তুমিন্ন লেপ্পুন লৈখ্রে। খঙহৌদন কপ্পকখি।

- ঈমাগী ঈবুংঙো ঈমাদি, মাঙজরেদো। নন্দ অমদি সান্তিন লৈখিদবদু মীপুম খুদিংমক্ক খঙনরক্রে। সান্তিগী মখূত্ত চেজেৎ অমথক পায়রম্মী, মদুদি নচাগী লৈকোনদ মালিকা মখোঙদ ঐগী পোৎলোয়ফম ওইহনবীয়ুকা বাবা ?

ঙসিদি সান্তিগী মপাদো নিঙঙল্লক্তে। ব্রোজেনগী অয়াব লৌবগ মচাবু নন্দগী লৈকোন্দা মখোয় অনি পুন্ন পোলোয়মিন্নখি। মতম অমদ মচান হায়জবদ তাবীদব, ঙসিদি মচাগী পূকচেল ময়েক সেংন খঙলকলে। থব্রায় অনি পাইখি, পোম্বী চেক্লা ওইন ফাইবেনগী ১৪ নি পানব থাজদ তিনখি।

হকচাঙ পোলাং অনিন নন্দগী লৈকোলদ মালিকা মখোঙদ মালেম লৈবোন্নুং চনখি। কপনখি, মীপুম খুদিংমক মমা অনিদি অঙাওবীগুম জগোই সাখি, মচাগী মংফম থক্তো।

নন্দগী লৈকোল অমুক্ক হেন্ন মমিং চৎখি।<br>
অসেঙব নুংসিবাদি কৈদৌনুংদসু মাঙব লৈতে।<br>
হকচাঙ অনি পোৎলোইখি, নন্দগী লৈকোন্দ<br>
থব্রায অনি পাইখি, মালিকা মখোঙদগী,<br>
মতম চুপ্পদ ব্রাবীনহৌবগনি, "নন্দগী লৈকোন-মালিকা পাম্বী"। ●●

চৈচৎ ঃ ২৫/০৪/৮৬

- মেমথোই। ঐগীদমক নহাক য়াম্ন বারে, লাইবক্ত তমখিদবনান, রাবৌনিংঙাই লৈতে।

- অদুম্ন নঙন হেক্ত হায়রকপদুদনি ঐনা সাউনিংলিবসে। মবম চাদন মীন লাকচখিবসে ঐ থবায় য়াম্ন নুংঙাইতে। নিপা অমা ওইবগী মমাংগী বাসু ডাক্তব

অদুবু সাউবগা হৌজিকপু কাং কান্নাখগদৌরিবা না। নুং.সববু ইনাক্তগী পাপ্ন থন্নগ মীয়.মগীদমক হিংজব পুক্তি অসিদ ডাসদি কয়াদ তাইওনন থম্বীবন্নব। মেমথোই ঐন নাকমদ হায়জাবনা মতমদদি নহাক্ত য়াবীখিদেদে। কাবগীদমক অঙন পুবীবখিবগে মহাক্তী মপাউ। ঐন হায়জবদ য়াবীবন্নবদি থাদ থোক্কেমগদ্রু "

পুর্ণ।

তুংদ খেংকঙন। অদু-মও খুদংক নহাক্ত পুনীগনি হায়খি, বদাই।

নুং। ঐনু কাদ চানে খুম্মুগে।

মসাদ ইং তাম ও লেপহৌবে তোর্নানাসদ। কল্পব ঈচেনবা সম্ভ দন ড পেলনব তোর্বানসে য়েংউ নুংসদ্রা " মবাপ লৈতন নিঙবাইরক্লে। পুংতদ হেতদা অক্তনব ঈচেনকে। মেমথোই - বিপিন নথোয় অনিন সিনদুন থম্বীবমানব ঐগী পুজিগী ফতমসিবু কবম্ন মঙাংদনো " মতমগী য়াওনদ হিংব পুক্সানিন মতমগী লোংবাদ অপাম্বব ইংটিওতুম হিংজি অসিদ " মেমথোই - নহাক্ত থাজন পুবকাখদ মপাউ, বিপিনগী অসেংবব নুংসিব।

সুর্জ তোক্কো, অমুক মখা তারগনু। ঐহাক তাব ঙমদ্রে, পুম্নমক ঐন পানদ্রে।

নহাক্ত করি সোয়াখদুন করি লানগদৌরিব ? পুম্নমকসিগী মবাপদি ঐগীনি। নুংসিব হৈজদব থম্মোইন নুংসিব মসক খঙনিঙলুব তুংগী লম্বী সেমহৌদব চম্নব থম্মোই কনাবুসু চিংনদন থাজকব মদুমক্ত ঐগী অচৌব অবানবানি।

- থাজনবগী মখা পোন্ন ঐন নফমদ হায়খিবনি, মহাক্ক অসিগুম্ন তৌবক্কনি, খঙলন্নবদি ঐহাক মান হায়বদ য়াবমলোইদবনি।

- ফবে, হৌখ্রবনি, পুন্নমক লোইখ্রসনু। কনামত্তগী মবাল নত্তে। ঐন ঙাঙখিব মযামদো সাউনুকো।

- বিপিনগী পাউ তাবববা ?

- কবি পাউনো ?

- মহাক লুহোংলগনি হায়বগুম তৌই।

- ৩হ : য়াম্ন ফবগী ব্রানি, কবিসু কাযদে, হোংসনু। মহাক লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদ উনহৌননব তাইবং মপুন সীনবীদুন ঐহাক থোক্লকপ তাবেদন। সিলহেন ফংব খুদিংগী থোক্লকপসু নত্তবনিন হন্দক্তী ঐহাক নখোয মযাম উনদব কুইবে হাযদুনা পাবুংদ টেলিগ্রাম তৌদুন হাযজবগ থোক্ল কলিবনি। মহাক্ক অসিগুম্ন তৌবমগনি খঙলম্নবদি ঐহাক থোক্লমলোইদর্বনি। মবম সুকখঙ খঙদন কাযনবম্বন খ্বাইদগী হেন্ন ফবমগনি। পুন্সিগী অবোযব উনব তাবেদন নুমিৎতুন। মতমসে ঐগীদি চিবব মতমনি। হংচিৎতি ঐাক চৎলগনি। ফাওনচে অমতং ইবমগে, নহাক খব পীবিযু। নুপীদুসু এমবিবিএস নি হাযবদাই, মহাকসু এমবিবিএস নিদন ফৈ, সোইদব ওইসনু। অদুন মেমথোই - নহাক মসিমদি কাউগনু, অহেনব পান্থী মমাদো নোংমদি সোয়দন মমৌ ইবেম্মদুগী হাক্তক্ত থম্মোয় সোক্ল কপলখিগনি।

- নঙোন্দগী মখোয়ন কবি হেল্লদুন ?

- হেললেদন হৌজিক্তি, বিপিনসু থবক তৌবে, নুপীদুসু কুইবরোই হাযন তায। ঐগীদি অদুসু নৎত্রি। অমবোমদ মেমথোই মখোয়গ ঐখোয়গসে য়াম্ন লাপ্নব লম অমমমদগী ওইবম্নবদি যাম্ন নুংঙাইবমগনি। মহাক্কী লুহোংব নুমিৎতো যুমদবুদি লৈববোই, অদুবু ঐহাক কবম্ন খাঙগনি ? ঐগী ব্রেনীংসু লোইগদব মতম যামদ্রবনি। ঐন ঙসি কপলিব তারিব মীৎকী পি নোংমদি মাগী মথক্ত তাবকখিগনি। মতমদুদ মিনুংসি মচেৎ অমা ফাওব য়াওদ্রব মাগী

থম্মোয়দা সোয়দন কপলক্কনি। ঐন লান্দব ওইরবদি মতমন মফমন অদুম লাকচগনি।

ফরে, মতমসু থেংলে, য়ৌসিন্নব তৌরসি। অদো রতনদো ঐন চৎলমদাইদ উনব ঙমলোইদৌরে। নহাক্ল সাউদনব খর তম্বীয়ু। অদুগ অমন নখোয় অনিগী লুহোংবদি হয়েং ঐন থোক্লক্লগ-কো। ঐন চৎলিঙৈদ হোংলম্লবদি ঐদি য়ারোইদবনি।

... .... .... ....

- নুপীমচা

- করি হায়গে পাবুং ?

- করি তৌরিবগে নঙবু ? লাইরিক পারিবরা ?

- সুম মতম লেনব ওইন সান্নখোৎনবগী মেগাজিনঅমখক পারম্বনি পাবুং।

- ফরিবনি অদুসু, মতমসে লীক্ল সিজিন্নগদবনি। তৌনিংব থবক কয়া মপূং ফারমদন অসীবগী লম্বীদ চৎখিগদব মীওইব ঙাক্তনি। ঈপাননে ব্রা খর হায়গে হায়দুন চঙকলিবনি, য়েংঙোই, মীরমনি হায়দুন ঙাওসিন্নব য়াব নত্তে। নঙন ইহান হানব এমবিবিএস তম্ব চৎলমদাইদ চৎলু য়াখিদব - খুন্নাই থৌগল্লোই অমা ওইন লৈগনি হায়দুনা সিখাঙ খাঙখিব ঈপা কাউদ্রি। ডাক্তর অমা ওইরে হায়দুন নঙবু ফাজিনদুন থমগদব নত্তে, নঙন তৌনিংবা তৌহনগনি। ইচান অপাম্বদ হায়য়ু।

- পাবুং

- করিনো হায়য়ুনে।

- নচাবু লৈঙাক লোয়সঙগী থৌমী অমা ওইহনবীগদৌরিবরা ?

- অদুদি নঙগী ব্রাখলনি, ইচান অপাম্বদ হায়য়ু।

- লনাই লায়েঙসঙ লিংখৎচদুন মীয়ামগী হোৎনবীদুন লৈত-লাইবসিংবু তেংবাঙবীব অসিন হেন্না পামজৈ নচাদি।

- হেন্ন ফবগী ৱানি, ঈপানসু মদুনবু হেন্ন পাম্মীনে। মীগী মখাদ থবক তৌবসে পামব নত্তে কনাসু, তঙায়ফদন তৌনরিবনি।

- অদুদি পাবুং মতমসু কুইসিল্লক্লবনিন পাবুংন পুম্নমক সেম সাদুন। থৌরাঙ তৌবীবমলো।

- হোযনে হোয়নে অদুগীবুদি করিসু ৱানিংঙাই লৈতে।

- অদুদ লায়েঙসঙ অদুদি কনাগী মিংদ থোনব।

- পাবুংগী মিংদ থোনসি।

- নুংঙাইদ ইচাগী ৱাহৈ তাবদ ঈপাদি পূংপেন হেক পেল্লি। নঙন হায়বিবদো ঈপা যায, অদুবু যেংঙোই, নচিন"ননাও নখোয় অহুমতনি। নখোয অহুমগী মিংদা ঈপান কবিগুম্ব অমমমদি লিংখৎকে খল্লিকো। অদুগ লায়েঙসঙ অসিমদি নহাক্কী মিংদ অদুম্মক থল্লগে। নমাগী মিংদ মহৈলোইসঙ অমা লিংখৎলেদন, ঐখোয়গী লাইবক ফব হায়বদুনি ওজাসিংন ফবগ মহৈবোইসিংন ফবগ লৈঙাকপনসু ঙন্ন লৌসীনবীবে। কয়াদ ফরবনো ? থবক তৌবগী কান্নজব হায়বদু ফংলবনি। ওজা অমগী মতিক ঙাক্ল চৎত্রব ময়ায় কাব সিজীন্নবক্লব ওজা অদুদি অদুম্মক লৌথোক্কদবনি। মহৈলোইসঙ অসি ফবগীদমক থাগৎ ৱাহৈ কয়া ইপাদ সাবক্লবনি। অদুগনে মথংদ নবুং ১দি ননাও চান্দনি মখোয অনিগী ১ম্মগ লিংখৎকে হায়ন ঈপান থাজব অমগ লোইনন চাউন খল্লিবনি।

ঈপাগীদি কবিসু খল্লনুদ, ঐগী হায়ববু নখোয়ন ফরগ লোইরে, মী ওইন হিংলবদি মিংচৎসু লৈহনদবনি। থৱায়দগী ঈসাগী থাক্ল হেনন্ন লূবনি। ঈকায়খুম্নব থাক্ক সেনগী সিনন্নব য়াব নত্তে, সেনদি তাল্লগ ফংঙিদো, অদুগ মাঙগ্রব ঈকায়খুম্নবদি অমুক হন্ন তানদুনসু ফংলরোইদবনিকো, নুপীমচা। মীওইন হিংলবদি ঐগী মংফমগী লৈমায়দ ঐগী ঈমিং চাউন থারমগদবনি মদুনি মীওইবন তান্নবিব।

- পাবুংগী পাউতাকসিংদো নচান কৈদৌনুংদসু কাউজরোই।

- মতম খণ্ডন-মী মসক খণ্ডন চংলুকো। নুপী অমা ওইবগী লমচং থকসি খাসি মীন ফিদমনফম ওইহল্লগদবনি। মপান লমদ লৈ, ঐগী মী কনাসু উদে হায়দুন নসাবু মাঙনবদি সীনগনু। ফরে ফরে, মতমসিসু থেঙলে, পোখাজরো, ঈপাসু পোখারুরগে।

মাগী কাদগী মপাসু থোকখরে। মতাঙ অসিদ সুর্জগী মপা কনানো হায়বসে মতেক অমতং সকতাকচরমগে। মপাগী মমিংন চন্দ্রহাস, লৈবাক অসিদ মমিং চংলব অচৌ 'থীকাদার' অমনি। অব্রাংপ লৈত্রব ইমুং অদুদ মপাগী থম্মোয়দ করিগুম্বদ ইবাং ব্রাংপগুম ইহাঙদ হাঙবগুম তৌরম্মী। করিন-মচানিপা অমখক্তং ওইবন অনিদং সুরমলবদি য়াম্ন পেল্লমগদবনি, অসিনি। মচানুপা মতোমতন মাগী থবক ময়াম অসে পুহৌগনি খল্লুবদ য়াম্ন ব্রাজখিবনি। তাংকক্ অসিমসু ঙাইহাক নাথেরমগে।

তম্ন তপ্ন বিপিনদ পীরম্নব ফাওনচেসু ইবা লোইসিল্লে। নিংথীন থুপচিল্লগ থমজিনখরে। কুইদ্রিব তেল্লব মতম খরদুদ বিপিনগ উনরুবগী নুমিৎ অদো চংলমদাইগী মতম য়ৌসিল্লকপসিদ নিঙসিঙলকই ১ ন্মতা ওইন, তূম্নগে খন্ন কন্ন হোংনৈ, অদুবু য়াব কৌব লৈখিদরে।

- কমদৌরি ?

- নুংঙাইরি, নঙবু নুংঙাইরিবরো ?

- খঙদে করি হায়গদবনো ? অসুম হিংলি অসি মঙাই।

- চহি কয়া ব্রাংলি লোইগদব ?

- চহি অনিখক্ত ঙায়রে।

- লণ্ডনদি করম তৌই ? নুংঙাইবরা ? ফরমগদৌব মাল্লি।

- ফজবগী চাংন হেনমনখিবন তম্নবু হৈগদব মান্দে। ঐন অমুক তম্নুদ্রবসু হৌজিক্তি ইউতা উনরবনি, নত্রনে ?

- ফরে মায় পাক্লব হোৎনরকউ। অদো নঙন হায়নিঙবদো করিনো ? ঐহাক থবক অমা লৈ।

- ওহ: চিল্লব মতমদগী ঐবু উননবগীদমক কাইথোকপীরকলিবরা ? অদুক য়াম্ন মতম চিল্লি হায়ব খঙজরম্লবদি হায়জরমলোইদবনি। নমদুন ঐন মতম মাঙহনগদৌরে।

- অদুক য়াম্ন কোইথোক্লবসু হায়গদৌবদো করিনো হেক্ত হায়য়ু।

- বিপিন অয়াম্ব মতমদ ঐখোয় অনি অমুক্ত নিঙথীন উনদে। ঙসি উনরিব অসিসু চহি কয়াগী মতুঙদনি। অদুন ঐখোয় অনিতগী ওইব ব্বারী অদু সাব পামই।

- হৌজিকপু করি ব্বারীনো ?

- বিপিন

- সুর্জ ! খল্লুরনু ঐগীদমক অমুক কাউনব হোৎনরো। অদুগী মহুৎত ঐবু মরুপ অমনি হায়ন খল্লু।

- বিপিন

- অসেঙবনি সুর্জ হৌখিব পুঙ্গিগী ব্বারীসিংদো কাউনব হোৎনরো। অতৈ লাঙ-ফাং খনবগী মহুৎত নহাক মতিক চাব মী অম ওইননব হোৎনৌ, নঙগীদমক ঐন মতম পূম্বদ য়াইফনব খল্লি।

- বিপিন - নঙন ঙাঙলিবদুবু করিনো ? ঐবু মঙল তাইবঙল খঙব ঙমদরে। ফরে নঙগী ব্বাখলন অদু য়ৌরবদি ঐগীদমক্তদি নহাক্ল অমুক করি খল্লুখিনি। নহাক্ল ব্বাখল অদু য়ৌন অসুক থুন ওল্লমগনি হায়বসে ঐহাক থাজব ঙমদে।

- মতমসে ঐহাক্কীদি চিরব মতমনি। নহাক্কীদমক অয়াম্ব খন্দুন থোক্লকখিবনি।

- ঐগীদমক করি তৌগদৌরিব ?

- বিপিন নঙন ঙসি হংলিব ৱাহঙ অদো - নঙন ঐবু থম্মোই সেংন নুংসিরবদি নুংসিব অমন নুংসিব অমগী মফমদা হংগদৌব ৱাহং নত্তে।

- অদুবু হৌজিকপু করি হায়য়ু হায়রিনো ?

- অদুনিকো নহাক্ল ঐবু নুংসি হায়খিব মতম কয়া চঙন সাগৎলকখিব নঙ ঐগী ৱাখল - নঙন ঙসি ৱাহঙসিং দু হংনবগীদমক্তরা ? ফরেনে, নহাক্ল বু য়াইফগনি হায়রবদি করিসু কায়দে। খঙদব নত্তে ঐহাক - লোইন তায়, পুম্নমক খঙই, অদুবু হায়নখিব ঙাঙনখিবগী মতুং ইন্ন লৈনখিবনি। নৌরিব পুন্সিন পামজখিদে, লম্বী অদুদ চৎপ - ঐন কয়ারক হায়জখি, মতমদুদ নহাক্ল য়াবীখিবরা ? নহাক্ল, নসান করি হায়খিবগে হায়বদু নিঙসিঙউ। ঙসিখক্ত মরুপ অমনি হায়বীরম্বগী মহুৎত মতমদুদ ঙসি খল্লিবদুমক খনবীরল্লবদি ঐহাক্ল কয়ামুক পেল্লমগনি। নঙবু হায়নিংঙাই লৈতন থাগৎলমগনি। পুন্সি অসিদ ঐহাক্ল কনাবুদি অমুক হন্ন থাজরুখিগনি। ঙসি ওইরকলিব ফিভম অসে মতম অদুদদি খঙবীহৌদবরা ?

- অদু খঙনবল্লগদবু ৱানরমগদ্রা ?

- করিগী খঙদনি ? নসান ঙাঙখিব ৱাসু ঙাকপ ঙমদব। নঙবু নুংসিবগীদমক ঐহাক ঙসি নঙগী ননাক্ত লাকপনি।

- করি ৱাৎলি হায়গদব। হৌজিকপু নঙন খঙ্গবদ করি কান্নগনি খল্লিবগে ? ঐসু নঙগী লমচৎ লোইন খঙই।

- ঐগী করম্ব লমচৎ ঐদি য়াম্ন লাংব পামই। নুপীসু নিপাসু লোইন মরুপনি। নুপীখক্তন মরুপ নত্তে। মপানগী সক্তমখক উরগ মীয়াম্ন ঐবু লান্ন উবীরম্বসু য়াই। বিপিন - নহাক মসিমদি কাউগনু, মীগী থৌইনসিন্ন নসাগী পুন্সিবু লেপচগনু। অদুগ সুর্জগী পুন্সিদি য়াম্ন চম্ন লেনজব পামই হায়বসিমসু নিঙসিঙবীয়ু। খুন্নাই থৌগল্লোই অমা ওইন লৈজগে হায়ব পাবুংন য়াদদনা লণ্ডনদা এমবিবিএস তম্ব চৎলিবনি। অসুক কুইন লোয়নরক্লব নহাক্ল ঐগী পুকচেল্ল খঙবীরমদবসে লাইবক থিবনি।

- হৌখ্রবনি, ঐগী ইরান ওইন থম্মম্মু।

- নুংসিনবদ নরাল ইরাল থিনসি হায়ব নত্তে। তিন্নব লোয়নরবদি নোংমসু সাউনব নোংমসু নোকমিন্নব হায়বসে হৌনসানি। পুম্নমকপু সেম্বীব মপু মানদি অচুম অরান লোইন উবনি। মীওইবগী মরালদি মপু মাগী মফমদ ঙাকপীয়ু হায়জগদবনি। ঙসি ঙবাংত নঙ-ঐ মরী লৈনরকখিব নত্তে। নিঙসিঙদবর পুন্সিগী হৌরকখিব ব্বারী কয়া থোকখিব থৌদোক পুম্নমক্তো ঙসিগী তেল্লব মীকুপ খরগী মতমসিদ নঙগী তেল্লব ব্বাহৈ খরদুন লোইসিন্নবগীদমক্তরা খুদোং থীব তারব মতমদ কনান মায়য়োক্লখি। নঙদি মীচেন অমা ওইন হিংখি। মতমদুদ লেল্লকখিব ঐগী পুন্সি পুম্নমক্তো নঙন করিনি হায়ন খনবগে ?

- ঙসিদি পুম্নমক্তো কাউনব হোৎনরো। মতম পুম্নমক্ত নঙগী য়াইফনবগীদমক ঐন খল্লি।

- ব্বাহৈদুমক্ল ঐবু পেল্লসিরা ? অদুগ অমুকসু হায়নিংই, মসিমসু করি মরী থোক্লদুন ঐগীদমক ফনব খনবীরিবা?

- থোকনৈ, য়াম্ন নক্লব মরী।

- হুম: ব্বাখলদুন তাবদ নোকনিঙব ব্বানি। সুর্জগীদমক্তদি করিসু অব্বাৎপ লৈতে। কনাদসু ঐগীদমক ব্বাবীয়ু হায়জখিদে।

- নঙন খনদ্রবসু ঐদি নঙগীদমক খল্লি।

- মীওইন পোকপ পুন্সি অমন অমগী মতেঙ পাংনৈ। ঐগদমক খনবীবগী মহুতা মীয়ামগীদমক খনবীয়ু, মদুন হেন্ন যৈ। বিপিন নহাক লাইরিক্তি য়াম্ন হৈরে, মতিক চারে, অদুবু লাইসু য়াওন তম্মক্তমাল্লে।

- সুর্জ - নহাক ঐবু লান্ন খল্লে।

- খনদে, সুকখন খনদে। তোক্লসি অমুক মখা তারগুমসি, চৎখরো। ঐহাক নঙগী অনিঙবদ অমুক য়েৎলরোই। খঙলে পুম্নমক ঐনা লানব ঙাক্ত

ওইরমগনি। ঙসিগী অসিগুম অমুক হন্ন উননব তাইবং মপুদ খুরুমসি। অদুগা বিপিন -মসিমতংদি কাউখিনু, ঐগী ইরালদি লৈতবনিকো। ঐহাক লানখিদবনিকো নফমদ, নঙন পীরম্ব চৈনাখোলসিতনি পুক্লিগী খাঙহৌগদব।

ব্রাখলগী ইপোম লোইব নাইদন নাউসুম লাইরেম্বী ঈমান নুংসিবীরক্লমাল্লে, সুর্জদো মথানুংদ তপ্ন তপ্ন কোনসিনবীখরে।

লণ্ডনগীদমক সুর্জ খোঙসানখরে। খাঙভমদ্রব থম্মোইগী চৈনাখোল কয়া পুরগ চংখ্রবনি, ব্রাসক অমগী মখাদ।

- বিপিন - ঙসিদিনে ঈমা ব্রা হায়গে, মুন্ন খল্লু। নহাক অঙাঙ নত্তে, ঐন পামদে, য়ানিঙদে হায়ব মফমদ নহাক চঙব সুকয়া য়ারোইকো।

- করিনো ঈমান হায়রিবদুবো ?

- সুর্জদো ঈমান পামদে হায়রিবসিনি।

- অদুবু করি তৌ হায়রিবনো ?

- নঙন মহাক্ক লৈনরিব মরী অদু ঈমান পামদে, করিদ পামদুন ...

- সুর্জগী অব্রাৎপ করিসু লৈতেন ঈমা।

- নিংথেমচানি অসিরো, নঙন মহাকপু পামলিব অসিবো ?

- ঈমা, অদুক নুংসিখ্রব মহাক অদুবু করম্ন পাম্বনি হায়গদৌরিবনো ?

- নুপা নহা লোয়নবী নুপী - মফম মরাঙ খঙদব লমচৎ-সাজৎ পামজদে

- ঈমা - সুর্জগী করম্ব সাজৎ-করম্ব লম্বীদ মফম মরাঙ খঙদব - ঈমাবু কনান করি হায়জিল্লক্লবগে ?

- তিন্নবগী ব্রাদি মাগী সিনফমনি, সাউরুনিংঙাই লৈতে।

- পামদে, ঐন পামদে হায়রিবসিনি। মহাকুম্বী নুপী অমনা ইমৌ ওইদুনা য়ুমসিগী মৌ ওইবদ লেমদে, ঐন য়াদে, মমা ঐন য়ারোই।

- ঈমা ওকলে, নচা তাব ঙমদরে, তোকপীরো ঈমা তোকপীরো।

মতম অমদ সুর্জন মীয়ামগীদমক থবায় লুপলিঙৈ - বিপিনগসু কন্ন নক্করিঙৈদ বিপিনগী মমান নোংম বিপিনদ ঙাঙখিবনি। মমা মচান ঙাঙনখিবদো সুর্জন অমত্ত চিখদন লোইন তাখি। অদুগুম্ব মমান ঙাঙখিব নুমিৎতো বিপিনগী বাখলদ ঙসি নৌহৌনন নিঙসিঙলকই।

লৌসিং তারকপদ মেমথোইন মনাক্ত লেপতুন লৈরম্মী।

- করি খল্লমলিবনো ? মী চঙলকপগ উখিদ্রেনে।

- করিগুম্ব অমা সুম খল্লম্বনি, ফমউ। কদায় চৎলুবনো ? সিদ লাকপরা ?

- হোয, সিদা সুম লাকপনি, বারী অমখক সাননিংব - নহাক্কী নফমদদি যাম্ন হবাওগদব মাল্লি, অদুবু ঐগী ইফমদদি থম্মোইসে ওম্মোক্ক কায়ন নুংঙাইখিদ্রে।

- করি বারীনো হান্ন তাখিগেদনা ।

- সুর্জদো চৎখবে।

- কৈদৌঙৈ ?

- নিংথৌকাব নুমিৎত। বিপিন - নহাক যাম্ন সাউনিংই। ঐগী মায় করিমত্ত যেংদবনি।

- মেমথোই, ঐহাক করি হায়গদবনো খঙদ্রে।

- মতম অমদ নহাক্ক করি হায়খি ? সুর্জন যাখিবরা ? করম্ব ফিভমদ মহাক্ক লৈরম্বগে হায়বদো নহাক নিঙসিঙলমখিগনি হায়ন খল্লি। ঐদি সুর্জগী মমাঙদ সিবগ চপ মান্নরবনি নহাক্ক তৌরিবসে !

- অসি ওইরক্কনি হায়ব নহাক মতমদুদ হায়ব ঙম্বরনে ?

- খঙলেদ, লোইন তারে, সুর্জন লাপ্ন লৈখিদুন খঙদ্রবসু ঐদি লোইন খঙই। চৎলমদাইদ যাম্ন কপ্লম্মী। হৌজিক্তি, নহাক যাইফরগনি হায়ন খল্লি।

মহাক্ক করি খনখিব করম্ব ব্রাখলদ লেপখিব হায়বদো নহাক মতম অমদ সোয়দন খঙলক্কনি। নহাক সুর্জগী মফমদ সোয়দন চঙজরকখিগনি। নহাক্ক তৌরিবসে সুর্জগী মরালদি লৈতবনিকো। মাগীদমক খনবদ ঐহাক য়াম্ন নুংঙাইতে। সুর্জ কনানো হায়ব নহাক্ক খঙবীরম্নবদি নুংঙাইরমগদবনি। অদুবু মদু পুম্নমক্কুগী ওম্নবদ নহাক ..... ফরে, ঐহাক য়ৌব্রগে। সুর্জন চে অমা নঙোন্দ পীয়ু হায়দুনা পীরম্মী মদু থীল্লকপনি। চৎলগে, মতৃংদ অমুক উনসি।

- অদুদি ঐ সুম লৈহৌরগে।

মেমথোই চৎখ্রব মতৃংদ মহাক্ক পীরম্ব চেদু তপ্ন তপ্ন পাব হৌরকই -

বিপিন,

লৈহৌরোকো, লাইরিক মখাগীদমক ঐহাক মতম খরদংদি মীরৈবাক্ত চৎলুখিব তারি। ঙসিগী ব্রাহে খর অসিন পুন্সিগী অরোয়ব ওইখিবসু য়াই।

মীওইব অমগী পুন্সিদ - পুন্সিগী ব্রারী কয়াবু চেজেৎ খরদ ইরগ লোয়ন ফোঙদোকপ ঙম্বরা ? ইরাল ওইহৌরেদো ঙসিদি খঙখিদবন ব্রাখলগী মমি নহাক্ক। মীওইবগী পুন্সিদ নিঙব থুংব লৈতে, অদুবু ঙমখে লৈত্রব মপাল নাইদ্রব তাইবংপানসিদ ঙসিদি নহাক্ক ঐবু ইম্ব্রোকপীরমলে। চৈনাখোলদুগী মরুমদ ঐহাক হিংলি।

য়েনীং পাম্ব্রান লাকপদ কংলম্ব হৈপাল লৈপাল পুম্নমক ময়োন চোংলকপগুম ঙসিদি নঙগী অনৌব ব্রাখল অমা লাক্কুন হৌব্রব পুন্সিগী থৌদোক - ব্রারী কয়া কাউথোকপ ঙমলে, অসি নত্রা ?

অদুবু লৈখোঙদ তারিব অকঙব লৈনাদো - মতম অমদা পাম্বীদুগী লৈকাদ সাৎলম্ব নত্তে হায়গেরা ? খাঙখিবনি লৈনাদো অকনব নোংলৈ লাক্লব ফাওব লৈকাদগী কেন্নিংদে হায়ন।

পান্দম অমা থম্বন মীওইবগী ব্রাখলগী পম্মুংনি, পম্মুংন পোলোইনি। ঈচেল কল্লব ঈয়ায়গী কোঙ্গোল য়েংদুন মীৎন য়েংবদ উরিব ঙমখে ফাওবদ অসুম য়েংদুন নুংঙাইরি ঐহাক অব্রাব লৈতে। তাম্না মানবী ব্রাক্কী খোঞ্জেলসু

তারি লেপ্প লৈতন। বিপিন - ঐহাক নঙগী নফমদদি লানখিদবনিকো, নঙন ঐবু লানন লৌখ্রে।

নঙবু পোকপী ইমাদি ঐগীসু ইমা নত্রা ? মমা অমা ওইবগী সিংলীদ মচাবু নুংসিবগী ঈচেলন কংখিরমদ্রিব থোক্লবদি ঐবুসু অপোকপী মচামক্তি খনবীরমগনি। বিপিন - ঈমান ঐবু ব্রারৌবমগনি, নহাক্ল সাউদনব খর তম্বীয়ু।

নহাক্ল ঐবু মুন্ন মসক খঙব ওইববদি ইমাগী মবুক ফাথবীনব ব্রারী সাবীয়ু। ঐহাক নিংথেমচানি, অদুবু মদু ওইদুনসু পুম্নমক ঐগী ইফমদদি চপ মান্নে। নিংঙমহৌদ্রব থম্মোইসিন ঐগী ইবাল লৈতব অসেঙব ওইরবদি তাইবঙ মপুগী থৌজালদগী মীৎকী পিবাং মরিক অমতংন ওইরবসু নোংমতংদি নহাক্কী নতেঙ পাংব ঙম্ব ওইজগে। মদুন নুংসি লমন সিংব সকচগে, ঐহাক কনাবুসু ব্রাবৌব লৈতে।

নুংসিব মসক মচু মুন্ন খনবীদুন সকখঙদবী লাইবক ফবী মহাক অমদি অদোমগীদমক তাইবং মপুগী মফমদগী থৌজাল নিজরি। য়াম্নদি হায়নিঙই, অদুবু পুম্নমক্তো ফোঙদোকপ ঙম্বগী ঐগী থৌনা লৈতে। লোইসিল্লগে।

নহাক্কী
মতম ১ গী সুর্জ

ফাওনচেদো পাব লোইরে। থম্মোই সেংন ঈচম চম্ন হায়রকপ সুর্জগী ব্রাহে খব অদুদ করি খল্লুববনো খঙদে, অসাউব নীংসা অমতং হোল্লগ নিংথীন থুপচিল্লগ থমজিনখরে। মতম কুইনগীবা নত্রগন খরতগীরা হায়বদুদি খঙব ঙমদরে। মতম অমগী নহাক্কী সুর্জ - ঙসিন পুঙ্গিগী ওইন লাপখ্রবী, অদুবু নঙন নম্বীখিব লাইবক্কী মচুগী পকলৈ, ঙসি ফাওব কোকতরি। পুঙ্গিগী কোক্লরোইদবনি।

নঙন ইনাক্তগী লাপখ্রবসু - নঙ ঐগী নুংসিবদি কৈদৌনুংদসু মাঙব য়ারোই। খাম্ব ঙমহৌদ্রব নঙগী থম্মোইন কযাদ ব্রারৌব্রব ? পুম্নমক অসিবু ঐতন থোকহনবনি হাযসিবনে ? ঐহাক নঙবু নুংসিদব নত্তে, লানবসু

ঐনি, পাণ্ডবসু ঐনি। নণ্ডগী চন্নব থম্মোইন ঈমাগী মরৈদ খাণ্ডগদৌবদো সুর্জ ঐহাক নণ্ডগী নতৌ য়েংদুন খাণ্ডব ণ্ডমলোইনে, মদুগীদমক খন্দুন ঐহাক নণ্ডোন্দগী লাপথোকখিবনি।

ঐগী য়ানিংদব কয়া লৈদুনসু সরৈ কল্লবী ঈমাগী মনিণ্ড থুংহল্লগে খনখরে, সুর্জ ! নণ্ডন ঐবু ব্বারৌগনুকো। সিংব ণ্ডম্মরোইদব লমন কয়া তোনসিলহৌরবনি। নণ্ডন ণ্ডাকপীরমদ্রব ইরানসে কনান ণ্ডাকপীগনি ? পুন্সি চুপ্প ইরালতন কুয়োম ওইদুন অসুম্মক লোইশ্রগদ্রা ? ঐদি ব্বাসক্তো ণ্ডাকপ ণ্ডমদরে। সুর্জ, নহাক্তী ণ্ডাল্লকউকো। তাইবংপান সীনব থুংন ণ্ডাল্লকউ। নণ্ডগী নণ্ডান্দা মমি ওইনা ঐহাক হিংখিগনি।

মতমন কনাবুসু ণ্ডাইবীরমদবন ণ্ডসিদগী হয়েং হয়েংদগী হংচিৎ মথণ্ড মথণ্ড হৌখিদুন থা কয়া ফাখরে, কুমওন কয়াসু ওনখরে। ণ্ডসিদি সুর্জদো লনাই লাযেংসণ্ড লিংখৎচদুন মীয়ামগীদমক তেংবাণ্ডদুন লৈশ্রে। মদুনসু মাগী অপাম্বনি। ইমুণ্ড মনুণ্ডগী মীওইসিংনদি ময়ূম পান্নব কন্ন হায়, অদুবু মহাক্লদি য়াব কৌব লৈখিদরে। মনম্মা অমদি মেমথোইন কয়ারক থেমখি, অদুবু মাগী পুকচেলদি হোংব লৈখিদে। মাগী হৌশ্রব পুন্সিগী ব্বারীসিংদো মেমথোইদ লোইন লিখি। মতুণ্ডদদি লুহোংবগী ব্বাফম অদো অমুক হন্ন পনখিদরে।

মেমথোই, ব্বারীসিং অদো ণ্ডসিদি ঐহাক নফমদ লীগে, কনাদসু হায়দোক্কনুকো। নোংম মহাক্ল ইহান হানব মীরৈবাক্ত চৎলমদাইদ ঐগী ইফমদ ব্বাসকখি, মদুদি - ঐগী পুন্সিদ সুর্জ নহাকপু কৈদৌনুংদসু থাদোকলোই, অমদি সুর্জ নত্তব অতোপ্প নুপী অমা হন্ন য়েংলোই। মতম অদুদ ঐগী থম্মোইন কয়াদ নোকখিব, থাজখিদে, মাগী ব্বাসক নিপাগী পুকচেল অরেপ্প লৈতে হায়ন।

মদুদ মহাক্ল কয়াদ সাউখিব। ঐবুসু ব্বাসকহনখি, অদুগ অমন মাইবী অমন নোংমা ঐণ্ডোন্দ হায়খি, মদুদি নোংমদি সোয়দন মমিং লৈরব মীসক অমন নণ্ডগী লাইবক্ত মদুগ পকনৈ মদুমক্ল নহাক তাইবংপান সীনব থুংন নমিণ্ড চৎলগনি। পুম্নমক্কী থম্মোয়দ মঙাল পীরবনি।

মদুমক ওইগ্রা ? নোংমা ঐখোয় অনি লাই শুরুম্ব চৎলি। মহাক্না ঐগী লাইবক্ত অঙাঙ পক্লে নম্বীখি, ঐনসু নমখি মঙোন্দ। মেমথোই ঙসিদি ঐহাক মসক নাইব মীসক অমা ওইরেকো।

ঙসিদি চেংন মতম কুইন থম্লুরব মাগী ব্রারী কয়া লীরব মতুংদ হায়খি, মেমথোই - ব্রাফম অদো অমুক হন্ন হায়রগনুকো। ঐনা ঙসি হিংলিব ব্রাসক্তুগী মখাদনি। তারব নত্রা হৌজিক্তি ব্রারী কয়া থৌদোক কয়া হিংলবদি পুন্সিবু মসক খঙন হিংবন ফংত্রনে ? ঐন ঙাঙথোকপ্রব ব্রাবু পীকলিঙৈগী লাইফদবী সান্নবগী ব্রারীগুম অসুম্মক ওইহনগ্রা ? মান ঙাকখিদ্রবসু ঐদি ঙাক্তনি। করি তৌনি হায়বগে ? যুম পানদ্রবদি হিংব য়াদে হায়ব ব্রা লৈবরা ? ঐগীদি নখোয় করিসু খল্লুনু, ময়ামগী য়াইফবন ঐগী অপেনবনি।

মবুং অমদি মনাওনুপী চান্দনিগী মিংদ অচৌবা লমদনসঙ অমদি মহৈসঙ লিংখৎখি। অদুদসু নত্তন লম কযাদসু হাংদোকখি। হৌজিক মখোয়গী ইমুংদ ব্রাৎলিব হায়ববু সুর্জন ময়ূম পান্দব অসিতনি। মহাক্ন ময়ূমদ হল্লক্লব মতমদ বিপিন লুহোংখিবনি। মতমদো মহাক ময়ুমদ লৈতে। লায়েঙসঙদ লৈখি, মেমথোইন মহাকপু সেন্নখি। মচেগীদমক খনবদ মনাউ চান্দনিদি হায়নিংঙাই লৈতন কপখি, ব্রাজখি। সুসিলকুমারন ইকায় ইকি ব্রাংম লান্ন মচনগী মতৌ য়েংব ঙমদদুন বিপিন মসামক্ত মচলগী ব্রা ফোঙদোকখি, অদুবু করিসু কান্নখিদে।

মতমদুদ সুসিলকুমারন কয়াদ ইকায়খিব। থম্মোই খৎতুম সুনা সীংখি। ইচলন লান্দবমক্ত ওইরবদি নোংমদি নহাক সোয়দন চঙজরকখিগনি। কপলরোই খনখি, অদুবু কদায়দগী পিনো থিংব য়াখিদে। মতোমতসু সাউজখি, পিবাং নঙবু তারক্লনু কৈদৌবগে ? ঐহাক খাঙব ব্রারে। করম্ব নুপী ওইবীগী থম্মোয়নদি খাঙঙমগনি মৈচাক্তো। চাদবগ ব্রাখলন চোকথরব হকচাঙন চৎলি খোঙন অসুম পুব মাইকৈদ লাইয়েঙলিব মীয়ামগী থৌগলদি লেপখিদে। মহাকপু তাথীন হুনদোকপীরম্লব মহাক্তুগী য়াইফনবদি খনখি মতম পুম্বদা। অঙকপ থৌদোক অমদি মীয়ম্ন ব্রারীনখি।

বিপিনন লুহোংবগী লৈ হুকপগী মতম অদুমক্তদ সুর্জন খঙহৌদন ৱান্থখি। কয়াদ থম্মোই কায়নিংঙাই ওইরব মসকনো ? কাইনথঙদ লৌসিং লাকপ মতমদ ইমুং মনুংগী মীওইসিংন মাগী অরোয়বদ লৈরম্বদু উবদ পুক্লিং নুংসিন কপখি। নুপীদি লায়রদুন নিপা ওইরিব মবুংন থম্মোই সোক্ল কপখি। মীওইবগী পুন্সি কনান হায়ব ঙমগনি। ঙসিন নিংথৌ ওইরম্ব হয়েংন লম্বীগী চাকনি ওইখিব কনানবু লেপ্প ঙম্লুগনি মীওইবগী লাইবক।

সিরগ লোইরব মীওইবগী পুন্সি অসিদ সিবদসু পুব য়াররোইদব লন-থুম, কনান অহেনব কনান অৱাপ করিগী অসুক য়াম্ন খায়রিব। করমদি তৌনি ? লাইবক্ল অমা নোংদম্বন অমা। কনাদবু তাইনরুনি। নোংদম্ব মহাক্ল নাথৈবীখি পুম্নমক - কপ্ল কপ্ল মৈচাক খাঙহৌরি, পীরাংলক্ত নুজা ওইবী মহাক্ল। থম্মোই নুঙগুম কনখ্রগে খল্লব মহাক্তুগ পুন্সিন থুংনবগী মীনোক্ত ইনোং হাপলি। নিঙসিঙবন কায়নখ্রবগী। কায়নবগী মৈচাক্তী চৈনা ফংলব মহাক অদু খক্তন খঙগদবনি। বিপিনগী নুপীদো মমান হেক পামজব হায়বদু থোকই। অদুবু হাইগৎলিব ঙক্তো নোংম থেক্তরগনি হায়বদি খঙদ্রি। মতম খরদি য়াম্ন ফরম্মী, অদুবু মৌ অমা ওইবগী লমচৎকী ৱাংমদ লৈবী নুপীনি, মনেমদ পাউখোন সিরকলে। মচেমসিংদ ঙাঙলোইদব ৱা কয়া ঙাঙলকলে। অদুগুম্ব কয়াদো থেংনরক্লব ফাওবদ মমৌ ফজবী থবক তৌবিনিন করিসু হায়দে, মখোঙ মখূৎ হাম্বীয়ু হায়রব ফাওবদ তৌগে খ□জাৎনি। অঙকপনি, নুপী অমা ওইন মমা ওইবী অমগী পুকচেন । সনা লুপা খরন মী থকখিদুন কয়াদ মাঙ তাকহল্লব ? মাগুম্বী মমা কয়া লৈরল্লবদি লায়রবী নিঙোল কয়াদি ময়ূম পাল্লবসু ঈংন চিক্ল লৈব ফংলোই। নৌন লৈসাৎ তন্নকলিব পুন্সি কয়া লৈকা সুন সাৎতন অদুম্মক খাঙঙুথক্ত কেমখিব তাবনি। বিপিনগী নুপীগী লমচৎ সাজৎ অদুদ মচেমসিং অদুদি হায়নিংঙাই লৈতন সাউখি। মতৈসিংন তুক্কৎচব মীৎয়েং য়েংখি। নুংসিনরব মচা মনাউসিংদো পুম্ন লৈমিন্ননিংলক্তরে। ইকুই কুইদন অদুম্মক তোঙান তোঙানখি। হায়নৈ নুপীগী পুকচেল 'অলু' গী মথেলনি। মতিক চাব মপুরোইব লৈন লৈন অহেনব পাম্নকপ থাগৎনিংঙাইনি।

নুপী খুন্নাইবু লৈখা তাহনগদৌরিবী মহাক্তো। অচম্বা নুপীনি করম হায়সিগে ? মহাক্কুম্ব নুপী কয়া লৈরম্লবদি মালেমসে মথক মখা ওল্লমগনি। অদুগুম্ব কয়াদো মনেম ইবেম্মদি অঙকপ ৱাখল অমদ তাউদুন লৈবগুম করিসু খল্লুদে। মমৌগী য়ানব ফজন চৎপ হৌরকই। লৈকায়ন কয়া ঙাঙনরকই, থোইন তারুদে, মমৌ অহেনবনি থম্মোইদ চাউথোকচরি।

সুর্জদো অহানবদদি বিপিনগী মমান য়াম্ন পামজরম্বনি। ঈমৌ ওইগদৌরিবনি হায়দুনা য়াম্না থাগৎচখি, অদুবু কদোমদগী হৌরকপ তমথীব নোংলৈননো খনবদ ঙকনিংঙাইনি। সুর্জবু কল্লকপ বিপিনগী মমাবু নুংসিদব মীন হিগায়ৱা কয়া থাজিল্লকপদগী পামখিদবনি। য়াররোইদব মতম অসিদদি সুর্জবু পাল্লকখি। অওন অওন চাবী নুমিৎলৈনিদুম হায়বদ পকচরম্বনি। অঙকপনি মীওইবগী ৱাখল করিসু খেৎনদ্রব মরকসিদ য়েংথীনরিব মীওইব হায়বসিদগী তোনবা অমা অমুক লৈরমগদৌব মান্দ্রে। ৱাতোন্ন ৱাংলগ ক্বাক্ল ফমদেকই হায়বদো থাংগৈসেংন চুম্ব মসকনি।

মহাক্কী নুপীগী লমচৎ সাজৎ তসেঙনমক বিপিন্না পামদে। খজিক্তং ঙাঙলুবদ মান হেন্ন খুল্লকই। অয়াম্ব মতমদা মতৈ-মনাউ খৎনৈ। ইমুংদো ঈংন চিক্ল লৈব ইমুং অমা ওইরক্রে। নুংঙাই য়াইফব মীন সকখঙনব ইমুং অমদ মনা মনিল নাইরকপ হায়বসে য়াম্না খম্বনিংঙাইনি। মরাল লৈজদ্রবী সুর্জবু মতম অমদ মমা মচা চঙন মরাল পীখিব ঙসিদি মমা মচাদো মরাল লৈজদ্রবী মহাক্তুগী মফমদ লঙজমনদো ফংলরে। নুপী ওইবীন মপুরোইববু নিংলব, তাইবং মপুবু পুক্নিং চঙন খুরুমজরবদ করম্বা নিপান অৱাব ফংগদগে ? নুপী ওইবীগী লমচৎকী ৱাংমদ লৈবী মপুরোইববু মপুরোইবনি খন্দ্রবী মহাক্তুগী মপুরোইবন করম্ব মতমদ মায় পাকপ ওইগদগে ?

পুম্নমকপু সেম্বীরিব মপু মান মীওইন পোক্তুন তাইবং মালেমদ তিল্লুচো - তাইবংগী কুমহে য়াওরুচো হায়ন মীওইব ঐখোয়বু মপু মান থাবীরকপনি। খজিক সোইখিবদ ঐগী থৌরাঙ সোয়ব তারে হায়দুন হন্ন য়েংঙমদন চৎলিবনি। কনখ্রবোই মপু মাগী থৌরাঙ থৌসিন।

মতমনদি কনানসু ঙাইবীরমদে। সুর্জগী পুক্সি বিপিনগী ব্রাখলগী মরুমদ ঙসি ফাওব হিংলি। নিঙসিঙলুব মীকুপতা পুক্লিং তয়াং তসোইন মীৎকী পিরাংন মনিঙ তমখিবসু কায়নি। মাগী ব্রাসক থুগাইগে নিঙখিদে। লাইবক থীব হায়গদ্রা ? নোংমা বিপিন উজম (গাড়ী)ন থেংজিল্লবদ য়াম্ন থীন সোকখি। খর ফব অমা য়েংলকপদ সুর্জগী লায়েঙসঙদ পুখৎখি। সুর্জ ওইরকলিব ফিভম অদুদ পাখৎখি, কদায়দ লৈব পিনো খঙদে তারকপন হানখি। ঙাইহাক কোয়রাঙ লাঙই, পুক্লিং চঙন য়েংই। মসাদগী ঈ য়াম্ন থোকখিবন ঈ কাপ্পগী মথৌ অমা লাকলে।

অমদগী অমা মথঙ-মথঙ থীনরকই, অদুবু ফংখিদরে, লাইবক ফব হায়গদ্র সুর্জগদি চানখি। থম্মোই পেন্ন নুংঙাইজখি। চঙগদব ঈ খুদিংমক সুর্জ মসাদগী পীখি। খঙদব কনান ঙক্লখি। তপ্প-তপ্প লৌসিং মপুং ফান লাকখি। বিপিনগী হকচাঙন মপুং ফারকপদ সুর্জগী থম্মোইদ লোন্ন মোমোন নোকচখি। বিপিনবু নিংথীন ঙাক সেনদুন থম্মী। সুর্জন নোংমদ অনিরক্কী মহাকপু য়েংসিনব চঙই, অদুবু মহাক্কী নুপী লৈব মতমদদি চঙদে। মরমদি মাগী নুপীগী মগুন সুর্জন চপ চান খঙবনি। নুপীসু নুপাসু এম বি বি এস নি, অদুবু মীগী লায়েঙসঙ অমদ লৈরুবন পাঙ্গল থোকপ ঙমখিদে। করিগুম্বদ নুপীদুন সুর্জবু উবদ মখোইদৌ সাউগৎপসিদি অখঙব কনান লোন্ন নোকখিবনি।

নোংম নুমিৎ অমা তাঞ্জা চারুব হায়বদুনি, সুর্জ চঙলকই। কা অদুদ বিপিন মতোমত লৈরম্মী, হিপ্পম্বনি সুর্জ চঙলকপ উবদ মহাকসু হৌগৎলি।

- য়ানি হৌগৎপীদ্রবসু অদুম হিপ্লীয়ু। হকচাঙ খরা নুংঙাইবীরবর ?
- য়াম্ন নুংঙাইরে। সুর্জ
- তাকপীয়ু।
- ঐ নঙগী নফমদ য়াম্ন লানখরে।
- করিগী অদুম্ন খনবীরিবনো ? ঙসি ফাওবদ ঐগী ইফমদ কনানসু লাল্লক্ত্রী।

- মপোক অসিমগীদি ঐন নহাক্কী লমন সিংব ওন্নরোইকো।

- মতেঙনি হায়ন খনবীয়ু, থবক খূদিংমক লমনগী ব্বাফম খন্নরগদি ওন্থোকপ মওং অমদ ওইনরনি।

- নহাক্ক ঐবু অনৌব মপোক অমদ অমুক পোকহনবীরে।

- তাইবং সেম্ব মপৃগী থৌজালনি।

- হৌখিবা মতম্দ ঐন নঙগী নফমদ লানখিব কয়া নঙন ঐগী ইরাল ওক্লকউ। ঙসিদি ইসাগী ইরাল ময়েক সেংন খঙলকলে। ঐতন লানখিবনি নফমদ।

- পুন্সিদ ঐহাক কনাদসু নাবল ইবাল থীখিদরি, হৌখ্রব মতমগীদমক তেংথারুদুন কৈদৌরুগনি ? তাবক্কদব, তাখ্রব মীৎকী পি তিনখ্রগনি লৈমাযদ, অবেম্বদ মসিসু ঐগী খন্থব ব্বাংলব কোক অসিগী মবালনি। কনাগীসু নত্তে। ফরে, মসিগী ব্বাবীসে থুপচিনখ্রসনু তাইবং কনাগী মীৎমাঙদগী, অদুবু হন্দক মপোক অসিমগীদি থম্মোইনুংদ অসুম্মক লেঙদন লৈহৌবগনি। লৈরাং খূদিংমক্কী লৈসক খেননবগুম ঐগী থম্মোইগী নুংসিব অসিবুদি তোঙান তোঙান্ন খক হোংউ যারবোই। নুংসিব ১০০ তা নত্তন নুংসিব লিসীং লিসীং লাক্তুনসু ঐগী থম্মোইগী অহাঙব নুংসিব অসিবুদি মেনসিনবীব খক ওন্নরোই।

- সুর্জ তোকলো, মখা অমুক তাবগনু। খুদিংমক ঐন লানখ্রবনি।

- ফরে, তাববোই মখা হন্ন, অদুবু ঐহাক করিগুম্ব অমতংদি হায়গে চঙজরকপনি।

- নঙন নোংম হায়খি - ঙসিগী অসিগুম্ন অমুক হন্ন উনব তাইবং মপৃদ খুকমসি। ঙসিদি ঐখোয় অনি অমুক হন্ন উনরে।

- নঙগী অনিঙবন হেনখ্রমাল্লে।

- মপৃ মান থৌজানবীদুন মতম অমদ ঐন নফমদ সকখিব ব্বাসক পুন্সিগী ঙাকপ ওম্ব ওইজগে। মসিমতংদি ঐন নঙগী নফমদ হায়জরি।

- সুর্জ

- মসি নত্তুন অতোপ্প হায়নিংঙাই অমা লৈজদে।

- মদুমক ঙস্ব মপু মান পীনবীসনু, অদুবু ঐদি ঙমখিদরে।

- করিসু কায়দে, লাইবক ফবী মহাক অদোম ঈংন চিক্ল য়াইফন পানবীরকউ।

- সুর্জ

- চ□লগে, পুন্সিবু ৱাহনদুন থম্মোয়বু অমুক নৌন কপহল্লরোই। ঙসিদি ঐগী নীংব থুংদব অমা অমুক লৈতরে। লানখিব য়াওরবসু ইরালনি ঙাকপীরকউ। ●●

(চৈচৎ : ১৮/০৯/৮৬)

# ঐহাক চৎলগনি পুরমলতা

- পুমা
- নত্তেয়ে, ইরিবদো ওন্নরে। পুরমলতা হায়বনে।
- নথৌ লৈতে, ঐন কৌবদ নুংঙাইগদব অমা
- অদুবুদি তামোগী অনিঙবনিদন
- পুমা, পাবুংদো গৌহাটিদ কয়াম কুইন লৈগদৌরিবনো ?
- থা অমদি হৌখ্রেদন, থা অহুমলোম লৈগদব ওইরমাল্লে।
- ঈমাদি কদায়দ চৎখিবগে ?
- অবোকখোয়দ চৎখি।
- করি তৌবনো হৌজিক ফাওব হল্লক্লিবদি ?
- অবোক্তো য়াম্ম কন্ন নারি হায়, অদুন ঙসিদি লেল্লক্লগনিসু হায়রম্মী।
- অদুদি য়ূমসিদ নতোমত।
- নুংসিবন ইনাক্ত লেঙদন লৈরিঙৈ মালেমসিদ কনাবু কিরুনিংঙাই লৈরিবগেনে ? অসেঙবনি ঙসিদি য়ূমদ হনবীখ্রগনু। ঈমানসু তামোবু লেকপীনব হায়রম্মী।
- ঙসি নোংমথকপু লেকথোকতুঙাই কৈদৌয়েগে ! অদুদি চাক্তী কমদৌব ?

- লাইরিক লোইরগ থোংগে।

- হুম: অদুগ ওাইব ওম্নরোই ওসিদি, ঐহাক এনসাং সেমগে ননাক্ত ফমদুন, চাক থোংব হৌরু লাকও। নুংসিবীন থোংব চাক ওসিদি গেন্ন চাগদৌরিবনি।

- অসিবু বানেন ওাওলিসে তনদমান্নে।

- কৈদৌবগী তনদৌরিব ? বা নত্রবদি মসিবু উরো। নত্তে, নওবু থোও লোইন লোনসিনলব্ররো ?

- হোয় ।

- অদুদি লাকও, কুমথরসি।

পুরমান চাক থোংই। মনাক্ত রামেস্বরন ফমদুন এনসাং সেমই। অওকপনি নুমিৎতো, সাথিন নোকনিঙ কৈদানি। অনৌব অনৌবীগ চপ হেক মান্নে। চাক লোইরে। এনসাংদি অসুক্কী মতিক মচং ওইন হাউন থোংই।

- তামো, চাক চাব হৌবীরো।

- নহাক্তী।

- ঐ সোমদ চাগে।

- য়ারোই, নতোমত চাব ঐখোয় অনি পুন্ন চামিন্নগদৌরিবনি।

- হেরা ফত্তে।

- হৌজিক্তি করিসু কায়দে, কনাসু লৈতবসিবো, পুন্ন চামিন্নসি। ঐ ইতোমত চাউ হায়ব ওইরগদি ঐহাক চাক চাররোই।

- মরৈ ফত্তব মীসে তোংজৈ মরিলদ সামু লিংহল্লু হায়বদুদগী হেনব কৈদানি।

- ইবেম্ম মনা-মরৈ ফত্তব মীসে নহাক্কীনিনে খওলবরা ?

রামেস্বরন নমদুন চাক পুখম অমত্তদ চামিন্নরে। মহাক্ন চাক ইল্লি। পুরমান য়াদে, নমদুন ইল্লি, পুরমানসু অমুক ইনহল্লি।

রামেস্বরগী মতৌদুদ পুরমাদি তসেংন ইকায়ব মওঙনি। মহাক্ন রামেস্বরবু নুংসিজরবসু কৈদৌনুংদ ৱাখল ওন্ন-ন খল্লুদে। চাক চাব লোইরে, পুরমাগী তুমফম কাদ চঙলকই।

- তামো - তূম্মসিরা ? ঐদি তুমনিংলেবু।

- উম তূম্ব য়ারে।

- অদুদি তামো সিদ তূমগেবা ? অসোম কাদ তূমগেরা ?

- সিদ সুম তূমগে।

- অদুদি ঐহাক অসোম কাদ তূম্মুরগেকো।

- ঙাইখো চংখিনু, পুরমাগী খুদাঙ পায়দুন খাম্মী। মনাক্ত ফমহল্লি, অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদ নহাক্ন ঐবু থাদোক্লমদুন ইতোমত তূম্মু হায়রিব করিগীনো ?

- তামো নহাকসে ৱা কারন য়াম্ন ঙাঙলক্কদৌব মাল্লি।

- পুমা নঙন ঐবু তসেংন নুংসিবরা ?

- ঙসিখক্ত ৱাহঙ অদু হংলিব করিগীনো ?

- অদু ওইরবদি নহাক ঐগী নিঙব থুংহল্লু।

- অসিগুম্ব তাঞ্জাসে নহান মখে ঙাইদুন লৈরকপরা ?

- নহাক্ন ঐবু লান্ন খল্লে।

- লান্ন খনবগী ৱা নত্তে, ঐ ঙমলোই হায়রিসিনি। ঐহাক্তী ইতোমতনি। লৈকায়গী মীনোক চঙলক্কনি।

- লৈকায়গী মীনোক্ন হেল্লবদি হায়য়ু পুমা নহাক্ন নহাক্কী রামেস্বরবু নুংসিদে হায়ন।

- নুংসি হায়নিংঙাই লৈতেন থরাইদগীস হেন নুংসিজ্জ অদন কৌজ্জিজ্জি

মতমদো ৱাৎলি। নঙদি নিপানি, ঐন নুপীনি, মতমদুদ ঐনা ওইরক্কদব ফিভমদো ঐ খাঙব ঙমলোই।

- রামেস্বরন হিংলিঙে মালেমদ ঐন ঐগী পুমাবু থাদোক্কদব লৈতে।

লাকও, সাউরনু হায়ব - ঙসিদি ঐখোয় অনিগী লেঙদব নুংসিবগী খূদম থম্লসি। সোয়দন মহে য়াল্লক্কনি খল্লি। রামেস্বরগী অনিঙবদ পুরমান অমুক হন্না য়েৎখিদরে। অহিংঙদো খঙহৌদন নোং ঙানখি। পুমাদি অহিংঙ চুপ্প তুমখিদে। চীংখৈ হুল্লকপদ অদুম্মক হৌগৎলে। ৱা ঙাঙদে, তৃমিন্ন অদুম্মক লৈ। রামেস্বরন ঙাঙব হৌরকই -

- করিগী কপলিবনো অঙাওবীসিদি

- ঙাওরে, ঐহাক ঙাওরে, মতম অমগী নহাক্কী পুমা ঙসিদি নৎতরে।

- তুমিন লৈয়ু মী তাখিনি। কপকনু, নঙদি কপ্প পকচদে।

- নঙগীদমক ঐ লৈরি, ননাক্ত লৈরিব ঐসে কনানো ? ঙসি অয়ুক অঙনবদ থবক অমা লৈ, চৎলগে হোরেন নুমিদাংসু লাক্লরোই। ইমান্নব অমগী ঙসি লুহোংবনি। করিগুম্ব ঈমা লাক্তব তারবদি অঙাঙ অমা থারক্লুন ঐবু কৌহল্লকউ। চৎলগেকো। কপকনু। ঐখোয় অনিগীসু কুররোই। পাবুং হল্লকপ ঙাইরিবনি। থবক ইনখাঙ লোইসিলহৌরো। ঐ চৎলে।

রামেস্বর চৎখরে, মান চৎখিব মায়কৈদ উরিব মখৈ য়েংদুন লৈহৌই উরিব মখৈ য়েংজনিংবনি, অদুবু থিংব য়াদ্রব পিরাংনা থৎখিবন উব ফংখিদরে।

নুমিৎতুদগী পুরমা তুফক তুফাই চনখরে। মমান মসা ঙমদবরা হংই, করিসু তৌদে হায়ন খুম্মী। নুমিৎ হুয়ি মরিনিদি রামেস্বর পুরমাগী মনাক্ত লাকখিদরে।

নোংমা ইথা থাজদন নুমিৎ হেক তাখিবগ রামেস্বর পুরমাখোয়দ লাকই -

- পুমা পুমা নুমিৎ তারগ কদায় চৎখ্রিবনোনে ? পুমা মহাক্তদগী খুন্নকই, তামো ঐ সিদ লৈরে, (পুরমাগী মনাক্ত য়াম্ন থুনা কাখৎলকই)

- করিগীনো মীনা কৌরগ খুমদ্রিবদি ঐদি লৈতবোই নিঙদুন কয়া কন্ন কৌরুরে।

- তাবগ খুন্নকলিবনে, নহান মখৈদি করি তৌরবা ?

- থবক খর চিন্দুন লাকপ ঙমদ্রব অদুননি।

- মীগী মচাদি থবক কনব হায়বসে য়াপোৎ নত্তে, কনান খঙব থবক চিল্লি হায়দুন ঐহাকপুসু নোংমদি পুন্সিগী ওইন থাদোকপিরম্বসু ...

- পুমা !

- করিগীনো অদুক কন্ন কৌরিবদি ? ঐহাক না পঙদে, নক্লসু লৈবি।

- নহাকসে নহান মখৈগ মান্নদে।

- লৈখোক লোয়ববী লৈরাং লৈমায়থক্ত চোইজাইনহৌব মুৎলমদাইগী মৈরান হাইন হুমন খাঙজব, লোইরমদাইগী পুন্সিন অমুক্তং কন্ন লাউবম্ব করিগুম্বদ তামোসু মদুগী ব্বারী তাখিব লৈত্রনে ?

- পুমা নহাক থম্মোই য়াম্ন পীকসিনব মাল্লি।

- হৌজিক্তি সিখ্রবসু নঙগীদমক্তনি। ঈমা ঈপাগীদমক ঐহাক পোৎলূম পুগদব নত্তে।

- পুমা ঐখোয় অনিন নুংসিনখিব কায়নসি, সিমিন্নসি হায়বগীদমক্তরা ? ঙসিদি ঐহাক নঙোন্দ ব্বা অমা হায়গে, করিগুম্বদসু কাউগনু, নঙন সিগে হায়ন খল্লকপ মীকুপত ঐবুসু নঙন হাৎপনি। ঐনথাজে, নহাক্ল সিবদ নহাক নতোমত সিব ওইবোই হায়ন। নঙ অমা মাঙনব হোৎনবদ অনি মাঙহনগনু। পুমা করিগীনো অদুগুম্ব পুন্সিবু করিসু লৈতন মাঙননব খল্লিব ? নঙগীদমক ঐহাক লৈরি। পুন্সি অসিন নহাক নত্তন কনাগুম্ব নুপী অমবু খল্লকখিব

লৈতে। অরোয়বসু নহাকনি। 'গল্প' থক্ত সাৎলিবা লৈরাং অমত্তসু নাপ্পদ চিনগে হায়ন খল্লুদে, থম্মোয়ন খোয়দারুদে। নিংথৌকোনগী লৈরাং কয়াসু পুক্লিংন খোয়রাগুলুদে। পুমা নঙবু ইনাক্তগী মীকুপ অমা লাপথ্রগনি খল্লুব মীকুপত অখাক অরাও লিসিঙ তাবদগী হেল্লি।

- মতম পুম্নমক্ত নঙগীদমক -

- ফরে, ব্রারী খরা সান্নসি, নুংঙাইতব অমুক খল্লুনুকো। বি এ সি গী অরোয়ব চাংয়েং নকসিল্লক্লে। কন্ন হোৎনৌকো। ঐ নোংম অমুক লাক্কে।

- চাংয়েংগী অরোয়ব নুমিৎতা রামেস্বর পুরমাখোয়দ লাক্লম্মী, কনাসু লৈরমদে। পুমাগী কাদ চগুদুন মোন মখাদ চে অমা থনল্লগ য়াম্ন থুন থোকখিরম্মী।

ঙাইহাক কান্নরব মতুংদ পুরমা হল্লকখি, ফি-রোল হোংদোক হোংদোক্ল মহাক্কী রামেস্বরবু নিঙসিঙলকই, নুংতিগী মতৌগুম মোন মখাদ খুদাঙ 'ঘড়ী' অদু থমগে হায়দুন মোন হেক হাইগৎপদ, চে অমা লৈরমলিবদো উরকখি। লৌখৎতুন য়েংলুবদ রামেস্বরগী ওইরমলে। পুক্লিং তয়াং তসোইরকই, করিগী ঐহাক হল্লকপ ঙাইরমদন - কয়ামুক থবক চিনব লৈদুন ... খন্ন খন্ন পাব হৌরকই -

পুমা

নঙন মতম অমদ ময়েক সুদে হায়খিব নহাক্কী মিং অসে ঙসিসু কৌরিবনি।

ব্রাফম অসে ঐহাক নহান মখৈ কনাদসু হায়দোক্তবনি। ঙসিনি ঐন নখোয়দ লাক্কে, চাক চামিন্নসি হায়খিব, অদুবু পুমা ঙসিদি ঐহাক চৎপ তারে। নফমদ তাক্লমদন। নহাক্কী চাংয়েং থোইন অকায়ব য়াওরমলোই হায়ন খল্লী। নহাক্ল নহান মখৈ নখোয়দ লাক্তে হায়ন সাউবদো মসিগী মরমদ ঐহাক য়ূমদ নিংথীন লৈতব কুইরবনি। ব্রারৌনুকো। নফমদ তাকখিদরে, নঙোন্দ হায়দোক্লগে খল্লম্বনি, করিগুম্ব নঙন খঙগ্লগ নঙগী থম্মোই সোকপ

ব্রাহৈ কয়ান ঐ নঙবু থাদোক্লুন চৎপ ঙমলোইদৌরি। মদুন মরম ওইদুন ঐন নঙোন্দ হায়খিদবনি। পুমা ঐন নঙবু যূমদ পুসিন্দুন থম্ব য়াব মতাঙ থোকখিদরে।

ঐনা মতম অমদ হনখিব নুংসিগী চার সোইদন ময়োল চোংলক্কনি খল্লি। নিংথীন ঙাক সেন্দুন মপুঙ ফাব পাম্বী অমা ওইহল্লকউকো। মমিংমতংদি ঐন নঙগী নফমদ চেকসিন্ন সিন্নজরি। করিগুম্বদ ঈমাখোয়ন খঙলক্কবসু নহাক্ক সাউদনব তম্বীয়ু। ঐন ঙসি চৎলিবসে ইমা লৈবাক্কীদমক্তনি। নোংম নত্রগ নোংমদি ঐগী পুন্সিগী চিরব মীকুপত ননাক্ত সোয়দন লাকখিগনি। ইচাগী নুংসিব মসক য়েংলখিগনি। চৎলুখিগেকো।

নহাক্কী রামেস্বর

পাবদি লোইরে, অদুবু পুরমাদি অদুম্মক লেকথখরে। মমান মাগী নাক্ত চঙলকপদদি অরাবনি মচানুপীদি মসক লৌসিং অমত্ত য়াওদন লৈমায়থক্ত তাদুন লৈরমলে। পুবমাগী মমা লাইরিক হৈ, মনাক্ত তাবমলিব চেজেৎ অদু খুনগৎতুন য়াম্ন থুনা পারুই, অদুন লাউরকখি, রামেস্বর -

ঈমাগী ইবেম্মা নঙন তৌরমলিব অসিবু করি মতৌনোনে ?

\- মচাবুসু লায়কননৈ, মচিন্দসু সোল্লি, রামেস্বর ইমান নঙবু পোকচব ইচামক্কি খল্লুবদি অসিগীদমক ওইরেকো। অসিগুম্ব হকচিনব মরি লৈনরমগনি হায়বসে ইমাগী থম্মোইন থাজরুদবনি।

নচলমক্কি খনবীরমগদ্রা হায়রগ ....। ঈমাগী থব্রায়গী 'মনি' ঈমাবু করি ওইরসিনে পুরমা।

\- মপাবুংসু হৌজিক্তি ময়ুমদ লৈরে। পুরমা মসা ব্রাই সংখিদরে। আসামগী হোজাইদ মখূরা অমা লৈ। মমা মপান মুন্ন খল্লবগী তুংদ পুরমা মখূরাগী মনাক্ত থমখরে। মরুপ মপাঙসিংন হংলক্লগ হোজাইদ লৈব মীতৈ নিপা অমদ ময়ূম পানখরে হায়ন খুম্মী।

মীয়াম্ন হায়নৈ - অৱাংপসু লৈতেব অদুক ফজগ্রব মচানুপী অদো করিগীদমক হোজাইদ থাজগ্রিবনো ? মখোয়গী পাউখুমদি ফংখিদে। মতমন কনাসু ঙাইখীরমদবন পুরমা তেক্ত কায়দন মচানিপা অমা ফংজরে।

রামেস্বরগী মমিং লৌদুন মচাগী মিং রামেস্বর হায়ন থোনখি। নোংম নোংম হৌখি, অদুবু রামস্বরগী মপাউদি তাব লৈখিদরে। মচাগী মসক য়েংলগ পুরমা কনা খঙহন্দন লোন্ন কপচখি। অঙাঙদো চহী নিপাল ফারক্লে, মমাদ তত্তন হংজে ঈমা ঐখোয়গী পাবুঙ কদায়দ চংখি ? কৈদৌঙৈ লাক্কনি ? মহাক্কী সুংলাক লাক্তে, ঐখোয়বু নুংসিদমাল্লে। করি পাউখুমনো মচাদ খুমগদব ?

নোংম রামেস্বরগী মমা পুরমাখোয়দ লাকখি। পুরমাগী মমান রামেস্বরগী মমাদ ঈনম্ম কৌই। রামেস্বরন ময়ূম থাদোক্তুন চংলমদাইদ মাগী লাইরিক উপু মনূংদ য়াম্ন চেকসিন্ন চে অমখক থনম্মী। হন্দক্ত মনাওনিপান থেংনরকপনি। ৱারোন খৃদিংমক মমাদ লোইন তমখি। থৌদোক্তু সাংদন অসুম্ন ইরম্মী -

ঈমা

ঈমাগী নফমদ ঙসিদি নচান করিগুম্ব পোৎ অমখক সিন্নজরমগে। ঈমান চেকসিন্ন লুন থমজিনবীয়ু। পুরমা ঐগী পুন্সিগী অসেঙব লোয়নবীনি। ঈমান মাবু নমৌ অমা ওইন লৌসিনবীয়ু। পুরমাগী সোয় ঙামদন ফংজব মচাদো ঈমাগী নসুনি। মবুঙ মৌপ্বা কনা লৈজদ্রবী মহাক্তো ইমান লান্ন লৌবীগনু। ঙসিদি ঐহাক য়ূম থাদোক্তুন চংলবনি। মীয়ামগীদমক ঐগী পুন্সি কংথোকচরবনি। নোংমা ইমাগী নাক্ত লাক্তুন পুরমাবু ঈমাগী নফমদ সিন্নজরখিগনি।

নহাক্কী নচা
রামেস্বর

মমা মপান মুন্ন খন্নরবগী তুংদ পুরমাবু মমৌ অমা ওইন লৌসিন্নবগীদমক রামেস্বরগী মমা নোংমা পুরমাখোয়দ লাকখিরম্মী।

- ঈনম্ম, লাকথোক্তন করি থবক্কী ওইবীরবনো ?

- লাক্তব কুইরে হায়দুন চৎথোরকইবনি।

- লেঙসিনবীরকউ, ঙাইহাক পোত্থাখিসি।

- ঈবেম্ম পুরমাদুবু সুকলাক লাকখিদ্রবরা ?

- অহোয় লাক্তে হায়ব তারে, পাউদি অদুম্মক পীরকই, অদুবু হন্দক্তি অমুক চৎতনব থোকহনগনিসু হায়গুম তৌই।

- অঙাঙদুদি নিপারা নুপীরা ?

- নিপানি হায়রকই।

- মসক ফজরমগনি, মমিংদি

- রামেস্বর

রামেস্বরগী মমান খনখি, রামেস্বর হায়ব, ঈচাগী মমিংন রামেস্বর - থম্বল ঈনম্মন ঙসিদি নঙোন্দ ব্রাফম অমখক হায়গে হায়দুন লাকলিবনি। অদুন নফমদগী নিজগদৌরিবনি।

- ঈনম্ম করম্ব ব্রাফম ওইবীরবনো ?

- নখোয়গী তাদগ মুন্ন খন্নরবগী তুংদ ঐহাক নখোয়দ লাকলিবনি।

- ইবুংঙোসু লৈরবদি নুংঙাইগদবনি।

- ঈনম্ম ঐখোয়নসু ঙস্ব ওইরবদি নিজদ্রবসু করি তৌবগে অঙস্ব মতেঙ সোয়দন পাংজগে।

- থম্বাল ব্রাফমসে ঐখোয় খঙব কুইদরি। ইচা রামেস্বরন থম্নম্ব অইব চেদু থেংনরবতদ খঙলকপনি। ইচান পুসিল্লমদ্রব ঈমৌবু মীরায়ব নত্তে। খঙদবন তৌবনি। নখোয়ন ঐখোয়বু সাউগনু। ঐখোয়দি হান্নসু খন্নখিবনি,

পুরমাবু ঈমৌ ওইনবগীদমক নখোয়দ হায়জগে হায়দুন অদুবু ঈচান মফম খঙহৌদন চৎখিব অসিদ পাম্বৈমত্ত লৈখিদরে।

- ঈনন্ম তাকপীরিবদুবু

- চিংননিঙঙাই লৈতে।

- নুপীদি মপুরোইবগী অনিঙবগী মতূং ইন্ন হিংজব পুন্সিনি। মপুরোইবগী য়াথং য়াওদন করম্ন মপুরোইবন পুসিল্লমদ্রব য়ূম অদুদ চঙগদৌরিবনো ?

- অদুগীদমক ওইরবদি থম্বাল মমা ঐন য়ারিনে ? ঈচান সিন্নরম্মী, মমা ঐগী ঈফমদ ঈমৌবু লৌসিন্নবগীদমক খঙলকপগ লাকলিবনি, নহান মখৈ হায়রদ্রে হায়দুন ব্রারৌরিবরা ?

- ঈচাগী ব্রা তাদনসু হায়ব ঙমদে, খন্নখিসি।

পুরমা অরোয়ব ওইন হোজাই থাদোক্লম্মগ মণিপুরদ থোরকলে। অঙাঙদো চাউরে। চহী তরা তরুক মপুঙ ফারে। ক্লাস টেনগী অরোয়ব চাংয়েং পীরম্মগ থোক্লকপনি। মীপুম খুদিংমক্ল হায়নৈ পুরমাগী মচাসে রামেস্বরগী মসক্ক য়াম্ন মান্নে। খেৎনরিব হায়ববু নাতোনগ পীসুমগ পুরমা মাল্লি।সবান্দ খূৎত খঙদে, খঙদব মীনদি রামেস্বরনি হায়ব ফাওব য়াওই।

রামেস্বরগী মমা মপা থেংনবদ পুরমা হায়ফেৎ কোইবগুম তৌই। কৌনবদি অদুম্মক কৌনৈ। মহাক্তী পীক্লিঙৈদগী রামেস্বরন তাকপী তম্বীদুনত লাকই। মখোয়দসু অয়াম্ব লৈ। অদুন রামেস্বরগী মমা মপা, ঈমা পাবুং হায়ন অদুম্মক কৌই। অঙাঙ ওইরিঙৈদ রামেস্বরগী মমান লকনৈ, পুরমাদি হয়েং চাউরক্লগ ঈমৌ ওইগদৌরিবনি।

রামেস্বরদো পুনেদ এম এ সাইন্স তম্লুরগ কলেজ লেকচরর অমা ওইদুন লৈরিবনি, অদুবু মীয়ামগীদমক থব্রায় লূপখিবন পুন্নমকপু থাদোক্লমগ চৎখিবনি।

- ঈমা পাবুঙ কদায় চৎখি ? মসক অমুক্তদি তাকপীয়ু কৈদৌবগে ?

মমাগী পীবুকনুংদ লৈরিঙৈদগী চৎথ্রব মপাদুবু নোংমতসু লাকপ নত্তন মদুদ করম্ন মসক তাক্কদৌরিবনো ?

পাম্বৈ লৈত্রব মমান - লাংতুন থমলিবা রামেশ্বরগী মমি সত্তমদ মচাদ মসক তাকখি। মপানি খঙজব মীকুপত মপাগী সত্তম্নু কোল্লগ কপখি, অদুগা হায়খি - পাবুঙ নহাকপু কদায়দ লৈবগে ? অমুক্তদি লাকউ কৈদৌবগে। নচাবু নুংসিবীদ্রবসু লাইবক থীবী ঈমা লৈহৌরি কাউরবরনে ? পুম্সি চুপ্প পাবুঙগী সকফমদো উদন মপোক অসে অসুম্মক কায়নরগদ্রা ? ঈপাগী খোঙ্গুল লিজরুগে, নচাদ অমুক্তদি তাকপীয়ুনে ঈমা।

- ঈমাগী ইবুংঙো ঈমাবু করি হায়ন খুম্মুগে।

- কবিগী চিংনবীরিবনো ! অখাকপ লৈতন হায়দোকপীয়ুনে।

- নোংমা সোয়দন হায়গে।

- নোংম কযা হৌখ্রে, ঙসিদি অদুগুম্ন নোংমদো নচান অমুক ঙাইররোই।

মপাগী অসেঙব তাকত্রিমখৈ করিগুম্বী অমত্ত চারোয় থকলোয় হায়দুন সিখাঙ খাঙখি। করি অমুক হায়গনি। মপুরোইবগী অসেঙব সত্তম তাক্কদুন মচাবু মখুৎমক্ল অসীবগী খয়াংত লংসিল্লগনি। ফন থেম্মী, অদুবু করিমত্ত চাউ থকউ য়াব লৈখিদরে। মচানি মরিঙজেল খাব মতৌদুদ য়াররোই খনদুন পুম্সিগী হৌখিব ৱারী খুদিংমক মচাদ লোইন লীখি।

ঈমা ঈচাগী ৱারব পুম্সিসে নহাক্তী উরিরোইদো. নচাগী মসক য়েংগনি হায়রম্বদাই, নচা চাউরে, লাকলোগব। নপা নচা নসক খঙনবগী মতম ওইদ্রিবরনে ?

ইমা করিগী কপলিবনো ? নচা চাউরে। পাবুঙ সোয়দন লাকখিগনি। পাবুঙগী খোঙ্গুল লীকুগনি। ঈপাগী মহুৎ সিন্দুন নচান চংখিব ঙমগনি।

- ইমাগী ইবুংঙো হায়হৈদে।

- ঈমা - ঈমা লৈবাক্কীদমক পুন্সি কৎথোকচবদি চঙন লাইহৈবক কাবনি। পাবুঙন চৎখিব মতমদদি ইমাদ তাক্লমদে হায়ব নত্রা ? করিগুম্বা নচান চৎপ তারবদি ঈমান নচাগী লম্বী তাকপীয়ুকো।

মচাগী লীংজেল খাবন করিগুম্বদ মপাগুম্ন চৎখিগদ্র কন্ন চিংনজে। পীক্লিঙৈদগী মমা লৈবাক্কীদমক পুন্সি কৎথোকখিব অথৌবসিংগী লাইহৈরিক কয়া পারকই। অদুগ লৈবাক্কী ওইব ব্রারী কয়াসু ইদুন থমখি। লৈমিন্নদ্রবসু মপাগী মচানি হায়বদ চপ চানখি।

মচান চহী ১৮ সুব মতমদ নোংমা খঙহৌদন রামেস্বর পুরমাগী মনাক্তা লাকখি। নুমিৎতো মাগী চিরব মতমনি। মমা মচান মপাগী মরমদ ব্রারী কুইন সানরল্লগ তূমথখিবদ ঙায়রিবনি। মায়োক্লব পুন্সিগী লানফমদ ঙসিদি রামেস্বর মায়থীরে। মখোয়গী কাঙবুন খুদোংচবদো ব্রাৎখিবন মায়থীরকপনি। চিরব খোঙফমগী তুরোই ঙাম্লোইনরক্লব মপুন্সিগী অরোয়ব মীকুপসিংনি।

তাঞ্জাদো পুরমাগী মঙলান্দ রামেস্বরন অঙৌব ফিজোল শেৎ ইন্দুন মহাক্কী মনাক্ত লাক্কুন চৎসি হায়দুন হৌরম্মী। মীকপ খঙথোক থোকই। অহানব কৌবদি তাহৌদ্রে, অকোনবগী মপুঙ ফাব মিংদ তারকখি। মসাদ হুমাং কায়। খোঞ্জেলদো কদোমদগীনো ? পুক্লিংসে লৈতাদেদ অমুকসু কৌরকই, য়াম্ন ব্রান পুরমালতা - নহাকপু তাদবরা ? ঈমা ব্রারেদকো। পুরমা, থুন হৌগৎলি। থোঙ হাংদোকই, থোঙজিন্দ রামেস্বর ঙাদুন লৈরম্মী।

- ঈস ! করি মতৌনো তৌরিবসিদি ইমুঙদ চঙসি।

ব্রারী সান্নব অদুদ মমা মপাসু হৌগৎলকলে।

- ঈচা কদায় লৈ ? ঈচাগী মসক য়েংগে।

- তুমথখিবদ ঙায়রি, হৌদোকচরক্কে। ঈমাগী ঈবুংঙো নঙগী পাবুঙ লাকএ, হৌগৎলোনে, নঙবু তারবরো ?

- করি হায়ব - পাবুঙ লাক্লে হায়ব কন্ন কৌরকই পাবুঙ

- ঈপাগী ঈবুংঙো, লাউ ঈপাগী নাক্ত ঈচাগী নসক অমুক্তদি য়েংগে ?

- চঙসিল্লক্কুন মপাবু খুরুম্মী।

- মচাবু নুংসিন নানবী, অদুগ ইপাগী ইবুংঙো নমাগী মনিং থুংহল্লুকো, নখোয় ঐবু ব্রারৌগনু।

- পাবুঙগী য়াথং ঙাকপ ঙমজগে।

- পুমা চৎলু, ইমাখোয় কৌরুচো।

- করিগীনো অসুক তহান -

- থিল্লেনে পুমা ।

- মপাবুংন রামেস্বরগী মমা মপা কৌব চৎখি।

নকপনিন য়াম্না থুনা লাকই।

- করি ? ঈচা লাক্লে হায়ব ঈমাগী ঈবুংঙো, ঈচা কদায়দ লৈবগে ?

- ঈমা নচা সিদ - (ব্রা মখা তাব ঙমদন)

- ঈমাগী ঈবুংঙো য়ূমদ লাকপদি করি তৌবগে ?

- ঈমা ঈচাগী নুংসিব মসক য়েংনিঙবন সিদ হান্ন চঙজরম্লবনি।

- ঈমা

- হায়য়ুনে ঈমাদ -

- ঈমা ঙসি নচাগী অরোয়ব নুমিৎনি।

- করিনো হায়বীরিব ব্রাফমদুবু

- পুমা - কপকনু, নখোয়ন অমুক খাম্ব য়াররোই।

- ঈমাগী ঈবুংঙো -

- পাবুঙ (কপ্প)

- ‘ঐহাক চৎলগনি, পুরমালতা’

- করিগী অদুম্ন হায়বীরিবনো ? অসুক কুইরবগী তুংদ

- পুমা ঐন নফমদ হায়রমদ্রা ? নোংম নত্রগা নোংমদি ঐগী পুন্সিগী অরোয়ব মতমদ সোয়দন লাকখিগনি। ঐন নফমদ হায়রমগদব হায়ববু নচা অসে ডাক্তর তমহল্লু, অদুগ কনা লৈজদ্রব তোল্ল তারবসিংবু তেঙবাঙহল্লু।

মসে নহাক কাউব য়াদেকো। পাম্বৈ লৈত্রব মীওইবসিংন চৎখিব মতমদ ডাক্তর কয়ান থীন ঙাঙলকখিব তেঙবাঙবীনব লৈজদ্রবসিংন থম্মোই খূৎতুম সুন সিখিব ঈপাগী ঈবুংঙো মখোয়গুম্ব কয়াগী পুন্সিদো কল্লকউকো।

- পাবুঙ নচান ঙম্নব হোৎনজরক্কে, অদুবু পাবুঙ ঙসি অহানব উনব মীকুপ সিমক্তদ নচাগী থম্মোইদ কায়নবগী মৈসা পীবিরমগদৌরিবরা ?

- ঈপা ঈচা নোংমত ওইরবসু নোক্ল নোক্ল লৈমীন্নবা ফংখিদবে। নোংদম্বন তাইওন্নবীরমলে। লাইবক থীরবী নমাসে নহাক্ল অমুক ব্রাহল্লগনু। আহ: ব্রাখ্রেদকো ঈমা

- ঈমাগী ঈবুংঙো

- ঈমাগী লমন নচান সিংব ঙম্লমদরে, নৌন সেৎন খাইনহৌরব ঈচাসে লৎনবীগনু, মমা মচা লৌসিনবীয়ু। পুরমা হয়ুম হ..।

মীকপ মীরাওখোলতন ঈমুং অদো পুমনিন নিনখি। রামেস্বরগী মমান মমা মচাবু ময়ূমদ পুসিননিংখি, অদুবু পুরমান য়াখিদরে। মপাগী য়াথং মচান ঙাকখি, ডাক্তর ওইখি, মীয়ামগীদমক মতেঙ পাংখি। য়াইফ কোনদ পোকচরকপী পুরমালতা নৌনা চৈনা পীবিরম্মী, নুংসিবনা। কুইরবগী তুংদ নোংমা ইখঙ খঙহৌদন কায়নবগী পোৎলূম থোঙগৎপীখি মকোকথক্ত।●●

(চৈচৎ : ০৬/০২/৪৭)

# পোৎলোয়বগী মৈখূ

- ইনদোমচা ঐ যাম্না ৱাবে। পোথাফম লৈবক্রে।

- ঈবেম্ম !

- হৌজিকপু অমুক কবি খল্লুখিনি।

কবি খঙ্গনি। ডাক্তবন নঙবু ফনব লায়েঙলিবসিদি। মাইব-মাইবী পুন্নমক্ল লাই খুকুন্নবনি, নঙগীদমক।

- ইনদোমচা কান্নববোই, সেল তিংননবনি।

- কবিগী অদুম্ন হায়্রিববনো? নহাক ফব ঙাইবিবনি। নঙগী লুহোংব নুমিৎ লেপ্লর্বনি। বোমেসন নঙবু নাব ফবববা তত্তন হংলকলিবনি।

- বোমেসন হুম, ঐ থাজদে, নাব ফররোই ।

- ঈবেম্ম !

- ঐহাক বোমেসক অমুক্তং উনব পামই। নহাক নাব ফব ঙাইরিবনি, লুহোংনবগীদমক।

- ইনদোমচা লুহোংবগী ৱা তোঙান্ন থমখিসি। ঈমাদ হায়বীয়ু, ঐহাক রোমেসক অমুক্ত উনজগে।

- করিগী তহাবিবনো ?

- ইনদোমচা য়েংউ, ফজদরা অতিয়াসে তারমদাই কৌরৌগী ঙঙ্গান্নব মচুন তাইবং পুম্ববু নিংথীজহল্লি। অসিগুম্ব মতম অমদ রোমেসক ঐগ ইহান হানব ওইন উনখি।

- মফম কদায়? অদুগ মহাক্ল করি হায়খিরম্মী। ঐগী ইসক ইতৌ ফিভম পুন্নমক অসিন মহাকসু সুমহৎখিবগুমই ।

- মখাদি -

- মতমদো ঐগী ক্লাস আইটকী অরোয়ব চাংয়েং পীশ্রব মতুঙনি।

- করম্ন উনখি ?

- মখোয়সু নুমিদাংবাই কোয়থোরকপনি, ঐখোয়সুনি।

- মতুংদদি অমুক উখিদ্রবরা ?

- উনখি, মহাক্ল ঐগী লৈফম অসেঙব খঙব ঙমখি।

- মহাক্ল জোনষ্টোনদ অদুগা ঐন তম্ফাসনাদ তমখি। অদুবু ইরাঙগী কৈথেলদি নোংমত কারকখিদে।

- ইবেম্ম !

- ডি.এম. সাইন্সতা ঐখোয় অনি পুন্ন তম্মিন্নরকখি। মথংদ এম.য়ু.দা পুন্ন অমুক চঙমিন্নখি। অরোয়ব চাংয়েং পীরল্লগনি ঐখোয় অনিন... ওহ: ইনদোমচা ঐ য়াম্ন ৱারে।

- পোখারো। অমুক মখা তারগনু নসাদো য়াম্ন চোকথরে।

- নোংমদি পুল্লিগী ওইন পোখারগনি।

- ইতৌমা, লকসমীদো অমুক হেনজিল্লক্লব মাল্লি। ঙরাঙসু চে অমা য়ৌরকই। য়ারগদি তামোখোয় পাবুঙ অমদি ইমাদগী য়াথং অমতং পীনবীয়ু।

- ইবুংঙোবী

- ইতৈমা ঐহাক মঙ য়াম্ন নুংঙাইতে। ঐন থাজে মহাক ৱারে।

- হেরা মঙগী ৱাবু মকু মঙ হায়বদুনি।

- নত্তে, ঐগী থম্মোইন য়াদে। ইতৈমখোয়সু খঙলিবদুনি, লুহোংবগী মতম অনিরক সুরে য়ৈথোকরকপ। মহাক্ক হায়রম্মী, য়ুমসিদগী চৎলমদাইদ -

- করি হায়ন ?

- ঐহাক হন্দক্তি করিগুম্ব অমা সোযদন থোক্লগনি খল্লি ।

- ঐন হায়খি - "ঐখোয় অনি লুহোংবগীনি।"

- মদুগীদমক্তী ওইসনু ।

ইতৈমা মাগী খঙজবী অমদি লৈবনি, মসাদ থোক্লগদবসে খব হান্ন অদুম হাগব ঙম্বনি। নোংমসু ঐগী পুল্সিসে মহাক্ক কনবীরকখি।

- মতৌ করম্ন ?

- ৱাফম অদো ঐহাক য়ুমদ কনাদসু হায়দোকখিদ্রে ।

মতম অদো ডি. এম. দ তমলিঙৈ মতমনি। গৌহাটি হায় কোর্ট মপাদনি। ঐখোয়ন সাইকল থৌরিঙৈদনি। মাঙদ জীপ অমা য়াম্ন কন্ন থৌরকখি।

- য়েংউনে রোমেস আদগী জীপ অসিন থৌরকলিবসে, মমায়সে য়েংউ, মাগী চাকা অসে করিনোম তৌদ্রা ?

- অস, নঙসিদি চুম্নদুম থৌজবসি ফাওব নঙন হেক উসিনবী, লাপ্ন থৈদোকসে, করিসু তৌরোই। অদুবু খঙহৌদন জিপতো ঐখোয়রোমদ খংহেন হেন্ন কন্ন থৌজিল্লকখি, মতম অদুদ লকসমীন ঐগী সাইকলদ কন্ন মাঙলোমদ ইনলকখি, অদুগ মহাক্ক -

- ইবুংঙোবী !

- য়াঙন থৌরকলিব জীপ অদুন মসা অমদি সাইকল পূন্ন চেনখি।

- অদুদগীদি

- মহাক য়াম্ন থীন সোকখি, অদুবু ঐগীদি য়াম্ন সোকখিদে। গাড়ি অদুসু অদুম্মক খামলে। ই, ই, প্রেমকুমারগীনি। নুমিৎ অদো মহাক মসামক্ত থৌরম্মী। মাগী জীপতুদ হোসপিটালদ অদুম্মক পুখৎলে।

- নুমিৎতো ইতৈমা লকসমীন ঐগী সাইকলদ ইল্লমদব তারগদি

- নহাকন হেন্ন সোক্লমগনি।

- অচুম্বনি ইতৈমা ! পুল্লপ অদুম থৌমিন্নরল্লবদি মহাকসু সোকপদি য়াই, অদুবু ঐদি হিংবগী ৱা লৈতে।

- অদুদি প্রেমকুমারন লকসমীবু ফনব লাইয়েঙখিবরা ?

- য়েংখি, প্রেকুমার মতমদো ময়ূম পান্দরি, হৌজিকসু পাখঙ ওইরি। মহাক্তী জীপন সোক্লবসু মহাক লৈথোকখিদে। অরোয়বদ মাগী পুন্সিগী ওইনননবগীদমকসু হায়নখি।

- লকসমী !

- মানদি য়াখিবরা ?

- য়াখিদে।

- মাগী পুন্সিগী ৱারীসু প্রেমকুমারদ লিখি। অদুগ হায়খি, ঐগীদি ইবুং অনি সুজদে, অনিশুব ইবুংনি খনজগে। প্রেমকুমারন মাগী মরাল ঙাকপীয়ু হায়জখি।

- নোংদম্বগী খুৎসেমনি, মীওইবগী পুন্সিবু সোয়দব ঙম্বরা ? ঐন লানবসু ওইরম্ব য়াই, অসুম্ন লকসমীন হায়খি। ঈং তপ্পবী মীগী থম্মোই সুমহৎপ ঙম্বীদো কনাবুসু মপুকনীং সোকহনখিদে। ইতৈমা

মহাকপু ননাও ঐগী ওইজবা ফংবদি লাইরৈবাক খুৎন লাম্ব ফংবগুমনি। ঐগী পুক্নিবুদি মহাক্ন কনবীখি, অদুগ মহাক্কী ঙসি অসুক য়াম্ন ব্বারব মতমসিদ ঐন নোংমত চৎলুদবসে চুমলিবরা ?

- ইবুংঙোবী ! ইতৈমা ব্বা হায়গে, মুন্ন তাওকো । ঐখোয়সু খন্নদব নত্তে, অমরোমদ অমুক চেনদ্রিঙৈগী মতমদ ওইরগদি নহাক্ন চঙলুবদ করিসু খন্নরোইদবনি। নঙন চৎত্রবসু ঈমা পাবুং নয়াম্বসিং নতৈ-মখোয় লোইনা চৎলিবসিদি। ঐখোয়সু খঙই, মহাক্কী ফিভম সোকলে। লকসমীন ঐখোয়গী ঈনাও অমা ওইন ফংজবদ নয়াম্ব তরুক্ন কয়ামুক হবাওজবগে হায়বদো নঙ খংলমদব য়াই। নখোয় তামোচৌন তিন্নরিব দাক্তরদো হয়েং অয়ুক অঙনবদ কুমারগ চৎলুরো হায়বনি। ঐখোয়সু লকসমীগী লায়েঙবদ য়াওদব নত্তে। ঙসিসু ঐহাক নখোয় তামোচৌগ চৎলুবনি। নুংসিরবী ইনাওদুগী সকফমদুদি মাঙব লৈতে। খরদি ময়েং তাহৌরে।

ঐখোয়ন চৎলমদাইদ কপহৌই, মহাক্কী চিনবান্দুন হায়হৌই, ঈমা পাবুংবুসু খুরুমজবকই তন্বীয়ু। ঐহাক লুহোংখিগনিকো । ঐন খুন্নন্মী করিগী হোঙদনি। অপঙবী সিদি কক্পকনু, হয়েংদি ইবুংঙোবীসু লাকহনগে। ব্বাখল চাওথোকউ। পিরাংন চোৎলব মায়থোং অদো চোকথরব মখুৎ অদুন ব্বান তৈথোকপ উরুবদ ঐন তৈথোকপীরন্মী, নঙগী তামোচৌন হায়রন্মী নাব ফরোকো, হয়েং নুমিদাংব্বাইরম ঐহাক দাক্তর পুদুন লাক্কে। ইবুংঙোবী ঐখোয়সু মীওইবনিনে, থম্মোই পাল্লিব। কনান নঙগীদমক ব্বাদব য়াওই, লকসমীগীদমক খন্দব য়াওবরা ?

- ওকলে, ঐ অমুক মখা তানিঙদরে। ঙসিদি চৎপ য়াদবর ? পুক্নিংসে খোয়রাংখ্রেদ।

- লকসমী ঐবু নঙগী নসক উদন অদুম্মক কায়নরগদ্রনে। ঐ লাক্কে, নঙগী ননাক্ত সোয়দন লাক্কে।

য়ৌহননিংব নুমিৎ ঙাইহবদ চহী চা কয়া হৌখ্রবোই নীংই। য়ৌরকপদদি

অমুকসু হেনদোকখিগদৌরে।

ঐন পীখিব চে অদো নুমিৎ ৭কী মনুংদ হায়খিবনি, অদুবু মহাক্তী লাক্লে। ময়াম্বসিংন লাকপদ মহাক্ল করিগী য়াওরকত্রিব।

- ইবেম্ম পোখারো কৈদৌবগে নহাকসু। হয়েংদি য়োইদন লাক্কনি হায়রমলেদন ।

- ইনদোমচা, ঐগী ফিভমন অসি য়ৌরবদ মহাক্ল চৎনবীবু কিরি। ফৈ লাক্তসনু, থম্মোয়ন অমুক ৱারৌররোই। ইনদোমচা ঙসিগী অহীং অসিন নোং ঙানখ্রগদি ঐহাক নাব সোয়দন ফগনি। ঙসিগী অহীং অসিন নোং ঙানখিব, ঐগী থৱায়ন নখোয়গী ননাক্তগী চৎতবা ।

- মেম্মা করিনো নঙন ঙাঙলিবদুবো?

- ঈমা-ঈমা হায়ন নচান কৌজবদ ঙসিদি নচাগী থম্মোয়সে পেনখিদ্রেদা। ফক্লাং‘ঘড়ীন’ ১২ শুব মসিঙদ লৈরকলি, অদুগ ঐনা -

- করিগী কপলিবনো ? ঈমা লৈরিসিদি।

- ঈমা হয়েংদি ঈমান চাক থোংউকো । ঐ চাক চাগনি। ঈমান থোংব চাক চারবদি ঈমা ঐহাক নাব ফরনিকো ।

- ঈনাউ মরী, তামোচৌ অমদি মদোম য়াওজব ঐগী পীক্লিব ঈপৱা-নচা ৬ লৈহৌরিকো, ঈমা ?

- মেম্মা ঈচা ৱারমলগনি, পোখারো । অহীং অসি থেঙলে।

- ঈমা পোখারগনি, নহাক্কী নচা লকসমী মতম পুম্বগী ওইনা মালেম ঈমাগী তম্পাক্ত পোথাজব ফংলগনি খল্লে।

- মেম্মা - নঙবু তোকলোব, ঙাঙলগনু করি তৌবগে ঈমাগী ঈবেম্মা।

- ঈমা রোমেসকী ঈমুং মনুঙগ ঐখোয়গ মতম চুপ্পগী ওইন মরি তৎনগনুকো। তৎনদনব নহাক লৈদৌরিসিদি।

- ঈমা, ঙসিদি রোমেস লাক্লরোই, হয়েং মান লাক্লগ নচান খৌরাংন ঙাইজরম্মী তম্বীয়ুকো।

- ইবেম্মা !

- করিগী ঈমাগীমীৎলুদগী পিরাং - নচা লুহোংলগনি হরাওখিবদাই। ঈমা রোমেসতো অপোকপ নচামক্লি খনবীয়ুকো। মহাক্ল হয়েং লাকপদ তরাম্ন ওকপীয়ু।

- ঈমাগী ইবেম্ম !ঈমাবু করি হায়ন হায়বসিগে লকসমী। ঈমাগী থম্মোইসে পুব য়াদরেনে।

- ব্রারেদকো ঈমা উজনিংব মসক উব ফংদরে। লাইবক ফবী পুকফবী নঙগী পীবুক্লুংদগী নুংসিবী পোক্লফম লমদম ঈমাগী মতম্বাক্ত সান্নজব ফংজগেকো, মপোক খুদিংদ পুকচেল তপ্পী ইমা নহাক্ল নচাবু নাউকোনবীয়ুকো। ঈমা ! ঈমা ! (ঙাঙন ঙাঙন খোঞ্জেল তপথখি)

ঈমাগী মেম্মা !

মীকপ মীরাওখোলতন ইমুং অদো পুমনিন নিনখি। ফাইরেনগী ১৪ নি পানব সগোলসেন নুমিৎকী নোংঙাললমদাই পুঙ অহুম তাব মতমদ লকসমীগী থব্রায়ন হকচাঙদগী মপান থোকখিরম্মী। তাইবংগী হরাও কুমহৈ পুন্নমক তুংওইনরম্নগ মপুগী খূয়াদ তিনখি। মাগী অরোয়ব মতমদ মখূৎত চে অমা পায়বম্মী - পাদুন য়েংবদ খঙলে, রোমেসত ইরম্বনি। রোমেসকী মমা মপান য়ারগদি মহাক্ল মৈ কোয়হনবীয়ু অসিনি।

অসোমদন কমদৌরি। লকসমীগী অরোয়ব মতমদ রোমেসকী মঙলানদ অঙৌব ফিজোলন লৈতেংদুন মখূৎত কুনদো পরেং পায়দুন লকসমীন মাগী মনাক্ত লাক্লম্মী। অদুবু খঙহৌদন লাকপ অকনব নোংলৈ নুংসিৎ অমন কুন্দো পরেং অদো হুমদোকখিরম্মী। কল্লব নোং নুংসিৎ অদুন মসাবুসু কন্ন কন্ন হুন্ব হৌরকখি। মীৎ মায় পাঙব ঙমদ্রব লকসমীন কন্ন কৌরকখি - রোমেস, রোমেস ঐ - যাম্ন ব্রাবে, ঐবু অমুক্ত কনবীয়ু, নঙগী ননাক্ত অমুক্তদি য়ৌহনবীয়ু।

- রোমেস ! রোমেস !

খোনজেল অদো কৌন কৌন অসুম্মক লাপথোকখি। অরোয়বদদি লকসমীগী মসক উখিদরে। রোমেসন ঐ লাকলে হায়বগী মওঙদ মখূৎ তিংথোক্লুনা কন্ন কৌরকখি- লকসমী !

চেক্কী য়ূমনি। অদুগী মথক্ত মথোলগী মথক্লি। খোনজেনদুন কা অদো পুম্ননিন নিনখি। খোঞ্জেললদু তাবদ ময়াম পুন্নমক হৌগৎনরকখি। ফমুংদগী চোংথৈ রোমেস । ময়াম চেনসিনদুন হানবন মাবু ফারে।

- লকসমী নঙন চৎলিবদু কদায়দনো ? ঐসু লাক্কে লকসমী (কল্পী) মালঙদ তাউবগুমই মসাদু ।

- ইবুংঙোবী, করিনো নঙন ঙাঙলিবদুবো ?

- তামোচৌ লকসমীদো !

- নিংথীন পোত্থাউসে।

- পোত্থাররোয়, ঐ মাগী মনাক্ত চৎলগনি।

- হোয়নে, চৎলুনে, অদুবু নোং ঙানব ফাওবদি ঙাইখিসি।

- নোংঙানবগ নোংলৈ নুংসিৎন কল্লব অমম্ব মরক্তুদ মহাক্ল চৎখ্রিবদুন কদায়দ ?

- কনাবুনো অমম্বদ চৎলিবদুবো ?

- য়াল্লব, সাংলব সল্লাঙ অদুন চোইজাইনন মায়থোংবু উপসিন অঙৌব ফিজোলন লৈতেংদুন ইনাক্ত লাকচরন্বী মহাক অদো নুংসি হৈতেদকো হে মালঙব ।

- ইবুংঙোবী, নহাক ৱখল অমা তৌরে। তারিবরা ? ঈসিং খজিক্তং পুরকউ। য়েংউ - ঐখোয় ময়াম লৈরিবসি উরেদন।

নোং খজিক ঙানথোরকলে, থোঙ্গালদ উঙাম (গাড়ী) অমা থৌজিল্লকই। উরমক্তদ খঙলে, লকসমীখোয়গীনি।

মপল্ঠোগী মচানি লাকলিবদো, লকসমীগীদি মৌপ্পা থোকই। ইবোচৌব মখাদ থুন কুমথখি। লাকলিব মীওই অদুগ বারী সান্নখি। খঙহৌদন মপী তারকই -

- ইবুংঙো ঐখোয়সু রোমেসপু হৌজিক অযুক লাকহনগে হায়দুন লোয়ন হৌগৎনরবনি। অদুবু মহাক্কী ঙরাঙ চৎকে হায়দুনা য়াম্ন কন্ন হায়জবনি, ঐখোয়ন ঙসি চৎলু হায়দুন খাম্বনি, ওষ্ঠোক্ক নিঙঙমখিদ্রেদ। ঐখোয়ন নমদুন উনহনদব তারেদকো। ইবুংঙো ঙাইহাক্তং লেঙসিনখিসি। ঐখোয়সু পূন্ন চৎকদবনি। বোমেসন য়ুমগী ফমুংদ ফমলি, মহাক্কী অকোয়বদ ইমুংগী মীওইসিংন তৃমিন তৃমিন লেপলি।

ময়াম্বগ চঙমিন্নরকলিব নিপা মচা অদু মহাক্ক হান্ন খঙব ওইবন কৌই-

- হায় দেবেন, নঙদি করিগী অসুক ঙন্ন লাকলিব ?

- তামোচা ইচেচৌন তামোচাবু খৌরাংন ঙাইহৌই।

(খোঞ্জেল অদো নিকখি, রোমেসকী থম্মোইদ চিংনখি)

- মহাকপু করি তৌরবগে ?

- তামোচা (বা মখা তাব ঙমদন লৈথোকখি)

- ইবুংঙো - লকসমীদো মসা নুংঙাইতে হায়হৌবরো ?

- ইতৌমা !

- হায়য়ু - হায়য়ু।

- তামোচা, সে মসি পারগ

- কদায়! করি হায়রকলিব (ঙাইঙমদন পারকই)

রোমেস,

খৌরাংন ঙাইজরম্বনি, য়েংনিঙব সত্তম উজনিঙব মায়থোং অদুবু ঐদি ফংদ্রেকো। মপুই নুংওন চিংজিনদ নুংসি মায়কৈ য়েংন ঙাইজরমগেকো। সমলাঙ অমন পামবৈ ওই, সমলাঙ অমন থোং ওই - লানমীন্নসিকো

লাইবক থীবীগ। তাইবং য়ালেমদ লোইসিনখিদ্রব নঙগী ঐগী নুংসি ব্বারী। মপুগী লৈকোলদ ফমদুন সামিন্নরুসি। ঙসিগী অহীং অসিতনি ঐন খোয়রাঙখিব অহীং অসিন নোং ঙানখ্রগদি ঐহাক নাব সোয়দন ফগনি, অদুবু থাজদ্রে। তাজনিঙখি, নঙগী তৌদ্রগী খোঙ্গেল। অদুবু অমুক ফংলরোই, ঐগী পুন্সিগী তাঙ্ককসু অহীং অসিন লোইখিবগ লোয়ননা লোইখ্রগনি খল্লে।

হিংলকখো, মতম মাগী য়াওল ঈরোয়নরকখো লমদম অসিগী ঈসিং নুংসিংকা। ব্বাজরমবদি থম্মোইন লকসমীগী পুন্সি ব্বারীবু লমদম অসিদ ব্বারীনহৌখিগদ্রা নত্রগন মতমগী ঈচেলদ লুপখ্রগদ্র ? ব্বাহঙ অসিতনি, মতম চুপ্পদ ঐন হংখিব।

ঐখোয় অনিগী পোত্থাফম লাইওইরব খোনাং পান্বী অদুদি অদুম্মক লৈহৌখিগনিকো। রোমেস, কয়ারক চেনজখিব ইপাউ ফংদবরা অমত্ত। ঐগী ফিভমন অসি য়ৌরব ফাওবদ নঙন চংনবীবু কিদুন লাকপ ঙমদ্রি। ফরে, থম্মোইন অমুক ব্বারৌররোই। ঐখক্তগী অনিঙব ওইখ্রব। অহীংসিন লোইখ্রগদি হংনিংব ব্বাহংসু তাব ফংলরোই। নংগী ফোঙদোকনিঙব অপাম্বসু তাবীনব লৈররোই।

রোমেস, ঐহাক নঙগী নফমদ থোইদোক্ল লানখিব লৈতবরা হায়ন খল্লি, অদুবু কনান খঙব, নঙগী থম্মোইন ঐবু ব্বারৌখ্রবরা ? ঙসিদি ঐগী লাইবক অমদি নোংদম্ব অনিমক তাইওন্নখ্রে। নহাক্কী খুয়াগী উফুল লৌজগে হায়দুনা ঙাইজখিবনি, ফংলগদি মদুমক নুপী ওইবীগী পোকপগী মহয় য়াল্লে খঙ্গরম্বনি, অদুবু মতম অসে থেঙজিল্লক্লে। নঙগী ঐগী নুংসি চাংয়েদ মায় পাক্লগনি খল্লুই, অদুবু ঐহাক মায়থীরব হায়দুরা ? কুমজা কয়া হৌখ্রবোই নিঙলুই মতম খরদং উনদবদ । ঙসিদি থম্মোইসে হায়নিংঙাই লৈতন হরাওই, নহাক হয়েং লাক্কনি, নত্রা ?

ডাক্তরন পোত্থারো তত্তন হায়, পোত্থারগনি। মতম চুপ্পগী ওইন-থম্মোইসে ঈংলগনি। হোদ্মুমীন্নরকখিব নঙ ঐগী নুংসি ঈচেল তোব্বান্দগীদি

লাপথোরক্লে, ঐ ঈরাক্লরে, পুল্লমদ্রব লমথুং অসিদগী নঙগী পম্বুং য়ৌনব হোম্বুখরো।

রোমেস নুংসিদ্রা ঐখোয় অনিগী পুন্সি নুমদাংবাইগী ঙঙ্গান্নব মসেক অমগী মরক্ত চানখীব মীংয়েং। সাউনিংব ১০০ লৈরবসু ইরালনি ঙাক্লকউকো। অচীকপ অহীং অসিদ লাপ্ন তারিব তৌদ্রী খোঞ্জেলন ঐবু তত্তন কৌরি।

ঐগী পুন্সিগী অরোয়ব মীকুপ অদু ফাওব নঙগী য়াইফব পুন্সি অমা মপু মাগী মফমদগী নিজবম্বনি, মসিমতংদি কাউবীগনু।

*নহাক্কী লকসমী*

পাবদি লোইরে, অদুবু করি ওইরমগনি, কন্ন খোঞ্জেল হৌন কৌরকই। লকসমী ! খোঞ্জেল অদুন কা অদো পুমনিন নিনখি। মমিৎ অদো অয়েঙব অমদ মুন্ন য়েংই, কপতে, নোকতে, অদুগ চৎকদবগী ফুক লাউন হৌগৎলি।

- ইবুংঙোবী কদায় চৎতোইনো ?
- ইতৈমা লকসমীগী মনাক্ত, কবিগীনো নখোয়ন ঐবু ফারিব ?
- চৎলবসু চৎকনি, করিগী অদুক ফিংলিবনো ?
- ফিংব ফিংব হা ! হা ! হৌন নোকই।

পাউ পুম্নমক খঙনরবগী তুংদ ময়াম পুম্নমক পোৎসীপোৎলোয়ব য়াওনব উঙাম অমদ পূন্ন চৎলে। থব্বায়ন তাইবং হকচাঙ থাদোক্লম্বী লকসমীগী হকচাঙ পোলাংন ঙাইহিরি মসাবী রোমেস লাকপবু মাগী অরোয়ব মথৌ মঙম পাঙথোক্লবগীদমক। সুমাং মতোন্দ রোমেস লাকপ উবদ অপোকপী মমা খোঞ্জেল হৌন কপ্লকই, মচাগী নাক্ত ফমদুন। কৌরকই - ইবুংঙো চঙলকউ, ইচাগী মনাক্ত য়েংলরো লাউনে তুমিন্ন নিঙাইদন হীপলিবসে, হায়ব ইনখিদ্রব ব্বারে তত্তন হায়রম্বী। নহাক লাক্কনি হায়ন

হৱাওজরম্বনি, লাউ মান হায়নিঙবদো করিনো হায়হল্লরো।

সারেপ কাঙদোঙ ফারবী মমোমন তাইবং ৱাংমলানখিবদ করম্ব মমাননো পুক্লিং তপথগদব।

রোমেস খুমদে, তুমিন্ন চঙসিল্লকই। কূপসিল্লিব ফি অদু মমায় ফাওব তপ্ন হাংদোকপী, মুন্ন য়েংই, খঙহৌদন থিংব য়াদ্রব মীংকী পি সিম্ফুরকই। খোঞ্জেল হৌন কৌরকই - লকসমী ! করি ওইরমগনি তিল্লম্লীব মীয়াম! রোমেসন মৈ কোয়খি, তারক্লরোই খল্লুব মীংকী পিসু মনিঙ তমখি। মহাক্তী 'পোংলোয়বগী মৈখুন' ৱাংন হাইগাংখ্রিব মায়কৈ অদোমদ য়েংদুন তূমিন ফমদুন লৈখি। মীকপ মীরাওখোন মহাক করিমত্ত নাচুংলুব লৈতে। হৌগংলরোই খঙলদুন লকসমীগী মবুংন মহাকপু থেমদুন পুখি। অরোয়ব ওইন হায়রম্মী 'লকসমী চংলোকো' মঙ্গারকপদ ৱা অমত্ত ঙাঙখিদে, অদুবু করিগুম্বদ খঙহৌদন সোল্লকই - লকসমী ! ঐ ইথন্ত ৱাহে অমত্তসু মপুঙ ফাখিদে।

চাব থকপগী ৱাখল চঙখিদরে, তুমিন্ন লৈবন মাগী হৈনবী ওইরকলে। লান্ন থৌরমসু লোইখ্রে। ৱা ঙাঙই খুমদে, চাক চাও হায়রুরবসু তুমিন্ন অদুম্মক লৈ, মমিংতমক য়েংই। খঙহৌদন হেক্তসু কৌরকই, লকসমী- মতৈমা অহল চঙলকই।

- ইবুংঙোবী
- হুম ! ইতৈমা কৈদৌঙৈ চংকনি ?
- কদায়দনো ?
- লকসমীগী মনাক্ত !
- ইতৈমগী ঈবুংঙো, করি হায়ন হায়বসিগে ইতৈমন।

ঙসিন ইতৈমসিং অমদি ইয়াম্বসিংগী করম্ব অকনব ৱারক চৈরাক!

- ইতৈমগী ইবুংঙো ! (কপ্পী)
- করিগী পিরাং ! করিগী কপলিব। নখোয়গী থম্মোইদু মিনুংসি য়াওবরা ?

- ইবুংঙোবী - ঐখোয়সু মীনিনে।

ওইদব ফজব চিনবানগী নমথাক্কী বাহে ঐ করিমত্ত তানিঙদরে।

মৈচাক খাঙব ঙম্লনব ঙসিদি রোমেস হায়নিংঙাই লৈতন মখল কয়াগী ময়ায়কাবা সিজিন্নব হৌরক্কে। মতৈমন মখুৎতগী লিক্লি মুল্লি, মহাক্না ঙমই, হেন্ন থকচিল্লি। তাঞ্জাসিদ কুমার চঙলকই -

- রোমেস !

- কুমার নহাক লাকলিবরা ? চঙলকউ।

- হোয় ইতৈমা ।

- ফম্মু, খঙদ্রে কুমার - করি হায়গদবনো ? ইতৈমা চা লোল্লুখিগে। ফল্লমখোকো ?

- ফনি ইতৈমা।

- কুমার নঙন অসুম লাকপদ লকসমীগী পাউ করি তারকই। মান ঐবু লাকতে হায়দুন সোয়দন ব্বারৌরমগনি।

- রোমেস !

- নঙসু খঙনি নত্র-নে ? ব্বারৌগনবী থম্মোই মিনুংসিতন থল্লব মাগী পুকচেল মোমোন্ত নোকপী মায়থোং ।

- রোমেস, মীওইবগী পুক্নিবু কনান তম্ব ঙম্বগেনে ? মালেমসিদ খোঙদারকলিব তাইবং থব্বায়সিং অসে অসীবগী লমন অমদি তোন্দুন লৈরব ঙাক্তনি। অকোন অহানতনি, কায়নগনি খঙলব মীওইবনি। কায়নবগী লম্বী অদুদগী কনানসু থিংব ঙম্লরোইদব।

কায়নসনু পুন্নমক অমত্ত খাক্তুন পুন্নমক খাঙব ঙমগনি।

- অদুবু রোমেস - পুক্নি হায়বসিদি অসি হাক্তনি, হৌগ্রবনি, তুংগীদমক খনসি। লকসমী নখোয় অনিগী পুক্নিন নোক্ল নোক্ল লেনমীন্নবদো ঐখোয়সু

পামদব নত্তে, অদুবু করি হায়গনি ? কনাদনো তাইনগদবসিবো। নুংঙাতে হায়দু করিনো তৌগদব।

- কুমারগী মমাঙদ ফত্রব ময়ায় কাবসিংদো হেন্ন থকচিল্লি, কুমারন খান্মী।

- রোমেস, করিনো নঙন তৌরিবসিবো !

- কুমার, মসিন ঐগী পুক্লিং ঈংননবনি, মসিদগী হেন্ন ফব অমা লৈতরে। নঙগীদমক পাবুং অমদি ইমান কয়াম ব্রাজব পুম্নমকসে নঙন খঙবীদ্রিব করিগীনো ? অমসু হায়গে, নঙন ঙসি ননিঙ তম্ন সিজিন্নরিব অদু নঙগী থব্রায় ওইরম্বী লকসমীন য়াখিরম্বর ?

- য়াখিদে, সুকয়া য়াখিদে।

- মদু নিঙসিঙলগ করিগী নহাক - নোংমসু নহাক্ল হিদাক থক্লগ চৎলুবদ লকসমীন করি ওইখিব পুম্নমক্তো নহাক কাউখিরমলোই খল্লি।

- ফরে তোক্লো করিমত তানিঙদরে। ঙসিদি ঐহাক কনাগীসু পাউতাক পামদ্রে। মতম অমদ ঐন হায়জবদ কনানদি তাবীখি। হৌজিক্তি ইতোমত তুমিন্ন হিংব পামলে, সিখ্রবসু ইতোমতনি। কনাদসু অমুক অব্রাব পীররোই।

- করিগী পীদনি ?

- কনাদ পীগদৌরি ?

- নঙগীদমক খনবদ ব্রাজরবী ঈমা, সোল্লব শাবুঙ ময়াম অসে ঙসিদি নঙতগী ব্রাখলদ হিংলিবনি হায়বসে নহাক কাউরমাল্লে।

- ময়োল তেক্লব লৈয়োন অদুবু করম্ন অমুক ময়োন চোংলক্কনি। পুম্ন মক অরেম্বনি, সেংনদ্রব ফিজোলগুম - অরেম্বদ তপ্লেকো। মান ঐবু কয়ামুক ব্রারৌরমগনি। অমুক্তংদি হংনিংলম্বনি, লকসমী নঙবু কমদৌরিবগে ? য়াম্ন ব্রারবরা ?

- রোমেস, পোখারো কৈদৌগে নহাকপো। ব্রাবন হেল্লনি হায়ব কাউথোকপা হায়বদো খরসু তমসি নিঙসিঙদুন অসুম লৈরবদি ঐখোয় করম্ন মী - ওইন হিংব ঙমগনি।

- নুংসিদ্রা ? অহাঙব অতিয়াদ মপাঙ কাইনরব চেক্লান নাইতোম্ন পাইরিবসে। করম্ব ব্রাখলদ করম্বা লমথুং যৌগে হায়দুন পাইরিব মহাক্ল।

- রোমেস !

- নুংসিরকই ঙসিদি ঐগীদমক খনবদ ব্রাজরবী ইমা অহল ওইরব পাবুং - তরেৎসুব অতোনব মচাগী মমৌ ফংলগনি খনবদ কয়ামুক হরাওজখিব - ওহ: ঙসিদি কয়ামুক থেৎনরব কয়াদ তাইওন্নরব। ইমা নচাদি ইমাগী লমন সিংব ঙমলোইদৌবে, নচাবু ব্রারৌবীগনুকো।

- ফরেসে, পোখারো। ব্রাখলদো অদুক য়াম্ন হস্থরিব করিগীনো ? ফরম্লদি নুংঙাইগনি, ঐন অসুক য়াম্ন নুংঙাইত্রবদ নঙন করি ওইরমগনি, রোমেস ঐ খঙদব নত্তেনে।

- নোংমদি ঐহাক নখোয়গী ননাক্তগী সোইদন চৎপ্রগনি।

- হোয়, ফরে পোখারে। মী হায়বসে অসি ঙাক্তনি, নতোমতগী নত্তে। নঙন অদুম্ন কারন য়াম্ন ঙাঙলক্লবদি ঐহাক নঙগী ননাক্ত লৈব কিগদৌরে।

- করিগুম্ব ঐন চৎপ্রবদি ইমান নফমদ সোয়দন হংলক্তনি, মতমদুদ নঙন খুমগদবদি "য়াম্না লাপ্ল চৎখ্রে, অমুক হন্নক্লরোই হায়রম্মী" অসিখক্তমক হায়বীয়ু।

- রোমেস ! (কপ্ল)

কুমার করিগী কপলিবনো ? ঐন থম্মোই সোক্ল কপখিব মতমদদি নখোয়ন থেমখিবদাই, হায়খিবদাই পুকচেন চাউথোকপ তমসি। কৎথোকপনি খল্লগ পেম্থোক্ল হিংসি। ঙসিদগী ঐহাক অমুক কপ্লরোই, তাইবংসিদ ঐন অঙাঙ ওইরিঙৈদ নুংসিন তিন্নজরকখিবদি নহাক্তনি। লকসমী

ঐখোয়নিগী নুংসি ঝারী খঙহৌবদি নঙতনি, করিগুম্ব হংক্লবদি কনাগুম্বন নহাক্ত সেংন খুম্বীয়ু নুংসিবদি অঙৌব পোৎসক অমদ কোক্লরোইদব মচ্চ অমন চেৎন সঙখিবনি। ঐন মাবু নংসিবদি ঐগী চীনসিদ ফোঙদোকপদদি ঝাংহৌরগদবনি। হকচাঙ পোলাং কায়নব্রবসু থব্রায় অনিদি কৈদৌনুংদ কায়নরোই। চৎলো, ঈমান য়ুমদ হল্লক্তে হায়রম্মনি, হন্দক মপোক অসিমগীদি ঐহাক মরুপকী লমন তোল্লবনি।

- নীংথীন পোখারো, চৎলগে, ইতৈমদ নহাক্কী চাক খর চাননব হায়রমগে।

- অদুদি ঙাইখো, কুইরদ্র ঐখোয় অনি চাক চামিন্নদব। ইতৈমন থোংব চাক ঙসিদি ঐখোয় অনি পুখম অমত্তদ চামিন্নসি। 'রোমেসকী মতৈমা অহলন থোংব চাক মখোয় অনি কুইরবগী তুংদ চাক চামিন্নরি। মমান কয়াদ হরাওমখিব। চাক চান চান কুমারন হায়খি - নাব ফরগ ঐখোয়দ অমুক চাসি।

রোমেসন খুমখি উম: অদুবু থম্মোয়নদি হায়রি, ঙসিন ঐগী অরোয়বনি। নখোয়দি খঙলিরোইদো।

চাক চাব তোক্লব তুংদ কুমারসু ময়ূমদ চৎখ্রে।

মতমদো নুমিদাংগী পূং ৯ মুক তারে। তূল্লমদাইগী মীকুপ খরদো রোমেসন খুদিংমকপু কয়াদ হরাওহনব, মতম কুইন নোক্লদ্রব মীনোক্তো মোমোন নোক্তন মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোই পেনহনখি। অদুবু মীনোক্তগী ঝাহল্লোক্কী কনানসু খঙখিদে। মমান মনাক্তে চঙলক্তন মকোক্ত নানবীরম্মী, ঈমাগী ইবুংঙো পোথারোকো। ঈচাগীদমক খনবদ ঈমা ওল্লোক্ল ঝায়।

অসুম্ম নুংসিন মচাবু থেম্বীরল্লগ তূম্ব চঙখি। অদুবু রোমেসতি লোন্ন কপখি, মমাবু উহন্দন তত্তন থম্মোইদ হায়মখি, ঈমা নচাদি ঈমাগী লমন সিংব ঙল্লমদরে। অপঙব নচাগী ইরাল ঙাকপীরকউকো। মতমন অসুম হৌখিবন নোংয়াই মতুং পুং ২ তাখ্রে।

ইচিক হুল্লব মতম অদুমক্তদনি - মহাক্কা কলেজ তমলিঙে মতমদা লেবোরেতোরিগী পোং চৈ ময়াম অমা পুনসিল্লগা মখুৎমক্ল সেমখিব হু থকখিব। কয়াদ ব্রান খাঙখিব। খঙনিঙবগী ময়ায়ন হেনখিদুন মহু কল্লব পোৎসক কয়ান সেমখিব অদুগুম্লব ময়ায় কল্লব পোৎসক অদুন ঙসিদি মসাগী পুন্সিগী অরোয়ব লম্বীগীদমক সেম্ব ওইন থোকশ্রে।

নোং ঙাল্লকলে, মতৈম অহলদু চঙলকই, ইবুংঙোবী নঙবু হৌগৎত্রিবরো ? থেঙলে হৌগৎলোনে, সঙ্গোম থল্লম্লগেকো। ঙাঙন ঙাঙন কাঙখন হাইদোকপীরকই, অদুবু থব্রাই য়াওদ্রব হকচাঙ পোলাংন নিঙঙাইদন পোথারিবদু খঙব ঙমদ্রি।

হৌগৎলোনে ইবুংঙোবী নঙবো, নুমিৎ আ য়ৌরে হায়বনি, নসাদু ফররোইনে নঙবো। খুল্লক্ত্রিবদ মসা নোমদুন হৌদোকই, অদুবু অরোয়ব ওইন পোথাব্রব মনাউনিপাগী হকচাং পোলাংন উতুপ তাবগুম তারিবদু উরকলে।

মঙগুম্ব থাজদ্রব থৌদোকনি।

খোঞ্জেল কায়ন লাউখি। ইতৈমগী ইবুংঙো ইতৈমদি মাঙলেদকো। খোনজেল অদু তাবদ ইমুংগী মীপুম খুদিংমক কা অদুদ লোইন চেনসিন্নরকখি। নুংসিজরব মচান লৈরমলিব ফিভম অদু উবদ অহল ওইরবী মমাদি অদুম্মক লৈমায়থক্ত হাইথখরে।

তাঞ্জাদুমক্তদ কুমারসু থুংলখি।

মোন ময়াদ চেজেৎ অমখক লৈরম্মী, কুমারন অহানব ওইন পাখি। ব্রাহে খরতমক ইরম্মী।

“য়াম্ম লাপ্ন চৎশ্রে, অমুক হল্লক্করোই হায়রম্মী” অসিখক্তমক হায়বীয়ু ঈমাদ, ঐগী ব্রাখলগী লংলব মৈরা অদো মুৎখরে। পোৎলোয়বগী মৈখুন ব্রাংন হাইগৎখ্রিব লম্বী অদুদ ঐগীসু অরোয়ব লম্বীনি। ঐগীদমক নখোয় কপ্পক্কনু, ব্রারুগনু। ঐহাক অমুক নখোয়গী নরক্ত তিল্লরোই। চোকথরব

কান্নদ্রব হকচাঙ অসিগীদমক থম্মোইবু চৈনা পীদুন অমুক ব্রাহল্লরোই।

কুমারন পাব লোইরব মতুংদ মথঙ মথঙ পানখি, কপনখি। মরুপ - ওরাঙ নুমিদাং নত্রনে ঐখোয় অনিন চাক পূখম অমত্তদ চামিন্নখিভদুবু। ঐন চৎলমদাইদ হরাওন নোকহৌবদাইনে নঙবো। নঙগী মোমোন্নরব মীনোক্ল ঐবু লৌনম তৌদুন থন্নম্মীবর ? নঙন ঐখোয়বু নহান মখৈ কয়াদ ব্রারৌরমগদব।

মরুপকী থব্রায়ন ঐখোয়বু ঙাকপীরকউকো। চৎলোকো মরুপ, মপূগী লৈকোন্দা মরুপ অনিগী থব্রায়ন ঈংন পোত্থারুরো। হন্দক মপোক লাংওন্দ মরুপ অনিগী নুংসিবন পম্বুং য়ৌব ঙমখিদ্রবসু মপোক মপোক খূদিংদ মরুপ অনিগী নুংসিবন পম্বুং য়ৌন তন্নকউকো। মপোক মপোক খূদিংদ মরুপ ওইন থেংনসি।

পোৎলোয়বগী মৈখুন ব্রাংন হাইগৎখ্রিবদু য়েংলগ সোঙ্গরকই, চৎলোকো মরুপ, হন্দক মপোক্কীদি কায়নরসি। অসি লমদমদ থেংনরবর নহাক্কী চান্নজরবী লাকসমীগ মরুপ অনিগী মফমদ মীৎকী পিন তর্পন কৎচরি, লৎনদন লৌসিনবীয়ুকো। ●●

(চৈচৎ : ০৯/০৭/৯৮)

# চীংয়াগী থেল

লৈবাক্কী ময়োল ওইরিব কৈথেলদগী ময়ায় ওইরপ থাপন লৈব খুঙ্গংগী চিদাই অমদ লৈব চাউরব ইখোল চাইগোন্নুং অমদ তোনদোনবগী পীক্তকপ সঙগায়ন ঈংন চিক্ল ঙাল্লরি।

খুঙ্গংগী ময়ায়রাইদ লৈব মহৈলোইসং অমদ তোনদোনব ক্লাস সেভেন তমলি। অঙাঙ ওইন যূমগী অরা অনা লৈত-লায়রবু মায়োক্লরি। হবাও কুমহৈ কয়াদ তোনদোনবগী পুন্সিগ য়াম্না লাপ্ন লোয়নরকই। নকসিন্ন খক মায ওনসিল্লুদে, অদুবু সান্নবদদি থরায য়াম্ন য়াওজরকই। লৈকায়গী খুঙ্গংগী মহৈলোইসংগী সান্নবগী থৌরম কয়াদ মহাক্ন মনা কয়াসু মীথোযব অমা ওইন ফংখি।

লায়রবী মমান মচাগী মতৌ উবদ চিনবান্দদি ফোঙদোক্ত লোন্ন পিরাং সিন্থখি। পীক্লিব মচাগী পুক্লিং হনখিগনিকো খল্লুবদ রাহৈ অমত্ত ফাওব কন্ন ঙাঙখিদে। মচিন মনাও মঙানি, ময়াম্ব ১ মচে ২ মচল পিসক ১ গা অমতং ফংজব মযাম্ব নোংম যাম্ন নিঙঙমদন ময়ূমদগী থোকখিবদগী অদুম্মক হনজিল্লকখিদবে। কদাযদ লৈরিব, করি তৌরিব কনানসু খঙব ঙমদন মরা মপাও করিমত্ত তাখিদবে।

পীক্লিব তোনদোনবগী থম্মোইদ মথন্ত কয়ারক হংজখি। করিগীদমক তাচৌন য়ূম থাদোক্তুন চৎখ্রিব, অদুগ কদায়দ লৈরিবা ? রাহংখক্তনি তোনদোনবগী থম্মোইদ। লোইবোয হাইথবকপ চীংয়াগী থেল মচা অমদ হৌব চাউরব হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোঙদ তোনদোনবগী পোত্থাফমনি। চীংমায়দগী লিরি হুন্নকপ মালঙবন তোনদোনবগী নাপ্পদ চিক্ল তন্নরি, নহাক্কী

নয়ান্ন অমুক লাল্লরোই। করি অমুক হায়গনি ? লোইব নাইদবগী অৱাবগী সরুকনি, তোনদোনবগী পুন্সি। ব্রাখল লায়না ওইরব মপাসু নোংম নোংমগী সোনজীল্লকখি। যুমগী অহল অমন তৌগদব থবক খুদিংমক মহাক্কী মথক্ত তারকই।

করিগুম্বদসু মতোমত খনজে, ঐবু লাইরিক মপুং ফান তম্ব ফংলরোইদ্রনে ? কনান পাউ খুম পীবিরক্কনি, মাগী ব্রাহংদি অরোনবনি। নুমিদাং অথেঙব ফাওব লাইরিক পাব অমদি অয়ূক ঙন্ন হৌগৎতুন কনা খঙহন্দন লাইরিক পাবন তোনদোনবগী থাদোকপ য়াদ্রব মথৌনি।

মমান্নব কয়ান প্রাইভেট তম্ব চৎপ মতমদ মহাক্ল ইস্কোলগী থবক সূই অমদি লৌবুক্ত চৎলি। খনখিদব নত্তে, তোনদোনবগী ব্রাখলদ ঐসু নখোয়গুম্ব চৎপ ফংজরবদিকো, অদুবু অয়ুক ঙন্ন হৌগৎতুন মরন্নাই লাইরিক তম্ব চৎলিব মখোয়দুন তোনদোনবদগী মথক থোংলকপ খক ঙমখিদে।

তোনদোনবগী ফিভম উরুরগ কনাগুম্বসিংন লোন্ন ঙাঙনৈ। থবকসু ওস্থোক্ল কন্ন সূই, লাইরিক পাবদি উদে, মীগী মখাসু থাদে, হীরম খুদিংমক্ত হেক্ত মকোক থোংলকই। করম্ব মতমদ লাইরিক পারিব, ওস্থোক্ল ফম্রব অঙাঙনি, ইমুংদুদ লৈবদ মাঙলবনি, অদুবু মহাক লৈবমদ্রবদি ইমুংদো হেন্ন অৱাব অমদি ওইরমগনি।

তোনদোনবগী পুন্সি -নুংঙাইবগী সরুক্কী ফংহৌদে, অৱাবদি কান্দুনা চৎখিব য়াদে। মচে অহল নৌন ময়ূম পানখি। ইকূই কুইদন মপাবুঙ নোংগাপ্রে। মপুরোইব নৌন কায়নবগী মচানিপা মাঙখিবগী ব্রাখলগী লায়না ওইরকই, তোনদোনবগী মমা। সোল্লবী মমাদ করম্ন ইমূং থাকউ হায়গনি ? ইমূংগী অৱাৎ অপা ঙম্নমক পুব ঙম্নব হোৎনরকপদ মহে তম্বগী লমদ তপ্ন তপ্ন লাপথোরকই।

অহাঙব মতমদ লাইরিক পাবন তোনদোনবগী পোখাফমনি। নৌরিব পুন্সিদ পিরাং পিরোইনরকই, ব্রাখল পীকসিল্লকই, করিগুম্বদসু লোন্ন হায়খি। তাচৌ নহাক লৈরম্লবদি ঙসি ননাওন অসুক য়াম্ন ৱারিবসে ব্রারমলোইদকো,

নহাকপু অমুক হন্ন হল্লক্করোইদ্রা ? ঈমান তাচৌগীদমক ব্রাজবসে অমুক্তদি য়েংনখোনে।

নিঙসিঙলকই করিগুম্বদ অয়ূক খুদিংগী মচিন মনাও সাজেন চংমিন্নব, নুমিদাংব্রাই খুদিংগী মসান্ন খুদিঙমক তম্বীব, অচাপোৎ অমতং চাবদ ঐখোয় তোনদোনবগীদি অচৌব, নিঙাই খজিক্তং তৌবদ ময়াম্বন পোবীব, করম্ন কাউগনি। নিঙসিঙবগী মমিন লারকপ হে□তনি। চীংয়াগী হৈনৌ মখোঙদ ফমদুন অহাঙব লমহাঙগী ফজব য়েংলগ ব্রারেং সৈরেং কয়া ইদুন পারগ মহাকপু তাহনব, থাবলগী অচিকপদ ফম্মীন্নদুন লমদম অসিগী মীহৌরোনগী ব্রারী কয়া লীবীরম্ব, করিগুম্বদসু হায়খি "ঈমা লৈবাক নুংসিবন খ্বাইদগী হেনব মতিক ময়ায়নি তোনদোনব নঙ খক কাউগনুকো"। ব্রাহেসিং অসে অঙাঙ ওইন তাহৌবন করি হায়রিবনো খনজীল্লুদে।

মচিন মনাও ময়ামদগী ব্রাখল তোপ তোপখিব ময়ামবন হায়খিব ব্রাহে কয়াগী ব্রাহনথোক মচা খায়রকলি। করিগুম্বদসু পূকচেন চাউথোরকই, ঐসু ইয়াম্বদুগী মনাওনি। ময়াম্বন হায়খিব ব্রাহেসিংদো ঙসিত হায়খিবসে তারি। ময়াম্বন ইরম্ব লাইরিকসিং পারুরগ খল্লকই, তাচৌন মপূং ফাহল্লমদ্রব ময়ামসে ঐহাক্ল সোয়দন মহয় য়ালহলগনি। ইব লোইরমদ্রিব কয়াদি লিরম্ব ব্রারীসিং নিঙসিঙলগ তোনদোনবগী ব্রাখলন তপ্ন তপ্ন মপূং ফাহল্লকই।

তোনদোনব মেত্রিক লাম্হোকলে, ঙসিদি মহাক অব্রাঙব থাক্কি মহেলোইসঙদ মহে তম্ব হৌরে। সোল্লবী মমান কয়া হরাওজখিব । ব্রাবগী হায়রুরবদি করি অমুক হায়গনি। নুমিৎ থা থব্রানমিনচাক্লুম মচা অহুম য়েংজরগ মোমোন নোকচখি। অদুবু ব্রাখলগী লায়না ওইরকই। নোংম নোংমগী সোনজিল্লকই। নোংমদি তোনদোনবন মহে তম্ব চংখ্রিঙৈ পুকমেন পাউমেন্নব নংহৌদন ব্রাখলন সোল্লবী মমাদো তাইবংপান থাদোক্লমখি। তোনদোনব পেন্ন কঙ্গী মমাবু কৌরগ, লোইন নিঙসিঙলকই - ময়াম্ব, মপাবুঙ করিগীনো অপীকপ নচা ঐখোয় অহুমখক্তং থম্বীরল্লগ নখোয়ন চংখ্রিব ? ঈমা ! পাবূং! তাচৌ ! নখোয় হল্লকখো-ও। অতাবন থম্মোয় সোক্ল কপখি, অউবন থেমজিনবীখি, পিদোল্লব পুক্লিদো।

পুন্সি অসি থাদোক্কে হায়দুনসু থাব য়াররোইদব, ৱারে হায়দুনসু লংথোকপ য়াদ্রব, খন্দবসু য়াদ্রব খনবসু ঙমদ্রব চেন্দবসু য়াদ্রব - চেনবসু ঙমদ্রব লুরব তানফম অসিদ ইখোঙ ইখূৎ অসে পুনসিনদুন পঙলব মচাগী ইকোকথক অসিদ থোংগৎপিরম্লগ নখোয়ন ঙম্নমক চৎপ্রব অসিরনে পুন্সি হায়বদুবু ?

"মীওইন পোকচবগী পুন্সি অসিদ তাইবঙ মপুগী থৌজালগী ইবিক অমত্ত সরুক তম্লমদ্রববা" মমা মপান তাইবঙপান থাদোকপ্পবসু নৌরিব মহাক্কী মফমদ মাঙব য়াদ্রব লন অনিখক সিন্নবীরম্বন তোনদোনব মখোয়গীদমক হিংব তারি।। ●●

(চৈচৎ ঃ ০৬/০১/৯৬)

# ইথানুংদগী

- য়াইম য়াইম তারিবরা নওবু, ইস! হৌজিক্কী মখোলদুবু বোম নৎতবরনে।

- ঈমা ! বোমনি, য়াম্ন নক্ল তায়, কদায়ব্বাইদ ওইরগনি ?

- ঐখোয় তাচৌদো থোকখিব কুইদরিবনি, থেংনরমদ্রবদি ফগনিদ।

- হা : নখোয় তাচৌ কদায় চৎখি হায়ব ! ঈমাগী অচৌব নওবু কদায়দনো? য়াইম নখোয় তাচৌ কদায় চৎখি হায়বনো ?

- ঈমা খুনৌগী লৌদো য়েংলুনি হায়দুনা সাইকল ইনথোকখিবনি, থাংজৌ অমসু পায়খি। কদোমদ ওইরিগব ? কদায়দনো ? ঈমান চেল্লিদুবো ? থোকখিগুম্‌সি ঈমা। ঈমা নওবু ঙাইখো হায়বনি, ঙাইহাক্ত য়েংখিসি, ঈমা !

মমাবু কৌন কৌন য়াইমসু মমাবু তান্নখি।

চেন্ন-চেন্ন মূরুম মূরুম সোন্দুন অসুম চেনবোই চৎপোই থোঙাললোমদ থোকখি, হৌজিক্কী মতম ফৎতবসিদ কদায়দ চৎলিবনো তাঞ্জা অসিদ মঙন মঙ নুংঙাইতবনে, ঈমাগী অচৌব নওবু থেংনরমদ্রবদি ফগনিদকো ঈমাবু। য়াইমসু মমাগী মতুঙ ইন্নখি।

থোকহন্নিংদব থৌদোকনি, তাহননিংদব মীৎমাঙদনি। মখোয়গী যুমগী অব্বাঙ খর হাইগৎলগ সোরোক্কী মনিঙ মমাঙ লৌবুক্তি, নহারোলন সিফায় লাকপদ থেংননব হায়দুন বোমগী লাং থাক্কুন থম্বদ লাইবক থীব

থৌদোক অদো ইবোচৌবদ থেংনখিবনি। সিফায়সিং অদুদদি খুদোং থীবদো লানথোকখি, ত্রক মঙা লাকপদ ত্রক অমত্তদ সোকখিদরে। নোংমগী সূজ নোমজদুন হিংজরিব চমজরব পুন্সিসিং অদুদ লাইবক থীবগী খুদোং থীরব থৌদোক অদো তশ্মীখরে। বোমগ ইবোচৌবগ চপ চানখি। বোম পোকথায়খিব অদুদদি সিফায়সিং অদুসু ত্রকতগী চোংথোরকখি।

মায়কৈ খঙদন নোংমৈ কাপলকখি। তাইহেন্দ্রব পাউ উইহেন্দ্রব থৌদোক অসেঙব ওইররে। সন হোইদুন লাকপ অহন অমা সনসু মসাসু নোংমৈন পানবদগী অদুম্মক মফমদুদ লৈখিদরে, লৌসুব হঞ্জরকপী মৌ-নহা অমসু মফমদুদ অদুম্মক পুন্সি লোইখি। ওইথোক্তবনি করম ঙকনিঙঙাই ওইগনি, অচুম্বনি হায়রবসু করম্ম থাজরোই।

মতমসিগী ইমাঙ ইমাঙমক্তদ থোক্লব থৌদোকনি। ওম্থোকপ তাঞ্জা হায়বদুনি, য়াইমন মমাবু তানরকপদি মাগী পুন্সিগী অরোয়ব মীকুপ ওইয়ু তমখ্রবোই। মফম খঙদন হাইদোরকপ নোংমৈ মরুন য়াইমগী থবাক্ত পানখিবনি, মমাদি করিসু অসোক অপন নংখিদরে। অমগী মীপায়রিঙৈ অমগীসু অমুক খুদোং থীব নংলে।

করি ওইরমগনি ? য়ায়মগী মমা সখি, কপ্পমগদ্রা ? নোক্লমগদ্রা ? মীপায়রমগদ্রা ? সিফায়ন মসিঙ খঙখিদরে, মকোক থোংব পুলিস কয়ান মফম অদো কোয়সিনদুন থমগ্রে। হকচাঙগী ফিভমন মচেৎ কয়া থোক্ল কেনগ্রবসু মচান সেৎখিব ফিজোল অমদি সাইকল অদুন মচানি হায়ব মসক তাকখি। কনাবু য়েংলগ কপকনি, করম্ব মচাবু য়েংলগ পিরাং সিল্গনি? সখি অঙাওবীগী মতৌগুমগ্রে।

ইবোচৌবা অমদি য়াইম সখিগী মতৌ অদুদগী মচিন মনাওনি হায়বসে পুলিসসিংন খঙব ঙমখি। পুলিসসিং অদুগী মরক্তগী অমন সখিবু নুংসিন কোনবীরগ কপখি, অদুগ অসুম্ম হায়খি "ঈমা নঙগী লাইবকসে ওম্থোক্ল থীন তশ্মীরমগ্রেদকো নোংদম্বন ? ঈমা নঙগী নতৌসিবু নচান য়েংদুন করম খাঙলসিগেনে । বাজি কায়নবগী মৈসা কোক্তিঙৈ নপারি অনি কায়নবগী চৈনা অমুক হাপকৎলেদো।

ব্রাহৈশিং অদুদ মফমদুদ পুল্লিব পুলিসসিং অদো ইঙক ঙকখি। তসেংনমক পুলিস অদো থম্মোই সোক্ল কপখি। ইবোচৌবগী তাইসিন্নদ্রব হকচাঙ কয়াৎসিং অদুগী মনাক ওইরপ লেপ্লগ ইতাও হায়ন কপখিবনি, পিন অতৎ অখম লৈতন তাখিবন ইতাও হায়ব ব্রাহৈদুদগী হেনব ঙমখিদরে। পুলিস অদো অতৈ কনাসু নত্তে, ইবোচৌবগী নুংসিরব মরুপ ইবোসনানি। ইবোচৌবা অমদি ইবোসনা অনিগী মকুপ ওইবগী নুংসিনব অসিদ খুঞ্জাসিংন কল্লক্লখিবনি, খুল্লোম্নব মরুপ অনিসিগী ব্রারীদি অঙকপনি নুমিদাংগী অঙকপ ব্রাবীসু লৈখি, থিনতোক থিনজিন তৌবদ খুনতাইনবগী থোঙ্গাল অমা হেনজিনবদ কায়নফমনি।

মখোয় অনিগী ব্রারী মূরুম মূরুম সান্নবদ নুমিদাং থেংন চৎপসিংন কিনখিব নোংঙাল্লমদাই অঙনব থবক চৎপ মীন হুরানব লৈরে হায়ন লাউনখিব, তম্ন লাই থোক্লে হায়দুন পাখৎনখিব কোঙ্গাইনি। মীয়াম্ন ঙাঙনরিব কয়াদু তারগ মখোয় অনিন কনাদসু হায়দোক্তন তূমিন্ন নোকখি। পাখৎ চাউবী মমা সখিন মীয়াম্ন ঙাঙনরিবদু তারগ মচাসিংদ পাওমেনজখি।

ঈম্মাগী ইবুংঙো - ঈচাসা নখোয়ন থেঙন থেঙন হনজিনবদো তৌরনু, মীয়াম্ন ঙাঙনরিবসে তাবদ তুজুংব পোকই, ঈমা য়াম্ন ব্রাইকো, খুদোং থীব হায়বসে তম্ব ঙম্ব নত্তে। মিপাইরব থম্মোয়ন কনাদসু ঐখোয়নি হায়ন সেংদোকখিদরে, অদুবু মতুংদদি অমুক থেঙন ফমখিদরে। ইবোচৌবগ ইবোসনাগসে মতৈ মনাওদগী হেন্ন নুংসিনৈকো। মৌ মচিন য়াংব কনান অসুম্ন মখোয় অনিদ লক্লবীখি। মরুপ অনি অদো লাইরিক ফন৭ হৌরকখিব মহৈরোইনি। লোইসঙ অমতদ থবক তৌসি হায়নখিবনি, অদুবু ইবোচৌবদি মপান নৌন হুনদোকপীরম্বন পুম্নমক অরেম্বদ তাম্রে।

ইবোসনাদি মণিপুর পুলিসত চঙখিবনি, মরুপ অনিদো সিনফমন লাপথোক্লখি। মনাও নিপা য়াইমগ মখোয় অনিন লৌউ সিংউবগী থবক তৌদুন অমদি ঙাগী ফার্ম তৌদুন সেল কন্ন তাল্লগ মনাও নিপা অতোনব তোলেনবু ইম্ফালদ লাইরিক তম্ব থাখিবনি।

মচা অনিগী মতৌ উবদগী ৱাম্বুখিব সখি লৌসিং তারকপদদি ৱাখলদো করিনো অমদ ইরেদ লৈখিবগুম তৌগ্রে। ইম্ফালদগী থাগ্লব খুজং অমদ থোকখিব থৌদোক অদো লৈবাক পুংজাও থীনগ্রে। তোলেন লৈব য়াদে, অথেঙবদ ময়ূম ময়ৈকৈ পাওগ্রে। উগমবসত তোংব মীসিংন নিনফুং নিনফুং ঙাওনৈ, তোলেন ৱা ঙাওদে, পূক্লিং তয়াং তসোই, য়ূম য়ৌনিংবন বসতগী কুম্মথদুন খোঙন চেন্নিংই হায়বদু য়ৌই। হকচাঙন লৈহৌরে, পূক্লিংন য়ূম য়ৌগ্রে, মীংত করিনো করিনো পংউত উরকই। লেপ্প লৈতন থৌরিব উগমবসনা মহাক্কী থোঙ্গালদ খামদুন থম্বীরমলে।

মহাক্ক ময়ূম চঙলকপদ থোঙ্গালদগীন সুমাঙ ফাওবদ মীন পীক থন্ন লেপ্তুন লৈরম্মী, কোকচাওবী কায়। কপ্পাক নিকই, হুমাং অনপ্পী কারকই। কনা কনানো হায়ব ফাওব হন্ন য়েংলমদন থাংলকখিব খোঙথাঙদো থাংব থোক্লক্রে। চীনবান কাথোকতুন করি তৌরগে হায়ন হংব ওম্বগী থৌনা ফাওব য়াওরক্রে। নুপীসিংন সুং সুং কপ্পরকই, নিপাসিংন করি করিনো মুরুম মুরুম ঙাওনরকই। তিল্লমলিব মীয়ামদো উবদ মীগী ইরেনবুঙ হায়বদো ওইরবোইসু খল্লুই। খঙহৌদন খংকপ কপলকই, অৱাংগী মবোক হনুবীন অবোক্কী তোলেন, নমাদি কদায়দ লৈহৌই ? নয়াম্ব অনিদি কমদৌহৌরে? খোঙথাঙদো খঙহৌদন লেপখি, পি তারকই। মবোক্ক চেনসিল্লক্কুন মাবু কোন্দুন কপলকই।

তোলেন লৌসিং মাঙলক্কে তৌরকই, ৱান খাঙই, খোঞ্জেল ফাইরকই। অদুগ হায়রকই - অবোক নসুগী ৱাখলসিদ করিনো হায়ব অমা লৌসিন্দুন ভাব তাব ওমদ্রে, করিনো ময়েক সেংন অমুক্তদি হায়বীয়ু।

তমলিব পাউ ময়াম অদো ৱান খাঙদুন পিরাংলক্ত তুমিন্ন তাই। নিপা ওইবগী থম্মোইদ খাঙব ওম্বগী ৱাংম লানগ্রে। সনচীং নীংখায়রক্কুন কোকথক্ত ননবগুমগ্রে। খঙহৌদন লাউরকই - ঈমা নচাবু করি ওইরসিগেনে অপোকপী। অনা - লায়েঙসঙদ পুখৎখিব মমাগী মনাক্ত চৎলি, কৈরোই লৈকায় মরুপ মপাঙসিংগ। লাইবক থীরবীদো লৌসিংদি লাকলে, অদুবু

ব্বাখলদি চোইশ্রে। মমাসু পুথরকলে, লৈখিদ্রবসিংসু য়ানব অমগী মখাদ লায়েঙসঙগী মিরেলসঙদগী পুথরক্লে।

তোলেন ব্বা ঙাঙখিদরে, মমাগী মনাক্ত তুমিন্ন ফম্বন মাগী মথৌ ওইশ্রে। ময়াম্ন তৌ হায়ব থবক্তো তৌই, মখা তান করি তৌসিগে করিসু খল্লুদে, চংথোক্লুরবসু হনজিল্লকপদ মমাগী মনাক্ত চঙসিন্দুন ফম্ব অসিনি মহাক্কী থবক চাগনি থক্কনি কাউখ্রব মমা মচানি, থৌদৌ অসিবু উবদ করম্ব থম্মোইননো তুমিন্ন খাঙদুন লৈগদব ?

লৌসিং লাকপোই লাকতবোই নোংম মঙলান অমা নিঙসিঙলকখি, ঐ য়াম্ন ব্বারে, নচাসিংদো ঐগী নাক্ত খর থারক্লগেরা ? খঙহৌদন হায়দোরকই - মোই পাবুঙ য়াম্ন ব্বারবরা ? খোঞ্জেলদু তাবদ তোলেনন খঙহৌদন কৌখি, ঈমা ! ঈমা ! অদুম পাউখুম পীরকখিদরে।

ময়াম্ব অনিন লৌউ সিঙউ তৌদুন ঙয়োকফম সেমদুন সেল কন্ন তাল্লগ মহাক্ন ইম্ফালদ মহয় তম্নকখিবনি। তোলেন বি এ গী অরোয়ব চহীনি, চহীগী অরোয়ব চাংয়েংদা মকোক থোংন লাকখিবনি। অব্বাঙব পান্দমদ হেন্ন কন্ন হোৎনরকখিবনি। অদুবু ঙসিদি করি ওইররে ? ব্বাংন থাংগৎখিব তেলঙ্গা থৌরীগী অরোয়ব লং পায়হৌদবন নাম্থোকখিবগুমলে।

লান্ন-থৌরম লোইশ্রে, অদুবু তোলেনদি ইম্ফালদ অমুক চৎকে খনখিদরে। ইম্ফালগী মরুপ মপাঙসিং মহৈলোইসংগী মরুপলোইসিং অমত্তু চিখদন লাকখি, পিরাংলক্ত তরাম্ন ওকখি মরুপসিং কপমিন্নখি, অদুগ হায়খি, ঐদি নখোয়গী নরক্ত অমুক তিল্লগনি হায়ব থাজদ্রে, করিগুম্ব থৌদোক্তসু ঐ য়াওরি খনবীয়ু।

মতমন কনাবুসু ঙাইবীরমদবন কপ্ন কপ্ন অসুম চৎখি, অসুম হৌখি। তিল্লম্ব মীয়ামসু চৎখি। চাউবব কা মাপনগী য়ুমজাও অদুদ মমা মচাদমক ঙায়হৌরে। সিব ঙমদবগী হিংলি। চাক চখোম অমদ পিরাং মরিক কয়ানি। কপ্ন কপ্ন মমাবু চাক ইল্লি। হৌন নোকই, পেন্নসু কপথোকই, খঙহৌদন চেনখি। তোলেন মমা সেন্নবদ অব্বাব অমসু ওইরে। অমুকসু খঙহৌদন

হায়রকখি - ঈথাম্লুংদগী ঈচাবু নখোয়ন মুনবীখিবনি, ঐগী ঈচা পীরম্মু, ঐগী ঈচাবু নখোয়ন পুব য়াবরা ? ঝাহৈসিং অদুদ সখি থম্মোই সোক্ল কপখি। তোলেনসু কপখি, হায়খি মমাদ ঈমা নঙবু অসুম্ল অসুম লৈরগদ্রনে ! ঈমাগী মহৌসাগী পুক্সিদো অমুক্তদি হনজিনবীরকউ কৈদৌবগে ? তাচৌগ তায়াইগ চৎখ্রবসু নচা ঐ অমা লৈহৌরি হায়বসে নিঙসিঙবীয়ুনে ঈমা।

করিগুম্ব থৌদাং অমত ওইরবসু ঈয়াম্ব অনিগীদমক পাঙথোকচগে। ফন হোৎনজৈ, কয়া লায়েঙখি অদুবু পুম্নমক অরেম্বদ তাস্ত্রব তোলেনগী মমানি। তাইবঙগী ঝাখলগী ঝাংমদ লৈখ্রবী লাইবক থীরবীদো পুক্সিগী অরোয়ব ঙাইখি। মপুরোইবন নৌনা হুন্দোকপীরম্লবী নুংঙাইব সরুক ফংদ্রবীদো ঙসিদি পুম্নমক্কী ঝাংমদ লৈখ্রে। ●●

(চৈচৎ ঃ ০৬/১২/০৬)

# নাইতোম লেপহৌরবী

ঈনখৎলকপগী হৌনবী মী লাই কিদবী সজী মচাগুম ঙসিদি সঞ্জুবলাগী চহি তাংকক অসিদ থোক্লরে। ঈংন চঙখোল্লবী তনৌরবী সঞ্জুবলাগী সক্তম ফিভম চুঙ-ফিরাল চান সুমহৎনিংঙাই ওইরবী চনুরানি।

মতৌ মান্দন ঙাঙথোরকপ মীন লাকচব য়াদব তৌথোরকপ থবক খদিংমক মীন সীংথানিংঙাই ওইবী লাইরিক লাইসুদ থব্রাই য়াওজবী নুপীমচানি। পি.য়ু. থাবমদাইগী লাইরিক কন্ন পাই, করি করিনো থবক অমা অমা মসাদ ঙাইহাক্ত ব্রাই সংন পোখাজদে।

- করিগীনো মীঙোন্দ অদুক মুন্ন য়েংলিদি ?

- হাইমা! নুপীন মথনদ চৎলগ মীঙোন্দক অসুমহাইন হায়ব ঙম্মীনেহে।

- নখোয়ন য়েংবদুগী হায়বীবগী ব্রানি খঙ্ঙবো ।

- নসক ফজবদুদ নুংসিদুন য়েংবনি ইবেম্ম, পাখঙন লৈসাবীদ য়েংদন হনুবীদ য়েংগদ্রা? অম্বাই ফাওবদং লাক্কে, চৎমিন্নসিকো।

- হুম লাক্কনু, ঐ মসক খঙদব মীগ চৎমিন্নবসে হৈনদে।

- তিন্নরগ লোয়নরগ হৈনরক্কদবনে, খঙনগদবনে।

- নখোয় অনি সুই হায়দুন অফাও সাব মাল্লিকো ।

- ব্রাখলদুন অদোমদ পুখ্রগদি লাল্লনি। চীনবানদুদগী অদুগুম্ন তহা-তহা হায়দোরক্কনি হায়বসে ওন্থোক্লা থাজদে। ঐখোয় অদোমবু অমুক্ত উজখিদ্রি,

য়ারগদি মিংদো অমুক্ত খঙজহৌগে।

- মতাঙ চাদে, লৈহৌরো।

- সোয়দনসু লৈহৌরগনি, অদুবু সকফমদুগ চানদন থম্মোয় কল্লমগদৌবসু মাল্লি। ইচল, সাউনুকো, নুংসিদুন হায়বনি, মতুং থেংনবদ কৌনসি, লৈহৌরগে, মরুপ লৈহৌরসি।

- হুম, মসকসিংসিগা

লমবীদ নিপান লঙনরকপ ইন্নরকপ সঞ্জুগী খম-থেংন অসাওবীনি।

- সঞ্জু ঙসিসে ক্লাস লোইব-ফাওব য়াওগদ্রে? ঐদি খর ঙম্ন হন্নিংলিবু।

- ক্লাসক অমত্ত য়াওনিংদেদ, ঐদি য়াম্ন সাওনিংই।

- করিগীনো? করি খঙদব য়াওরে।

- হুম অদুগী নত্তে, সুম সাউনিংব।

- অদুবু করিনো? ঐন খঙব য়াদবরা?

- য়াই, থোইবী পুল্লপ খঙমীন্নসি। করিনো অমদি থিসি, থবক খর পাঙথোকসি, ঐখোয়বু মসক খঙহনসি।

- ঐখোয় হায়ববু কনানো ?

- নুপী খুন্নাই।

- সঞ্জু করি করিনো খর নহাক হেনজিন্ন খনব মাল্লি। ঐ বা অমা হায়গে, নহাক সাউদি সাউনুকো, ঐখোয় অনি য়াম্ন অঙাঙ ওইরি। লাইরিক্ত অথোয় অহেন তান্নসি, মীয়ামগী মকোক থোংসি হায়দুন হোৎনরিবনি। চাংয়েং কুইদ্রবনি অতৈ থোইদোক খনগুমসিদ, লাইরিক তমব লোইসিনখিসি।

- লাইরিকসু তমনি, হোৎনব য়াবসু ঐখোয়ন অদুম থিগদবনি।

- সঞ্জু করি মতাঙনো নহাক্লা হায়রিব খঙনিংলিববো?

- য়াম্না লৈ। অদুবু অমখক হায়গে। ঐন য়াম্ন সাউনিংলিবসে হৌজিক্কী নিপাসিংন নুপীমচাসিংদ লমবীদ লক্লবসিনি।

- নঙন ঙাঙলিবদো মীন তারগ অঙাওব তাগনি।

- ঐ খঙই, নঙন হায়রিবদো। মখোক কারকলিব চনুরা অমদ মখোক কারকলিব পাখঙ মচান লক্লদন কনান লক্লগনি। খুদিংমক লক্লনিংব পামজব কল্লকচব ঙাক্তনি। মসে লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লব কনানসু থিংব য়াররোইদ লপ্পীনি, অদুবু ঐনা হায়রিবসে নহাক খল্লুনে থোইবী, নুপীবু লক্লনিংই হায়দুন ফজদব লুজদব ৱাহে খোনদাদ লক্লব য়াম্না হুম্বব থাক্ত খনবীবসে ঙসি ঐখোয়গী খুন্নাইসিদ ফোঙ-ফোঙ সান থোকলিব থৌদোকনি।

- নঙন হায়রিবদো ঐসু য়ানিংই, অদুবু মদো নঙ-ঐন হেক্ত ৱাহে খর লাউরগ ফোংদোক্লগ তাবীগদব নত্তে, চৎনগদবসু নত্তে।

- মীগী লৈবাক্ত চৎনদে, পাল্লগন মদুবু ঙম্লব হায়নরগ লৌবনি। অদুন ঐখোয়গী খুন্নাইসিদগীসু মাঙহনবদুনি ঐন পামলিব।

- সঞ্জু ঙসিগী খুন্নাইসিগী তাংকক অসিদসু ঈনখৎলকলিব চনুরাসিংগী অসোয়বসু লৈত্তবসু নত্তেকো ।

- লৈ, চাক চগিং অমন চেঙ চেঙকোক অম চেম্বহল্লি হায়বদুনি। য়েংঙনে থোইবী, হৌজিক্কী লৈসাবী মচাসিংসে মখোয়ন সেংলিব ফিজেৎসিংসে খোঙগ্রাও তপ নম্লী অমা, ফুরিৎ পাম্বোম য়াওদবী হকচাং থুংদব অম অদুগ অমুকসু নুপাসিংগী উঙাম/গাড়ী মনীংদ তোংবদ অস হায়নীংদরেদ-।

- ফরে, হেনজিন্ন খনগুমসি চৎসি।

- নুপীগী হক, নুপীবু ইকায় খুম্নসি, অৱাঙব থাক্ত থমসি, অদুগা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদন নুপীগী ইকায়খুম্ন মাঙহল্লী। সিবদসু পুব য়ায়োইদব অউনপোৎকীদমক লুহোংলব নুপীবু নুপা ময়ুমগী মীন সরৌ সীন্নরগ মপুজি মাঙহল্লি, - অস!

- সঞ্জু, কৈদৌনুংদসু লোইব নাইরোই, লৈবাক্কী মচী মচী খুদিংদ অখণ্ড অহে কয়ান কয়ারক হন্ন খন্ন নৈনগ্রবনি।

- ও! থাইবী ঐনা হায়রিবসে অপঙব কুদোকলিব হায়বদুরা ?

- অদুন্নসু খনগনু, নঙগী পুকিনং হন্নুনব হায়বসু নত্তে। খঙজিনবদ কান্নব থাফমা, অদুবু নোংম মফম মতম্ন অদুম পুরক্কনি, অওনব। কনান খঙব চহী খরগী মতুংদ মালেম অসিদগী মীওইব হায়বসে পুংমুং মুংথিবসু। অদুন অমুকসু য়েংউ সঞ্জু খুন্নাই অসিদগী ঐখোয়গী ফুরুপ অসে অদুম মাঙখিবসু, হৌজিক হৌজিক্কী ওইরিব কিভম অসিন খন্দবসু য়াদবনি। অসিগুম্ব ময়াম অসে খনজিন্নুরগ পুক্কিংসে তয়াং তসোইরকই। কপনিঙলকই ও খোংন, অদুননি ঐন করিমতমত খনগুমসি, ইহে মপুং ফান তমখিসি হায়দুন নফমদ তত্তন হায়রিবসে সাউনিংবরনে ?

- সাউনিংদে থোইবী, সুম খন্নবগী থানি

- ঐখোয় অনিন খন্নরি অসিগুম্ন ঈরাঙদ তাউরিবী মখোয়দুসু খন্নব ওন্নবদ নুংঙাইগদবনি, মীনসু লাকচব য়াদনব। অদুগনে থোইবী, য়াম্ন তুক্কংচব পাউ অমা তমগে। ঐ ইমিংমক্ল উরকই, মসকসিংদু উবদ মমায়দুদ খুপাক্ল থারমসির হায়বদু য়ৌই। নোংম ঐহাক থাঙ্গাল কৈথেলগী অকে অমৌ য়োনফম য়েনখা অমদনি, ঐসু পোং অমখক লৈগে হায়দুন চঙলুবনি, মদুদ উরকপনি, য়াম্ন খংচব লাঙজব নুপীমচা অমা খুজি লৈদুনা অচা চাদ য়েংনরম্মী, মপু অদুন হায়রকপদো করি 'চানিনে য়েংগেসে নখুংতু পীরকউ সিজিন্নবীগে' নুপীমচাদুগী খুদাঙ তাপ লাউন পায়রগ খুজীদু সিজিনবীথিবগী থানি।

ঐন অঙাঙ ওইরিঙেদ ঈমাখোয়ন থারী সান্নব অমদি ঐন তাখিব লৈ, মীতৈগী চংন পথাপত নুপান নুপীগী খুদাঙ পায়রবদি চিংবনি হায়ন লৌই। অদুন নুপীমচাসিং অদুনদি ফংখল করিমত্ত খন্দন মীতোপসিং অদুন মখুদাঙ পায়ব অদুদ ময়া ইহি-হিগাংতুন য়ারি।

- অসেঙবমক্কী অদুমহায়ন তৌহৌবরা ?

- অসেঙবদ অচুম্ব য়াওরবনি। মদুন তাকপদি মখোয়দো ময়ূমদ মমা মপান ব্লারক ব্লাতেমদুন তাকপী তম্বীদে হায়ন তাকপ নত্রা ?

- ফরে, মদু নত্তব ব্লারী অমা সান্নসি।

- করি ব্লারীনো ?

- তামোচাগী ব্লারীনি।

- কৈদৌরে হায়রিনো ?

- ঙরাঙ ঐ মহাক্ক থেংনরকই। নঙগ অমুক্তং উননিংইসু হায়রকই।

- ইস! হৌজিকপো, নঙদি করি হায়রমগে।

- হায়গে খকতমক হায়রম্মী। সঞ্জু অরুব ব্লারী অমা সানগদবনিসু হায়রকই। য়াম্ন অরুব থবক অমা লৈরেসু হায়। ময়ুমন লুহোংলসিকা হায়রবর খঙদে।

- অচাওরম পাম্বী মমানি, থোইবী মখোয়গী ইমূংন ঐসে পামদে হায়ব তারেকো।

- হোয় অদুবুদি তারে, অদুদ তামোচাগী অসেঙব পাউদি খঙত্রিদন।

- থাইবী, ঐগী পূক্লিংন তামোচাবু থম্মোইসেংন নুংসিরবসু মহাকপু থাজরগে হায়বসে ঈঙম ঙমদে। মসিগী মরমসে য়াম্ন তাঙদ্রা ? ঐদি অঙাঙ ওইরি, মহাক্তী মতিক চারব মীনি, ঐগ মরী লৈনবসে কল্লকপ মী য়ামই। মখোয়গী ইমুং মনুংন ঐবু খোয়দব য়াওই।

- নঙগী করি ব্লাৎলি।

- অদুন নঙগী ব্লাহৈনি হৌজিক্কী মতমদ সক ফজব খক্তন চৎনদে। হৌজিক্কী মতমদ করি চঙই নঙ খঙলি নত্রা ? লুপা কোকখোঙ অমগী অউনপোৎ ইমাঙদ লৈরগ নুপী অদুবু লুন তৌবীবনি। মীগী লমদ চৎনরম্বদো ঙসিদি ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা চৎনরবনি।

- সঞ্জু তামোচানা নঙবু থম্মোয় সেংন নুংসি হায়বসে ঐন থাজে।

- অদুসু চুমহনসি, অদুবু থোইবী নোংমদি ঐগ তামোচাগসে লাপ্ন খিগদৌব মাল্লি।

মতমন অসুম হৌখিবন সঞ্জুগী চহীগী অরোয়ব চাংয়েংসু লোইসিনখরে। ঋখলগী ইপাক্ত ঈরাক্লরি, মাগী তামোচগী ঋখলদ খল্লি, উনসিরা উনরোইসিরা ? নুংসিবন পীরম্ন কায়নবগী মৈচাক অদুবু কিজবন মকা ফোংদোক্তবনি। নোংমদি মহাক্লা হায়খি, তামোচা ঐখোয় অনি করিগুম্বদ কায়নরবসু হৃরাও হৃরাও কায়নসি।

- সঞ্জু ! :

- নখোয়গী ইমুংন ঐবু পামদে হায়বসে ঐহাক খঙই।

- নঙবু নখোয়গ লৈমিন্নগদরো ?

- য়ুমদুদ লৈরবদি লৈমিন্নব হায়সে মসান তাবনি, অসেঙবনি তামোচা করিগুম্বদ থম্মোই সোক্ল কায়নব্রবদি ঐগী পুন্সিসে লান্ন চংখিদৌব মাল্লি।

- সঞ্জু মহৎ সিনখিবদি য়াই, অদুবু ঐন নঙবু নুংসিব অসিদি অতোপ্ন হাপফম অমদ হাপ্লবসু মপুংদি কৈদৌনুংদ ফারোই।

মতম খর ঙমদবদ থৌদোক কয়াগী য়ারী কয়া নিঙসিংলকই। থম্মোইদো নুংওল্লকই, তামোচা নঙগী পুক্লিংন করিবু খল্লিগব ! থম্মোইদুগী অসেঙব পাউদমদো তানিঙগ্রেদ। নঙগী সঞ্জুবলাবু পুন্সিগী থাদোকপীরোই হায়খিবদো -মদুন অসেঙব ওইরবদি ঐন তামোবু খ্বাইদগী অখোয়বনি খঞ্জগে।

মীন হায়বসে চুমদবদি নত্তে, নুংসিং সিত্তন উনা লেঙব য়াবরা ? ফজব্রব পাউরৌ পাউতাক কয়া লৈবনি, ফুরুপসিগী কনাদগীসু তাংজদন। উনসি পাউজেনলকখিব নুমিৎ অমগী মাঙওইনন ওঙ্ঘোক্ল থাজদন সঞ্জুবলাগী মফম্দ পাউ অমা তাররে। পাউদুদি মাগী তামোচাদো মমান হায়ব নুপী অমা

চেল্লকলে, মমাহোয়ন চেল্লিবরা মসান চেল্লিবরা হায়বসু খঙদে, মসিমসু তাবগুম তৌই, মসানদি ইয়া য়ানীংদবসু মাল্লি। খঙলু উরুব নত্তে, সঞ্জু পাউদনি তারিব-চমন্নখি ব্রাখল, উননিংবন খোইরাঙখি, অদুবু করিনো মহাক্ল তৌগদব ! কনাদনো হায়জগদব। মায়কৈ মরী মমখি ব্রাছখি, ব্রা ঙাঙব থোকখিদে।

পিরাংলক্ত মরোল থোক্লক্লে সঞ্জুগী থম্মোই, অখঙব অউব কনান কপনিংলোইদগে মতৌদু উবদ। থম্মোইদ মওন মওন খল্লকই সঞ্জু সিরসিরা হায়নসু খল্লকই, অদুবু নুংসিববী মমাগীদমক খল্লগ খোঙকমদো হোংদোকই। 'লাইতোম লেপহৌববী' চেক্লা 'চাদো মপাঙলক্ত তিন্নিংখিদরে।

তামোচা নসান ঙাঙখিব ব্রাসু নসান ঙাকপ ঙমজদব অদু ওইরেকো নিপাগী পূকচেল ! নঙন ঐবুদি কনাগীসু খনব য়ারোই হায়রল্লগ নঙন কনাবু খল্লিব ? নঙগী নুংসিবদো মফম চারবরা ? তামোচা পুন্সি অসিন কনাবুদি ব্রারৌরুগনি। অদুবু থম্মোয়সিনদি নঙবু ব্রাবৌরোই ঙমদেনে।

ঙসিদি ঐন কনাগী ব্রাখলদ অমুক হিংনিংখিগনি ? পুন্সিগী অরোয়ব মীকুপ ফাও নঙগী ব্রাখলদ হিংজহৌগে। নোংমতংদি লাকখোকো ইনাক্ত নুংসিন কৌবীরখো সঞ্জুবলা হায়ন, তামোচা ঐগী মীংকী পিসে অমুক্তদি তৈথোপিরখোনে। ●●

(চৈচং ঃ ১১/০৯/০৬)

# লোইয়া লমগী সংবান্নবী

কয়াদি নুংওনখ্রে, খুঙ্গংগী লোইয়া লমদম অদু উরুবদ। পুক্লিংসিদ থুক লাউব অমা ফাওই, য়েংলু - য়েংলুবদ পুক্লিং হুবগী সকফম ঙাক্ত - নুংসিমন্দুন মীৎতগী পিবু তারুরে।

থম্মোই নুংগুম কনখ্রগে খন্দুন মীৎতগী পি তাখিদব কুমজা মসিং য়ামখরে, অদুবু লোইয়া লমদম উরুবদ তাখিব ঐগী মীৎকী পি। অমুক হন্ন তারক্তব তাইবং মপূগী মফমদগী নিজরি। সংবান্নবী মিং অসিন, সকফম অদুন লোইয়া লমদম অদুগী মতিক ময়াই অমুক্ত হেন্ন হাপকৎলি। থাজরুদে পুক্সিদ - অদুক নুংসিব লমদম অমা উরক্কনি হায়ব। লম য়ৌন ফজবী সংবান্নবীগী সকফম নত্তে, অদুবু হেক উবদ মীপুম খুদিং সুমহৎপ ঙম্ব অমদি তোপ তোপ্ন য়াওজবীনি।

নীংসীংলকই তাঙ্গাদুদ, অদুঙৈ মতম অমা অবোকসীন লীবিখিবা ঝারী - মৈদিংঙু সুরচন্দ্রগী মচাইবেম্ম সনাতোম্বীগী ঝারী ঐন হংবদ অবোকসীন খুমখি - অঙাও ওইন উখিবনি, কয়াদি নিংথীজখ্রে, য়েংবগী পেনব নাইদে। অমুকসু হায়খি, অবোক্ক মীতৈ লৈময়োন অসিদ সনাতোম্বীগুম্ন নিংথীজবী চনুরা অমতং ফংলবদি ইসৃগীদমক অবোক্ক হায়ব চংকনি, কাউগানুকো অবোকসিদি মসক ফজব - নুপী ওইবীগী তরু তহেনববু পামজবীনি। সংবান্নবীবু হেক উব মীকুপ অদুদ অবোকসীন হায়খিব ঝাহৈসিংদো নীংসীংলকখি, ফংলেদন মীতৈ লৈময়োন্দ ইথক্ত থম্মোইদ মোমোন নোকচখি।

থবক তৌরোইফম হায়জবনি, অদুবু পাবুংন য়াখিদরে। বি-এ লোইরগ লাইরিক মখা তমথনব ঐবু পাবুংন চানদিগরহৌদ থানব হোৎনৈ। ইতোমত কপনীংব ফাওই। নিঙোলন লুহোংবদ মপাম লমদম নুংসিরব ময়ুমবু থাদোক্লগ চৎখিবদ থম্মোই সোক্ল কপ্পগুম ঐসু ঐগী পোক্লফম লমদমবু অসুক্কী মতিক নুংসিজে, মীকুপ অমা থাদোকনিংদে। মণিপুর থাদোক্লরগ অদুক কুইন্ন নুমিং খরনিতসু নত্তব ওইররোইদব য়ানি। পাবুংন কয়াদ সাওখিব য়া ঙাঙগনদব পাবুংন মতমদুদ য়াম্ন ঙাঙখি ঐবু। তশেংনমক ঐহাক খঙখিদে, অদুবু কাইনথংদদি খঙখি, পাবুংন ঐগী ঈফমদ থমখিব পান্দমদি য়াম্ন য়াংলমখি।

মণিপুরগী য়াংমদত নত্তে, ভারতকী য়াংমদ ফাওব পাবুংন ঐবু লাইবিক তম্ব থানব হোৎনরম্মী। ঐ নীংঙম্লকখিদে। করিগীদমক ঐন পাঙদব অমা ওইখিব ! খল্লকখি ঐহাক - ঐবু লাইরিক মখা অমুক তমথরসিরা ? পূক্লিংসিন ঈনসীল্লকই, হায়রগে খনখি পাবুংদ, অদুবু ঙমদরে, পাবুংন ঐবু য়াবৌথিবনি। ঐসু খল্লে, পাবুংদ অমুক কোক সাহল্লরোই।

ইংলিসন ঐগী খ্বাইদগী পামজব সবজেকনি। অঙাঙ ওইরিঙৈদগী ক্লাস খুদিংমক্ত ইংলিসত ঐহাক্ল মকোক থোংদুন লাকখি। মেত্রিক্ত ইংলিসত অমদি মেতসতা লেটর চৎখিবনি। বি-এ দদি ঐহাক থাক ফজন য়াংখি। পাবুংন কয়াদ হয়াওজখিব। পুন্নমক্কী হেনখিবদি অবোকসীন পেঙখিব অদুনি। অবোকসীন হায়খি - ঈসূগী থম্মোইদি সনাগুম্ন লংবনি, হোৎনব লেপ্প য়াদেকো। নুংঙাই য়াইফব ইমুং অমদ পোক্লম্বগীদমক্কী পুক্লিংসিদ চাউথোকচৈ। অদুবু অসিগুম্ব মফম অসি নত্তে ঐনা পামজরকপদি - নিল খোংলব মফমদগী নাখেরব চীংয়াগী লমহাঙ, খুঙ্গংগী অচীকপ লমদমদনি।

অঙাঙ ওইরিঙৈদগী য়ারী মচা সৈরেং কয়া ইবন ঐগী হৈনবী ওইরকই। মহেলোয়সঙগী মেগাজিন কয়াদা ইংলিসকী সৈরেং কয়াসু হাপখি। ইংলিসকী য়ারেঙ চাংদম্নব অমদি দিবেত কয়াদ মকোক থোংদুন মনা য়াসু ফংখি। বি-এ তমলিঙৈদ লাইরিক অনিদি ফোঙস্রে। নোভেল অমদি য়ারীমচাগী লাইরিক্কি। পাবুংগী মরুপ অইব কয়ান পুক্লিং থৌগৎপিখি।

ঐন অঙাঙ ওইরিঙৈদগী অহানব ইব হৌরকখিবদি সৈরেংনি। নোংমদি পাবূংন অসুম্ন হায়খি। ঈচা সনাহল্লগী ইবগী ইথিল অসিদি ঐখোয় কনা অমত্তন কৈদৌনুংদসু থিংব ঙম্নরোইদবনি। মতম অদুদদি পাবূংন হায়খিবদো থোইদোক্ল খোয়জঙন খল্লুদে। অদুবু ঙসিদি ব্রাহৈসিং অদো ময়েক অমমত ওইন লাথোরকলি। বি-এ লোইরগ লাইরিক মখা তমথররোই হায়রবনিন পাবূংন থবক তৌনব অমূক মখা তারকই, ঐহাক করি হায়গদবনো খঙদে, খুমফম খঙদে। সেনজা থুমজাগি হৈনবী লোয়সঙগি অপীকপা কাগী চনৈনব কয়াগী মরক্তুদ ঐগী কোক অসিন চুঙসিন্ননীংদে। অচীকপদ লৈব পামজব ঐগী পুন্সিনি।

লোয়সঙগি থবক তৌব পামদ্রবদি করি থবকনো তৌগদব ? অপীকপ ওজা অমা নত্ত। বি-এ অমন কয়াম চাউব ওজানো ওইগদৌরিব ? ঐগী ঈচানবো অসুক চাং তাব করিগীনো ? ঐসিবু নখোয়ন কনা ওইন উরবগে? অহেনব হায়বদুবু নখোয়বু পামদ্রবরো ?

পাবূংগী খোয়সাওনরব ব্রাহে অদুদ ঐন করি হায়ন খুম্মুগনি। ঈমা লৈখিদবগী অব্রাৎপ মসক খঙহন্দন পাবূং অমদি অবোকসীন ঐবু য়োকপীরকপনি। পাবূংন ঐগী ঈফমদ থম্বীরম্ব পান্দম অদুদি ঙম্নমক ঐন কায়হনবনি হায়বদ হায়মনব থোক্লরোইদবনি। অদুগী মতুংদগীদি পাবূংদো ব্রা ঙাঙখিদরে, নীংঙমদবগী মমি অমদি পাবূংগী মায়থোঙদ ময়েক লান উব ফংই। পাবূংগী মওঙ অদুদ ঐহাক কিবসু পোকই। পাবূং হায়ন ইচীনসিন খোন থোক্ল কৌব ঙমদরে। পুক্লিংসি ইতোমত নুংসিরকই, পাবূংগী ঈচাসনা হায়ব খোঞ্জেল অদু তাখিদব নুমিৎ মসীং য়াম্লকলে।

ঐগী পুক্লিং পোখাফম লৈরক্তবগুম তৌরকই। তুমিন তুমিন মচী মচী খূদিং লেপ্ল, ঐগী ফিভম মহৌসাদগী কায়রকপ উবদ অবোকসীন কয়াদ পাখৎচখিব।

নোংমা য়াম্ন থাজদন পাবূংদো ঐগী নাক্ত চঙলকখি। নুমিৎতো অয়ূকনি। নুমিদাংসু ঐহাক চাক চানীংদে হায়দুন চাদবনি। অয়ুক অদুসু ঐহাক

করিমত্ত চাদন তৃমিন্ন হিপ্লন্মী। উপাক্ল উপ্লগ হিপ্ল ওইখিবন পাবূং চঙলকপ খঙহৌদরে। খঙহৌদন কৌরকই - ঈচা সনাবু করি তৌরবগে ?

- পাবূং (ঐহাক পাখৎন খুমখিবনি)।

- হায়য়ুনে হায়য়ুনে, ঈচা কৈদৌরে হায়বনো ?

- পাবূং নচা করিসু নুংঙাইতব লৈতে।

- মহৌসাদগী তোঙানব ঈচাগী সকফম উব ফংই, করি ননিং থুংদব ? কবিগী ঈচান নুমিদাং চরা হেনব ?

- নহাক্ল চরা হেল্লগ নবোকসিন ঈপাদ ঙাঙইদো (মথবায় নুংঙাইতন কপখি) নহাক্তী নবোকসিগী নঙ্গলদ চাউরকখিবনি। নঙবূদ হেন্ন খঞ্জবনি, পুম্নমক্তো নহাক কাউব য়াদে। ঐগী ঈচা ওইরবসু নহাক্তী ঈমাগী থৱায়নি। মচা ঐবুদগী হেন্ন লুনা খনখিবনি, নহাক্ল। নবোকসিগী মবুক নাব থবক ঈচান অমুক তৌরোই খল্লি। হৌগৎলু, হৌগৎলু হিপচল্লগ নসা নুংঙাইতনবনি। সে- সে থবক্কী ওর্দর চেনি। ওজা ওইব পামই হায়বনিন নিংথৌকাব নুমিৎতগী হৌরুরো।

ব্রা মখা অমুক তারমদন পাবূংদো ঐগী কাদগী মপান থোকখবে। থবক ফংবগী হরাওরিবরা নত্রগ নুংনাঙলিবরা খঙদে, পুক্লিংসে তম্মাং তসোইবগুম তৌই। পাবূংন হায়ব নুমিৎতুদ ঐহাক চৎলে। হৈনিঙব ইপোক পোক্তে। করিন মহৈলোইসঙদো ময়োললমদনি। অরাঙব খোঞ্জেলন পীক থল্লি। ঐগী ব্রাখলসিদ ওল্লাঙ ওনসাওব অমা ইপোক পোকই। মহৈলোইসঙ অদুদ ঐহাক্ল অঙাঙ ইওয় ওই। পাবূংগী মচানি হায়বদ নুংসিন থকসি খাসি নাইন থম্বী। ইংলিসকী ওজা অমা ওইন চঙবনিনা তম্বীব মতমদ ঐহাক ইংলিসন ব্রা ঙাঙই। ক্লাস সিক্স সেভেন্দদি ইংলিস ঙাঙব হৈতব মহৈরোইসিংন ফোংন মীতৈলোনদ ব্রাহনদোক পীবিয়ু হায়বসু য়াওই। য়াম্ন লায়ন ইংলিস ঙাঙব ঙম্ব মহৈরোইসু অদুম্মক য়াওই, মখোয়সিংদু উবদ ইতোমত পেঞ্জব পোকই।

মহৈরোইবু লৌসিং তাব ওন্নব তাকপন ওজা ১গী মথৌনি খন্দুন নীংথীন তাকপী তম্বীরম্মী। অঙাওসিং লোয়নবদ হৈনরকই। অদুবু ওজাসিংগী মরক্ত হৈনদব ওজাসু য়াওরক্তব নত্তে। ক্কা চারগ লাইরিক তাকপ, নুমিদাং য়াকাবূং য়াওরুবগী ময়াই হনদব অদুগুম্ব ওজান তাকপদ করম্ব মহৈরোইন খোইজঙগদৌরিব। অৱাঙব মহৈলোইসঙ অমগী মহৈরোই অমা ওইহৌদবসে ঙসি ওজা অমা ওইরব মতমসিদদি নুংঙাইরক্লে। ওজা ওইন ওইন ঐহাক লমদম অসিগী অমত্ত ঙায়রব অৱাঙব থাক্কী মহৈলোইসঙ তাইবং মহৈকোনদ মিং চনসিল্লে। ঐন লাইরিক মখা তমথরি হায়বদ পাবুংন য়াম্ন হরাওজখি। অদুবু ওজা অমসু ওইসিল্লুরবনিন ইনীং তম্ন চৎপদি ঙমদরে। খঙহৌদে মতমদি চহী অমা অনি হায়জিনখরে। হৈনদব ওজান মসীং হেনজিল্লকই। ৱান খাঙই, তাইবং মহৈকোনগী থাক অসিদংদি লোইসিনখিগে হায়দুন।

ঐগী মহৈলোইসংগী অরোয়ব চাংয়েংসু লোইখরে। মতমনদি কনাবুসু ঙাইবীবমদে। খল্লকই, থবক তোক্লসিরা হায়ন। অদুবু ঐহাক পাঙদব, মী লোইনব হৈতবদ তাগদৌরি, হৈনদব হায়বসিসু খ্বাইদগী অৱাবনি। মওন মওন খল্লি। অরোয়বদ অমদি ফংলে। দাইরেক্তরদ লোন্ন চৎলম্মী। অতোপ্প মহৈলোইসঙ অমদ হোংনবগীদমক।

হরাওন য়াবীরক্তে। পাবুংগী অয়াব য়াওদে হায়দুন অদুবু ঐহাক্ন দাইরেক্তরদ ফজন হায়জরম্মী, পাবুংন হায়রক্লগসু ঐন হায়জগে হায়বদগী য়াবীরম্মী। ঐগী অপাম্ব অদুমদি থুংলে। দাইরেক্তর অদু পাবুংগী লুন তিন্নব মরুপনি। হান্ন পুরমলিব মহৈলোইসঙগী ওজাসিংন সাউরম্মী। করি মরমদগী ওজা সনাহলবু অতোপ্পা মহৈলোইসঙ অমদ হোংগদৌরিবনো ? মখোয় মসেলগী ৱাহঙনি। দাইরেক্তরদ ওজাসিংন ঐবু চৎতনবগীদমক চে থাগনি হায়দুন তৌরম্মী, অদুবু ঐন থিংলে। মহৈরোইসিংগী মরক্ত কপ্পবসু য়াওহৌই, নুংসিবসু পোকই, মখোয়গী মতৌ উবদ নুংঙাইতে।

চৎকে লেপশ্ত্রবনি, মিনুংসি কয়াদুগী ৱাংমদ। মরোল থোক্লমদব মহৈরোইসিং মরোল খজিক খজিক ঙাঙব হৈরকপদসু য়াওহৌরি।

চংলমদাইগী মীকুপ অদুদ ওজা হায়ব অমা ওইরুরবনিন য়াইফরোল পীরম্মী - লাইরিক কন্ন পাউ, হোংনব লেপ্প য়াদে। মী অমমম ওইনব লাইরিক কন্ন তমগদবনি। উনরবদি মীপুম খুদিংমক নোংমদি সোয়দন কায়নরগদবনি হায়বসে ময়েক্ল তাদুন লৈরব ৱাফমনি। কয়াদি থম্মোয় সোকপ্রে, অরোয়বগী তাঞ্জা অদুদ তরেৎসুব থাক্কি নৌরিবী মহৈরোই লাংলেন্ন থম্মোয় সোক্ল কপহৌব।

মমায় খুমজিল্লগ ফাজিল্লব খোঞ্জেলন কপ্ল কপ্ল "ওজা !" হায়ন কৌরকখিব হন্ন য়েংথোক্লুবদ খোঞ্জেল থোক্ল কপ্লকখি। চঙসিন্দুন মকোক্তা নানবীরম্মী, 'লাংলেন ! লাইরিক কন্ন পাউকো। নঙন খঙনিংব লৈরবদি ওজাগী নাক্ত লাক্লুন অদুম্মক তানবব য়াগনি'। অসুম্ন ঐহাক মহৈলোইসং অদুদগী থোক্লকম্মী। কদোমদগী লাকপ খঙহৌদব ৱাখলনো, খল্লুই মীকুপতুদ ঐগীসু নঙগুম্বী ঈচন অমতং লৈজরম্লবদি ওম্থোক্ল লুন চান্ন থমজগনি।

ঈমা নৌন কায়নখিবন মদুগী মৈচাক ঐ ফংহৌদে। চাউরক্লব মতমদা ঈমাগী অহাঙব লৈখিবন নুংঙাইতবদো ফংখিবনি। ঙসিদি কুমজা খরদং লোয়নকব মহৈরোইসিংগী থম্মোইদ নুংঙাইহৌদবদো ঐঙোন্দসু ফাওররে। খঙহৌদন পিসু তাবকই। অসি ওইরমাল্লে মীওইব।

অতোপ্পা মহৈলোইসঙ অমদ হোংলে তাবদ পাবুংন য়াম্ন সাউখি। দাইরেক্তরদ ফোন তৌগদবগী মিকুপতুদ ঐহাক্ল ৱারীসিং অদু ফজন লীরম্মী, মদুদ পাবুংন অনৌব মহৈলোইসঙ অদুদসু হান্নগীগুম্ন তৌরম্লবদি কমদৌব? ঐহাক মখা অমুক তাদ্রে। অবোকসীন য়াম্ন ৱাজখি - থাপ্ল খুঙ্গং অদুদ ঈসূ মতোমত করম্ন ?

অহানব চংপনিন ঐহাক পাবুংগী কার পুদুন চংলম্মী। ইম্ফালদগী থাপ্লব খুঙ্গং অদু য়ৌবদ পুং ফন য়াম্ন চঙলম্মী। কার থৌন থৌন খল্লম্মী, লাপলিব মরাপ অসিদি নুংতিগী হঙ্গং হন্দ চংপদ ওইগদৌব মাল্লক্লে। অসিন ওইব তাই, দাইরেক্তরগ পাবুংগন য়াখিদববু। উচীন নাচীম্ন মহৈলোইসঙ অদু ফংবদি ফংলে, চাউরব সঙ লিরব উপাল কয়ান তমথীব নোংলৈ লাকপদ হুমখিগনি মতাগুম মল্লব মহৈলোইসঙ অদু চেকসিন্ন ঙাক সেল্লি।

নীংথীরব লৈকোল অমদ লৈব লাইনীংকোন্দগীসু হেন্না ঈংন চিক্লব মহৈলোইসঙ অদুদ লাইরিক তমলিব মহৈরোইন করিগী লাইরিক হৈরমলোই। সোয়দন হৈফম থোকই। খুঙ্গং কয়ান কোল্লিব মহৈলোইসঙনিন মহৈরোইদি অদুম্মক য়াম্মী। অদুবু ওজাদি মতিক চারমদে। মদুগীদমকসু নুংঙাইতে।

চয়োলমুক্তি ঐহাক য়ূমদগী হঙ্গৎ হন্দা চৎলে। হল্লকপদ নুমিৎ হেক্ত তাই। ঈসাসে ময়েং খংতা তারবোই খল্লি। চৎনব হল্লকনব হোৎনরিঙৈদ থবক অমত্ত মপূং ফান পাঙথোকপ ঙমদরে। পাবুংদ হারবগ মফম অদুদ লৈরগ চৎথোক চৎসীন তৌরগে খল্লে। খুঙ্গং অদুগী ক্লবকি থৌবুরেল থিরগ মফম অদুদ য়ূম অমা ব্রায়রগ লৈননব ঙাঙনরকপদ অতোপ্লদ অমুক লৈরুদ্রবসু মখোয়গী য়ূমদ অদুম্মক লৈসি হায়দুন লৈরে। কয়াদ লাইবক ফরবনো । মী মরীখক চাব ঈমুং অদুদ ঐগদি মঙা সুরে। চাক তোঙানন থোংগে হায়বসু য়াদবনিন পূন্ন অদুম্মক চামিন্নে।

ঈমা, পাবুং, মরুপ ইবোহল, অমদি নাইতোম পোমজবী নুংসিরবী মচন সংবান্নবী - কয়াদ চম্ম নুংসিন লেনজগ্রব পুন্সিনো ? ময়োল্লমগী ঈসীং নুংসীৎ অমদি খুঙ্গংগী ঈসীং নুংসীৎক করম্ম কনানদি চাংদমনরুগনি ? মালেমগ অতিয়াগ লাপ্পবদগী সরুক চাম্ম হেন্না খেন্নরব ঙসিগী খুন্নাইনি। লোইয়া লমদম অদুদ লৈজব ফংবদ পুন্সি অসে তং তারবোই খল্লী। চাউরব ইংখোল চাইগোন্নুং অসিদ চম্লব মীওই মরীখক্ল পুন্সি লেঞ্জরি. কনান কনাগী মপালবু তাংলিব ? পুক্লিং হূরব হৈকোল-লৈকোল, মউ লিরব উপাল কয়া পীক্তক্ল লু হেল্লব ইকোন, মনা মসীংতন থল্লব ইংখোল, করিবু অব্রাৎপ লৈরিবগে ? পুক্লিং হূন ফজব হায়বদো অসি ওইরমাল্লে।

হৈজিঙ ফারব লফোয়গী লউসিংন চদূম চদূম য়াল্লি। মীওইবদ কান্নরব হিদাক খুদিংদ মচন ওইরিব খোইহিগী পোখোক্ল মপূং ফান ফংলিব খোইগী উপুন হৈকোলগী মতাই খুদিংদ লৈরি। ইংখোল অসি উরুবদ মীওইব কনাগী পূক্লিংবু সুমহৎলোইদগে ? খুঙ্গংগী পাখঙ লৈসাবীসিংন নুমিদাংব্রাই খূদিংগী সঙ্গু সঙ্গু হেক হেক লাকলে। পাখৎপ পোকই, পূক্লিংদ করিগী মখোয় ময়াম্ন

পূন্ন পূন্ন হেক হেক লাক্লরিব ? হংজব ঙন্মুদে কনাদসু, ইতোমত হংজব ন্নাহঙনি।

তূমীন্ন লেপ্পগ করিগুম্বদ মখোয়ন লাকলিবদুগী মরম লোন্ন য়েংলম্মী। করম্ব মতাঙদগী পূল্লরিবনো হায়ব অদুসু খঙনীংলুই। নুমিৎ খর লৈরক্লব মতমদদি খর খরদি খঙলকলে। হৈকোলদ চঙদুন মখোয়ন চানীংব হৈ হেক্লুন চারগ লাঙবমখৈ লাঙলগ হনখিবসু য়াওই। কনাগুম্বী চনুরান লৈরাং ঈসীং চাইবীরম্বসু য়াওই। কয়াদ চন্ন মতম লেনখোকলিব খুঙ্গংগী পুক্সিনো ? অফব উহৈ ন্নাহৈ চাবগী মহুৎত ময়োল লমদন লায়চূরি । লোয়ননা কদায়দ করি করম্ন হিংব করম্ন মী ওইব হায়ন থিনরি। অদুবু খুঙ্গংদদি কদায় ? কাঙখদ উতুপ তাদুন মাঙবগুম লম্মীৎলোন খঙদন হাৎখিব পুক্সিসু মসিং থীঙমদন লৈরিবনি। ঐগী ইথৌ অমগীদমক চৎলগসু খুঙ্গংগী পুক্সি কয়াদু উরুরগ ঐহাক তুমিন্ন লৈথোক্লরোই খল্লে।

লাইরিক হৈহৌদ্রবা খুঙ্গংগী নহারোল পিবা চনুরাসিং নুমিদাংদ লেম্ন লাইরিক তম্বীরম্মী। লৈঙাকসঙদগী লৌথব য়াব মতেঙ কয়া হোৎনবীদুন তেংবাঙ লৌরম্মী। মখোয়গীদমক পুক্সিসে কৎথোক্লসিরা হায়ন ফাওব খল্লি। অদুবু ঐহাক ঈথৌ অমগীদমক সিন পাঙব লাকপনি। তঙায় ফদব ঈথৌ অমনি হায়ন খল্লগ খুঙ্গংগী চাওখৎ থৌরাঙ কয়াদ অঙম্ব মখৈ মতেঙ পাংবিবে। নিংথেমচা সনাহলন লমজিঙবীদুন খুঙ্গং কয়াগী পুক্সি চাওখৎপগী মঙাল ফংলে হায়ব পাউনিনখোলন লৈবাক্কী কাচিন কোয়া য়ৌন সন্দোকখি। খুঙ্গংগী অনৌব মঙাল অমা লাকপ উবদ ঐগী থম্মোইদ ওম্থোক্ল পেঞ্জখি।

পাউ অদো ঐগী পাবুং অমদি অবোকসীগী নাকোঙ য়ৌখিরম্মী। করিগুম্বদ ঐন খঙদব লম্বীদসু পাবুংন তাকপীরকখি। চৈরক্লদরা খল্লুবনি, অদুবু ওম্থোক্ল থাজদন পাবুংন নোংম অসুম্ন তাকপীখি - মীগী তেংবাঙ হায়বসিদি মমল লৈতবনি, হোৎনরিব মখৈ নঙগী মিংচৎনি। ঈচাদি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি, অদুবু মফম মতম য়েংউ, নহাক অঙাঙ নৎত্রবনি।

করম্ব মতাঙদগী কদায় ফাওব হোৎনরব খুঙ্গংসিং অদুদ থাদুন লোইররোইদব সনাহলগী মতেঙনি। অইব অমগী ন্নাখলদ ঙাওরব মীসক

অমন মীয়ামগীদমক পুন্সি কৎথোক্লরি। চাউথোকপ হৈজম্রব নুংঙাই য়াইফব ঈমূং অমদা পোকপ মহাক অদো করিদবু ঙকনিঙঙাই লৈরি ? লায়রব পুন্সি কনান ঐহাক নুংঙাইরকখিগনি হায়বগী ৱাখলদ নাপল অমগ লোয়নন হিংলি। "ফুরা দলান" মরক্ত হিংব পুন্সি কনান চমথোক্ল লেপ্লি। মসিনি পুন্সি অমগ পুন্সি অমগ খেন্নব খক ৱাখল তৌখিদে, ওইরোইদব অমগীদমক সনাহলন। মথঙ-মথঙ মায় পাক্লকখি। থবক খুদিংমক। মীপুম খুদিংন থাগৎনখি, খুঙ্গং কয়াদগী ময়ূমদ নোং ফাদোক লাকপ নত্তন থবক অসুক্কী মতিক চিনখ্রব মীসক অমা হায়বদু মহাক ওইরে। করিগুম্বদসু খনখি, সংবান্নবীগীদমক । সংবান্নবীগী ৱাখলদ অহীং কয়াসু খনখি, হায়দোক্তবন ওমচাক্লরকই।

অয়ূক্কী অঙ্গংব নুংসিং - নুমিদাংৱাইগী ঙঙ্গান্নব মসেক মরক্ত হকচিক লাংবগী মতম ইফঙ ফংজদ্রি মসাদ। থবক চিনব মীসক অমা ওইহনজৈ মসান মসাবু। মসিনসু নুংঙাইজবনি, মসানসু খঞ্জে, পুন্সি হাইবসে থবক্লি। খুঙ্গংগী অচিকপ পামজরুব মহাক্কী পুন্সি ঙসিদি পোখাবগী মতম ওন্থোক্ল তাঙন ফংজরম্মী। নুমিদাংগী থাবল ফব মতমদ হৈকোল লৈকোলগী ফজব য়েংব নত্তন কনাদবু সাউরুগনি। মসান থবক য়াম্ব মীসক অমা ওইহনজখিবনি।

লৈমিন চামিন্নরকপদগীদি কোইনরক্লে। অদুবু তাঙ্গাদুমক হেক লৌবদি সনাহলন ঙমলোইদৌরি। লাইরিক হৈহৌদবসিং লাইরিক তম্বীবদ সংবান্নবীসু য়াওরম্মী। ময়েক ফজন চৎলে, য়াম্না হরাউজখি। অহানবদদি ইকায়দুন য়াওরমদে। মতম খরদংগ সনাহলন সিলহেন ফংদুন ময়ূমদ চৎখিবদি কপ্নহৌবসু য়াওই। অঙকপনি, মফম মতমন পুরকপ নুংসিব অসিসু তরাইথোক্ল করম খনগনি ? ঙসিদি সংবান্নবী মাগী মীৎমাঙদ সনাহলন লৈরিবমখৈ পেঞ্জব পোকই। মতম খরদং সনাহলন ময়ূমদ চৎখিবদি খুঙ্গংগী চনুরাদো মহৌসাগী ওন্নব ফিভমদ নুংসূক নুংজানন লেনবগসু য়াওরকই।

মথোক কারকপগী পুন্সিদ য়েনীং ঈহ্লদো লাক্লমাল্লে। নুরা পাখঙ অনিদো, করিগুম্বদসু মীৎচানরুই। মনীং তম্ন চেম্থরকপ পুক্লিংগী নুংসিবগী

ঈচেলনি, কনানসু থিংব ঙমখিদরে। করিগুম্ব নুমিৎতসু নুংসি য়াবা পুকমেন পাওমেন্নজে, কনাগুম্বন উখিগদরা হায়নসু পাখৎচৈ। সনাহলগী তেংবাঙন হেনখিবন খুঙ্গংগী মীওইসিংন নুংসিবন হেনখরে কনানসু মহাকপু মীংন ফাওব কন্ন য়েংনদে।

মতমনদি কনাবুসু ঙাইবীরমদে, সংবান্নবী অমদি সনাহলগী নুংসিবসু মপূং ফারকখি। ইমূংগী অহলসিং খঙনরকই, অদুবু সনাহলগী মতৌদুন কনানসু চীন-থোক্ক ঙাঙলুব ঙমদ্রি।

নোংমদি

- সংবান্নবী ঙসিগী থাবল অসে ফজদ্রা ? মেরা থাগী নিনমাঙনিদো।

- যাম্না ফজে, অদুবু কিবিবদি ....

- করিবো ?

- ওজাগী পূক্লিংদুনি। খুঙ্গং চনু ঐহাকপু নোংম ইদোম থম্বীবমগদ্রা হায়বগী ইদোম ৱাখলসিদ -

- করিগী অদুম্ন খল্লীবনো ? 'লোইয়া লমগী সংবান্নবী' নঙন ঐগীদমক লেপ্লীয়ু পুন্সি অসিদ ঐন নঙবু মীকুপ অমা থাদোকলোই। খুঙ্গংগী ফজব অমদি নঙগী সক্কী মতিক ময়াইদ ঐগী পূক্লিং হকচাঙ অনিমক লোইন সুমহৎখ্রে। ঐবু নহাক্ল ননাক্তগী লাপ্ন থম্বীগনু।

- নিপাগী পুকচেলসিবু ঐন লোইনমক থাজরসিরা ? অদুগ অমুকসু ওজাদি নুংঙাই য়াইফব ইমূংগী মদোম পোকচব মচানিদো।

- ঐগী নুংসিবদি লায়র-ইনাকখুনব লৈতে, নঙ ঐবু থম্মোয় সেংন নুংসিব ৱাৎপন নীংজিঙ মাঙজিঙনবিবনি। ঐগী থম্মোয়দ নঙগীদমক মফম অমা চাউন কন্দুন লৈরি হায়বসে করিগী নহাক্ল খঙবিদ্রিবনো ?

- ঐন ওজাবু নুংসিব ৱাৎপদ তাথ্রব - খুঙ্গংগী পাখঙ কয়ান ঐবু নুংসি হায়ন পাউখোং চল্লকখিবসিং অদো ঐন নোংমতসু ফোঙখিদ্রি। ঐন নফমদ

নুংসি হায়ন ফোঙলরব মীকুপসিদ ঐবু মিনুংসি ব্রাৎপদ তাহল্লব ! (কল্লী)

- এ : অসিগীদমকপু কল্লী, নঙন ঐবু থম্মোয় সেংন নুংসিবর হায়বদো খঙনিঙদুন তৌবনি। নঙগী পিসে লৈমায়দ তাব তৌহৈদে, ঐন য়াদেকো। য়েংউ নঙগী পিরাং উবদ থাজন ঈকায়দুন লোৎথ্রিবসে। সংবান্নবী করিগীনো নহাক্ল খুঙ্গং অসিদ তুমিন্ন লোৎতুন লৈরমলিব ? মালেম লৈকোয়বুং সিদ নঙমুক নুংসিব অমা লৈরমগদ্রনে, কদায়দ ?

- ওজান হেন্ন থাগৎপীবনি। পঙব্রাঙ ব্রাংনসু থাংগৎপীগনু, ঐ পামজদে। নুংসিব নঙগী ননাক্ত পুক্সি চুপ্প লেঙদন লৈহনবীয়ু, অসিতনি ঐনা হায়জরিব।

- সংবান্নবী - ঐ ব্রা অমা হায়গে, মুন্ন তাউকো। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ঐহাক য়ুমদ চৎলুগনি। নঙগী ঐগী ব্রারীসে পাবুং অমদি অবোকসীদা তম্লবনি, মখোয়নসু য়াবীরে। ঐন হন্দক লাকপদদি অবোকসীগা লোয়নরক্কনি, নঙবু হায়ব লাক্কদৌরিবনি। ঈমুংগী অহলসিংদ নহাক্ল ব্রারী সাবীয়ু। অবোকসীবুসু তরাম্ন ওকপীয়ুকো। অদুগনে অবোকসীবু নহাক্ল অহানব উবদ খুরুম্মুকো। ফরে, মতমসে থেংজিল্লকলে, চঙখরো।

- ওজাদি !

- ঐদি থাজগী অচিকপ মঙালদ ঙাইহাক হকচিক লাংহৌখিগে।

অসুম্ন নুমিৎ খরনিগী মতুংদ সনাহলন ময়ুমদ চৎখি। য়াম্ন হরাওখি। হন্দক্তি সংবান্নবীবু মাগী অবোকসীগ লোয়নন লাক্কুন অহানব সকখঙনদুন হায়ব লাক্কদৌরি। লৈবাক মচা তাব হৌনলোনচৎ খঙব ইমুংন চৎন পথাপ অসে খক থুগাইনদ্রি। খৌরাংন ঙাইব নুমিৎ অদো ঙসি খঙহৌদন য়ৌরক্লে। মসুনুপী উরুরগনি খনবদ হরাউজবন অবোকসীদো মথুম মরাঙ হৌই। অহল ওইরবী মহাক্ল মসাদো তয়াং তয়াংন হোৎনজে। অচাপোৎ- অথুম অহাও, হৈরাঙ লৈরাং মখল সুন সেমই।

পাবুংদ খুরুম্লম্মগ অবোকসীগ ঐখোয় অনি যুমদগী থোক্লকখি। অহলগ ওইবগ অবোকসীদো লমসাঙ চৎপদ ব্বারম্লনি। নাক য়েৎত লৈরিব লমসিংবু তাক্তুন ব্বারী সাদুন চৎলি, অবোকসী ব্বাব ফনবগীদমক। অরোয়বদ নুংসিব্রব ঐগী থব্বায়গী লৈফম সংবান্নবীগী খুঙ্গং য়ৌরক্লে। অবোকসীগী মচিনদ তুমিন্ন সোনখিবদো ঐন লোম্ন তাহৌই - নুংসিব্রেদ লমদম অসিদি ওম্থোক্ল পৃক্লিং হুইকো। অবোকসীগী ব্বাহে অদু তাবদ থম্মোয়দ ইথস্ত মোমোন নোকচৈ। খুঙ্গং অসে য়ৌরকপনরা করিনো মিহুন অসে চেনগা-চেনগুমনৈ। লেপ্তুন থৌজিল্লকপ কারন সংবান্নবিগী থোঙগালদ খান্নরে।

সূমাংলোমদ য়েংসিনখিবদ অহানব ওইন উরকই, সূমাঙদ চাউন খল্লিব সঙলেন অচৌব ফিজোল সেৎপ মীওইসিং। ঐগী মিহুন চোংব হেনকৎলকই। অবোকসীন ঐগ তুংথ মাঙথ চৎমিন্নরে। ঐ উবদ সংবান্নবীগী ঈমান খঙহৌদন কন্ন কপ্লকই, ঈমাগী ইবেম্মা সংবান্নবী নঙগী ওজা লাকএ, লাকও, করিগী নঙন তূমিন্ন চৎলিবনো ? অবোকসীগ ঐগ মীৎ য়েংনৈ, খঙহৌদন মীৎতগী পিসু তাখি।

- ঈমা কবিনো তৌবিব মতৌ অসিবো ? নচাবু মঙলা তাইবঙলা অমুক্তদি খঙহনবীয়ুনে।

- ঈমাগী ইবুঙঙো নঙন করিগী মাবু পুদুন চৎত্রিবনো ? চঙউ, নঙগী কাদ নঙগী নপোৎসিং অদো নচলন লোইসিনবদ মফম চাবরা য়েংউচো।

অবোকসীবু ঈমা পাবৃঙদা মসক তাক্তুন মফম চান ফমহল্লগ ঐহাক ঐগী লৈফম কাদা চঙবদদি পোৎ চৈসিং অদো থমফম ইকায় কায়রমলে। করিগীনো হায়ন ঐহাক্ল খঙবা ঙমদ্রি। চিংনবদি পোকই, সংবান্নবীগী পোখাফম ঐন খঙই। ঈমান হায়রকই মহাক্ল লোইসিল্লম্লনি। ফাল মথস্ত চে অমথক য়াম্না নান্ন, খুৎফম ইকায় কায়দন লৈরিবদু ফাক্তোক্তুন য়েংলুবদদি খঙলে সংবান্নবীনা ইরম্লনি -

ওজা !

নঙগী নতুং ইন্দুন চংলন্নবদি ঐহাক অসুম্ন ওইরোইদবনিকো। লৈসাং তমদন লৈখোক্তগী কেল্লে, চোইজাইনন নঙগী সংবান্নবী। থাবলগী ৱারীসু লোইখ্রে, নুংসিবগী ৱারীসু লেপখ্রগনি, অবোক লাক্কনি খনবদ ঐন কয়াম হরাওজখিব - নঙ খঙবরা ? ঈমা পাবুঙদা ৱারী পুম্নমক সাখ্রবনি। নুংসিব নঙবু ঙাইজরম্বনি খৌরাংন, অদুবু নসক উব ফংদন ঐদি চংলে, খোঙ্গুল্লক্ত কেল্লবী পুন্সিন করম্ন নঙগী নমাঙদ ইসক অসে উৎকনি। নঙগী নুংসিবন থম্মোয় অসে পাথোক্ল চেল্লি, অদুবু ঙসিদি কদোমদগীনো খঙহৌদনা লাকপ নোংলৈ অমনা ঈচেল থৈখ্রে। কনাগুম্বী লেংমান্নবীন লক্লবীখি নিংথেমকোনদ ওঙগদবী সংবান্নবী লাইবক ফৈদকো। ঙসিদি পুম্নমক কদায়দ চংখ্রব ? ওজা - নঙগী সংবান্নবী হায়ব মিংগৌদো অমুক্তদি তাজগে, নুংসিব নঙগী নসক্তো ঐবু উজব ফংদন অসুম্মক চংলগদ্রা ? অহিং অসে ওখ্বোক্ল নুংসিখ্রে, থাবল মঙালসে ঙসিদি ইতোমত য়েংলে। ঐ লৈতে হায়দুন নহাক্ল য়ুম অসিবু থাদোক্কুন চংখিনুকো। য়েংউ, নহাক্ল পামজরম্ব হৈকোল লৈকোলগী ফৈদোম পরেংসিংসে নহাকপু লাকপ খৌরাংন ঙাইহৌবনিকো।

ঐদি চংলগে ॥

নহাক্কী
**লোইয়া লমগী সংবান্নবী**

পাবদি লোইরে, অদুবু ঐগী মীৎকী পিদি খকউ হায়ব য়াদ্রে। খোঞ্জেল থোক্ল কৌদুন কপই, সংবান্নবী করিগী নঙন ঐবু ঙাইরমদ্রিবনো ? ঐ নঙবু লৌবা লাকলিবনে। অবোক্ত সকখঙনরুলাকও। ঐন লাকপবু নঙন খৌরাংন ঙাইরমগনি হায়হৌবদাই করিগী ঙাইরমদ্রিবনো ?

- ইতাও - সংবান্নবীগী মবুং ইবোহল্লন ঐগী নাক্ত চঙলক্কুন কৌরকপনি, মহাকসু কপ্পী।

- ইতাও - করিনো সংবান্নবীনা তৌরমলিব অসিবো ঐবু অমুক্ত খঙহল্লুনে ?

- ইতাও মীওইবগী লীচৎ, নত্তব থৌদোকসিং অদুবু ঐন করম্ন তমগদগে ?

- করিগী চিংনরিবনো ? তানীংবনা থৌরাংলবনি।

- ইতাওন চৎখিব নুমিৎ ইকুই কুইদন খুঙ্গং অসে লাম্নীন কোমবিং ওপরেসন তৌই। পাখৎচরব ঐখোয়গী ইমূংদসু সরুক থুংলখি। চাইখাইব য়াবা ওৎপ য়াব মনীং তন্নমখি। অদুদসু নত্তে, ওজাগী কাদগীসু করিগুম্ব খরদি পুখিব মাল্লি। ঐন থম্ব লুপা লিসীং ১২ অমসু অদুগা পাবুংগী মরুপ ফংলকপদ ঙায়রিব লুপা লিসীং ২৫ হান্ন লৈজব খরগ ৩০ হেন্ন পুখ্রে।

- ইতাওদি করিমতমত খঙহৌদ্রবরা ?

- খুদক্ত তৌরকপনি, ঐখোয় লোইন সুমাঙদ লৈ, করিসু লোইসিনব নংহৌদে। সেলদুদগু পুব ওইরম্লবদি থম্মোয়সে অসুক য়াম্ন কায়রমলোইদবনি, অদুবু - (কপ্ন)

- মখা তারকউ।

- নহারোল চঙবগী মিংদ খুদোংচাব লৌখিবনি। অপঙব খুঙ্গংচাসিংদ - থীন ফুবীরম্ব কয়াসুনি। মখোয়শিংদুগী মরক্ত ঐগী ঈচল

- সংবান্নবী করি তৌরবা ?

- মাঙ্গোলদ থেংলিব ঈচলগী সকতম মমি অদু য়েংলগ কনানো হংলকখি ঐখোয়সু ইচম চম্ন মহাকনি হায়ন খুমখি। চঙলকউ হায়রকখি, মসান য়াখিদে, ঐনসু মরম চাদে হায়দুন খামখি, অদুবু খুৎত খুংলাই পায়বনা চাউখি, ঐবু নোংমৈন থবাক্ত নমদুন থমখি। ঈচলন ঈমূংদগী খোঞ্জেল কায়ন লাউরকখিবদো তাব ঙমদবদগী নাকোঙ অসে মেনদুন খাঙখিবনি। লাইবক থীব থৌদোক অদো থোকখিবদগী ঈকায়বন মাঙ্গোল ফাওব থোকউ হায়ব য়াখিদে।

- অদুদ্গীদি ...

- নুংতি নুমিৎ খুদিংগী ঈসিং চাইবীদুন থম্লীব মঊ লিরব ইথৌন থাবীরম্ব লাইওইরব উপালনি হায়দুন মহাক্ক খুসেমজরিবা চাউরব হৈনৌ পাম্বী অদুদ কৈরাক থাদুন কারগ হুমনি সুবগী অঙনব অয়ুক অদুদ থৌরী য়াল্লম্বনিনে ইতাও।

য়ারে ইতাও ! ঐ মখা তাব ঙম্লরোই, তোকপীরো। সংবান্নবী ঐ পাকএ, ওজা হায়ন অমুক্তদি কৌবখো- ও। ঐন হোৎনজব পুম্নমক অরেম্বদ তাখ্রব, নঙ লৈত্রব মফম অসিদ ঐন অমুক করি তৌরুখিনি ’! চোইথ্রব লৈনা ওইরবসু ঐ লৈরি গনাও খুনগংনব। অদুগ করিগী নহাক্ক নতোমতগী খনখ্রিব ? ফবে, নঙন চেখ্রবনিন ঐসু চৎখ্রগে। ইতাও চৎলগেকো, নোংমা তাবুক লাক্কে। অবোক চৎলসি, অবোক্ক পুবকনিব হৈবাঙ লৈনাংসিং অদো সংবান্নবীগী মংফমদা কৎলমসি।

অবোক্কী সনা !

এবোক !

- ঈমাগী ইবুংঙো নঙবু চৎলগদ্রনে ?

ঈমা নচা অমুক য়ৌজখ্রগে। যুম অসিদ মখা তান লৈথবগী নচাদ থৌনা অমুক লৈজদ্রে। কুমওন খুদিংগী মেরা থান লাকপদ সংবান্নবীগীদমক হৈরাং লৈরাং তম্লগে।

- ঈমাগী থম্মোয়সে কায়খ্রেদকো।

- কায়নবগী মৈচাকসে পুদুন পুম্নিনি খন্ন হিংব তম্মুরগে।

- ঈমা নচান খুরুমজরি, চৎলুখিগে। অবোক চৎসি।

অরোয়ব ওইন য়ুমদুদগী ঐহাক থোক্কখি। অবোক্ক মসূগীদমক সেম্বীরকলিব হৈরাঙ লৈরাংসিং অদো মংফমদ কৎলম্লগ নুংহিক্কন পেন্ন কৌরুই - ‘সংবান্নবী’ !! পিরাংন মনীং তম্লকলি। ঐগী ইতৌ অদুদ অবোক্ক

## সকতাক য়ারোল



| | |
|---|---|
| মীং | ঃ ময়েংবম উনবীসৈম (জমুনা) |
| অপোকপ | ঃ ময়েংবম উপেন্দ্রো সিংহ |
| অপোকপী | ঃ ঙাইরাংবম নিঙোল লুখোই লৈম |
| ঈপূ/ঈবেন | ঃ যুগেশ্বর অমদি ইবেতোন |
| ঈবুধৌ/ঈবেনধৌ | ঃ চাউবা অমদি থরো |
| পোকপ | ঃ০৩/০১/১৯৬৭ ইং |
| মহৈগী থাক | ঃ বি. এ. |
| মচিন-মনাও | ঃ৮ (নুপা ২, নুপী ৬, অইবীনা ২ শুবা) |
| পোক্লফম | ঃ কোন্থা খাবম, ময়েংবম লৈকাই। |

নহা অইবীসিংগী মরক্ত য়াম্না থৌনা ফন চঙসিল্লিবী অমনি। কলমগী জোইন্ট সেক্রেটরিগী থৌসু পুবী, ফাউন-চেগী খোরিলাংব লুপকীসু অচঙবা খোরিবোই ওইরি। নহা ওইরিঙৈদগী সান্ন-খোৎনবদ থৱায় য়াওরকই, মকওইন হোকিদ নেসনেলগী থাক ফাওব সান্নদুন মনা-মথুম কয়াসু ফংখ্রবনি। লোন ময়েক চাওখৎহন্নব হোৎনবদ মসাল কোইরেংগৈগী ভাইস প্রেসিদেন্ট ওইরম্মী, মীলালগী অচঙবা মৌমী ওইনা ২০০৫ তা জেলদা চংলুরে। ওল মনিপুর মীতৈ ময়েক বিসার্চ ট্রেনিং বোর্ডকী কমিতিদ যাওরকই। হায়স্কুল তম্লিঙৈদ ডিবেট সেক্রেটরিসু ওইবম্মী। কুম্মৈগী তাইবঙদ (ফিলমদ) তিংনিংলিব থৱায়, থোঙনাও ময়াগী অতরগুলাপত কুম্মৈবোই ওইনা শবক য়াখ্রে। টেলি প্লে 'লাল্লুবব খোঙচৎ'সু ইখ্রে। য়ুথ এফিয়ার্স অমসুং স্পোর্টস, গোভরমেন্ট ওফ মনিপুরগী মখাদ ইন্দিয়াগী তোঙান তোঙানব মফমশিংদ চত্তুন লিদরসিপ ট্রেনিং কয়াসু য়াওখ্রে। কে. এস. ফিলম প্রদক্সনগী একজিক্যুটিভ মেম্বর ওইন থৌ পুবী। তোঙান তোঙানব ঈবম কয়াদ কৎথোকপগ লোয়নন সিন্থা পাঙবগীদমক ২০০৫ দ ডা. বি. আর. অম্বেদকর ফেলোসিপ এৱার্দ পীদুন ইকায় খুম্নব উৎখ্রে। ৱারী মচাগী লাইবিকসিন অহানব ওইরগ তোঙান তোঙানব লাইরিক কয়া পুথোকপীরক্নব তাইবঙ মপুদ থৌনিজবী।

### কলমগী ফোঙখ্রবা লাইরিকসিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অয়ুক্কী নাচোম (খোমজিনবা সৈবেং) | - | কলম বোর্দ |
| ২। | খল্লুবদা নোক্লিংই (ৱারীমচা) | - | ইহিলেন খা-ঙানব (ওকেন্দ্রো) |
| ৩। | অঙৈংবী মতল্লী লাইবেম্বীগী তেংথাখোল | | ৱাংলেন থোইবী (উত্তমবলা) |
| ৪। | এজ দ দ্রোপ ফোল (হিস্তবিকেল) | - | কিনথুইজনাং মাবেম্মৈ |
| ৫। | মহুম (খোমজিনবা ৱারীমচা) | - | কলম বোর্দ |
| ৬। | অচুম্ব লৈই (নোভেল) | - | এম.দি. বাজ খান |
| ৭। | সলাই সৈতবত (পবেং ৭/৭ কী সৈবেং) | - | সনাহোঙব মঙাঙ |
| ৮। | পিবারেন (নোভেল) | - | থোকচোম মঙাল কোইবাংচা |
| ৯। | ৱাখলগী উচেক (ৱারীমচা) | | সোমানন্দ লৈসাংথেম |
| ১০। | ঈমাদি খোংদাই সেৎলবোই (সৈবেং) | - | ইবোম চনু শর্মিলা |
| ১১। | ৱাশক্লুগী চৈনা (ৱারীমচা) | - | ৱাকেস নাওরেম (কোকিল) |
| ১২। | সকফম ওল্লবা মালেম (সৈবেং) | - | গুনমনি লৈমা |
| ১৩। | চৈরাক (দ্রামা) | - | থোকচোম মঙাল খোইবাংচা |
| ১৪। | খল্লুবদা নোক্লিং (ৱারীমচা) ২শুবা খৃৎনম | - | ইহিলেন খা-ঙাম্ব (ওকেন্দ্রো) |
| ১৫। | লীক্লম পরেং (সৈবেং) | - | যোয়হেম্বী (গোমতি) লৈমা |